বিদ্যা ভবনগী

# চিন্তামণি স্বয়ম্বর


মৈতৈলোন্দা হন্দোকচবা

শ্রীখিঙ্গোম গোকুলানন্দ সিংহ

নোংমৈবুং, অয়াংপল্লী

ইম্ফাল।


মমল—৩৲

# ৱা অম অনিদং

চিন্তামণিগী ৱারী অসি লিরবা তামিলনাদকী লমদ য়াম্ন পায়রব ৱারীনি। ৱারীগী মপূংদি সুন্দরগী থোঙচৎ, কীর্ত্তিশীলা অমসুং বিদ্ধ্যাগী থোনা অমসুং থোঙচত্তা লৈরি, অদুবু ৱারীগী কেন্দ্রদি চিন্তামণি অমসুং গুরুমহারাজন ওইরি। ৱারী অসিগী মমিং 'চিন্তামণি' কৌরমদন 'মরীন চুম্নদবা নিপা অমগী অপুঙ্গ" হায়ন থোক্লবসু চপ চাব মমিং অদুম ওইগনি।

ৱারী অসিদা ঐহাক্না তরু-তরু উজবদি মরীন চুমদব মীন মমৈদ মরু ফংন মাঙুই হায়বদু ৱারী অসিন উংনি। মপাম্হোংদা সুধ ওইব শকফম উংলব, মপুক্তি তীন চঙলবা, খুদোংচাব লৌবদ হৈনরব কয়ানা সুবিধা ফংলনব হোৎনরকপদ মপুক শেংবা কয়ানা দশা তানবঙুম মতৌক লৈব মরীন চুমদব নিপা অমন সন্ন্যাসীগী কিজোলন কবচ ওই, চিন্তামণিনা খুংলাই ওইদুনা মান থঙনিঙলিবা অত থঙননব হোৎনরকপদা নিংথৌ মচা ***গী মখাই মাঙহ্লরবনি। মমৈদ মাগী অপুক্ত থঙনরক্লব মতমদদি মশানা থাকচব লাংদ মশান থুজখে।

পরীংদ হৌবদগী লোইব ফাওন লুংঙাইরব ৱারী অসে মরীন চুমদবন মমৈদা মরু ফংন মাঙই হায়ব পাউতাক অসিগ লোমনন ঐহাক্ন মৈতৈলোনমী অমাদবু থক্কহঙ্গনিঙ্গবদগী অমসুং অসিগুম লাইরিক অমসু মৈতৈলোন সাহিত্যগী পুক্কেদা হাপচিঙ্গনিংবদগী ইজখিবনি।

লাইরিক অসি ফোঙননবগীদমক মণিপুর সরকারদগী মতেং থর কংঅখি, মহুগীদমক মনিপুর সরকারগী মফমদ থৌবিমগ উংচরি।

অরোইবদা কাইরিক ভূপি মরুগী মতাংদা জে: এম: প্রেসকী মেনেজর ওইবিরিব শ্রীযুক্ত খুমলম্বম ইবোতোম্বী সিংহনা প্রুফ লৌবদ অপ্পাব কয়া লৌহনা হৈতেং পাংথিথিব অমসুং অশোয়ব কয়া পুথোকখিবগীদমক্তস, ভদ্রলোক অসিগী মফমদা নমল তোনশিন্দ্রবনি।

শ্রীথিজোম গোকুলানন্দ সিংহ।

# য়াওফম তাকপ

| য়াওরিব | লমায় |
| --- | --- |

# চিন্তামণি স্বয়ম্বর

## (১) সন্ন্যাসী থুংলব

হিন্দু শাস্ত্রদা লাউরি মতুদি মানব জনম মীওইবগী মপোক্ত পোক্লব থুদিংমক লমন অহুম তোল্লবনি—মহাক্না সংসার অসিদ হিংলুন লৈরিঙুদা অতোপ্পগী লমন তোনশিনবগী বা নত্তে। লমন অহুম অদুদি তেংবানব মপুদ, ঋষিশিংদ অমস্তুং ইপা ইপু পোকপ ইবুধৌশিংগী আত্মাদ তোল্লিবনি। মথোয়মন ঐথোয়বু থরাই হকচাং পীবিদুন সংসারদা থাবিরকপগীনি।

ঈশ্বরগী মফমদ তোনব লমন্দি হৈ, লৈনচিংব কত্তুন পূজা কৎচবগ কোকই, ঋষিশিংদ তোনব লমন্ন থোইদিং অমুবা কৎলগ কোকই; তৌইগুবম্সুং অকোনবগী লমন ইপা ইপুদ তোনব অদু শীংদোকপদি অরাহব থবক নত্তে। মহাক্ন অমুক মচা পোকথরম্লগ মপা মপুগী লমন কোক্লনি—মপা মপুগী আত্মান অরানব থুডম ফংগনি।

আদিত্যপুর হায়বা সহর অসি অরাঙব মন্দির কয়ান, চোংঙাবনা শারব কোল্লুং কয়ান, অরাঙব ফুরা দলান্ন লৈতেংলব মমিং চংলব সহর অমনি। অসিগুম্ব সহর অসিদ নিংথৌ নীতিকেতুন পাল্লম্মী। নিংথৌ, লাইবক থিবদগী মপা মপুদ তোনব লমন অদু শিংব ঙমদন লৈরে, শাস্ত্র য়াম্ন হৈয়ব, লৈবাক ঙাকপদ হৈ-শিংলব নিংথৌ অসি মচা ফংননব দান, ধর্ম্ম কয়া তৌথি, মমিত্ত মপি তাদুন ঈশ্বরবু পূজা তৌথিদব য়াগী

লৈবাক্তা মন্দির অমতা লৈত্রবনি। মহাক্ন কৎখিব ব্রত, মহাক্ন তৌখিব হোম-তোপ মশাং লাকত্তমদ্রবনি।

মহাক্কী মহারাণী মঙ্গাম্নাকরসি ফজ্জব অমস্তুং পৌজাল হৈবগী অতোপ্প মশক অমনি। ফিদমনিডাই ওইরব রাণী অসিন মচা নত্তন মপুরোইবগী অপাম্ব পূম্নমক ফংহল্লিবনি। অম্বাব অসিগীদমক মমিত্ত মপি তাখিবস্ন মশাং খত্তখিদ্রবনি। অম্বাব থাত্তবদ মপুরোইবদগী মহাক্ন খুমাত্ত চাওশিল্লবীনি। লৈবাক্কী থবক ভৌব অমদি মথোম্ব অনি পূম্ন লৈমিম্নব মত্তম নত্তন মখোম্ব মমিত্ত মপি তাক্নুনস্ত লৈম্নবনি।

মহারাজ নীতিকেতু চহি নিফু শুজিনখে। মতুং হৌখিব চহি খুদিংগী নিংথৌ অসি সাধু সন্ন্যাসীশিংন মচা ফংলকখিগনি ফনা হায়ক্লনস্ন মপা অম ওইরক্কপগী আশা অক্ন অস্নুম অস্নুম লাপথোকখিবত্তম ভৌখে। অস্নুম্ন নিঙব কাম্নরব মতম অসিদ নোংমদি মহাক্কী মন্ত্রী ভানুদাস কৌহ্নন হায়রকই :— "নুংশিবব ভানুদাস! ঐগী ইহৈ পূম্নমক, অচুম্ব ম্নায়েল বিচার, ঈশ্বর পূজা, দান ধর্ম—পূম্নমক অসিন ঐগী অম্বাব কোক্লনব ইতেং ওইদ্রে। ঐগী রাণীনস্ন অহিং নুংথিল নাইদন পূণ্যগী থবক তৌরি, মক্লনস্ন কবিস্ন ওইদ্রে। ঐন কনাবু দোষ তৌদে, ঈশ্বরবুস্ন দোষ তৌনিক্তাই লৈতে। ঐগী পুন্সি মীয়াই চল্লক্রবনি। হৌজিক মথংগী মপোক্ত অসিগুম্ব দশা অসি ফংদনব ঐগী লৈমহৌরিব পুন্সিগী শক্লক অসিদি অতোপ্প নম্বী অম চত্তুন লেল্লগে। করি হায়বগে?"

ভানু : মহারাজ! মহারাজগী সনা পুক্লিংদ করি লৈবনো হায়বত্নদি ননাই ঐন খত্তজদরে। সনা পুক্লিংদ নচা-ইবুংঙো ইবেম্নশিং ফংবগী চহি রতাং লিংথে হায়ন থনবিরবদি ননাইন হঙ্গংচরি, ননাইবু ঙাকপিম্নু, চহি হুমফু শুরব নিংথৌশিংন মপা ইবুংঙো ওইখিবগী খুদম মঙা-তরা পীঙব ঙমগনি। ঐন য়াম্ন চেৎন থাজজব অম লৈরি মহুদি অমুক্ত থম্নক্কিব

রাজ্য অসিন সিংহাসন ফংবিনব উত্তরাধিকারী অম শোয়দনা ফংহনবিগনি। তৌজিকমক্তি সনা পুক্নিং নিংহন্নবিবগী যরম লৈত্রি।

নিংথৌ: নহাক্কু অত্তম হায়রক্কনি হায়রব ঐহাক খঙুই, ঐন থনবদি রাজ্য অসি কনাগুম্ব অমদ শিন্নরন্নগ ইচা অমত্তং ফংজনব বন্দ চন্তুনা তপস্যা তৌথুশিরা হায়রবনি।

ভানু: মহারাজ! ননাই ঐস্মু মতু ফাওব থইক্ত; তৌইগুম্বস্মং ননাই ঐন মসি ফাওবদি হঙ্গংচত্ত ড্রুমং—কনাগুম্ব অমন লৌরি-য়ুম্ফম, মইরবাক থাদোক্কুনা বন্দ অপ্রাব থাংবত্তন তপস্যা তৌদে। পণ্ডিতশিংন হায়ইন চপ চান অমস্তুং চুম্ন মখোয় পাঙথোকপস্তু তপস্যা মথল অমনি; মসিবগী মমিঙদি মতুনস্তু হেন্ন অইক্ত মওংদগী লূমই। ননাইন থাজবদি মহারাজগী হায়েঙ চুম্বা লৈবাক নিংথিন ঙাকলিব অসিমক্তন মতমগী মতুং ইন্ন নচা ইদুংঙো ইবেম্ম ফংবিগনি। নিত্তব কায়ব তৌবিগন্নু।

নিংথৌগা মন্ত্রীগা অস্তুম্না ৱারী শানরিঙৈদ থোঙশংবশিংনা সন্ন্যাসী অমা থংঙবগী পাউ হঙ্গংলরে। সন্ন্যাসী অত্ত য়াম্ন থুন নিংথৌগ উননিংলম্মা। পাউ অসি তাবদ নিংথৌ অমস্তুং মন্ত্রী অথ লৈব মিৎয়েংদ অমগা অমগ য়েংনখি অমস্তুং মোমোন মোমোন তৌনখি।

নিংথৌনা থুদক্ত রামায়ণগী ৱারী মতেক অম নিংশিংলকখি। দশরথ নিংথৌন রামচন্দ্রগী লুহোংনবগী ৱা থন্নরিঙৈদ থোঙশঙবশিংন বিশ্বামিত্র মুনি লেত্তুঙকপগী পাউ পুশিল্লকখি। বিশ্বামিত্রন রাম-লক্ষ্মণদু হিংচাবশিং হাৎননব পুথুগ অরোইবদ সীতা স্বয়ম্বর লোইরগ অযোধ্যাদ অমুক হল্লকখি। অস্তুম্না মচা ফংনবগী ৱারী শানরিঙৈদ সন্ন্যাসী অমা লেত্তুঙকপগী পাউ তাব অসিদ মহাক্কী অৱাব কোক্কদ্রা হায়ন খল্লমই। অমরোমদ মন্ত্রীনা অফব মঙ্গলগী ভাব খল্লকই। করিগুম্ব ৱা অম থমরিঙৈদ সাধু-সন্ন্যাসী

থুংঙব অসি থন্নরিব রাফম অদু মঙ্গল ওই হায়নৈ। অদুন নিংথৌ মন্ত্রী অনিমক মোমোন মোমোন তৌখিবনি।

থীন্থব তৌদন সন্ন্যাসী অদু নিংথৌ সনামাঙদ পুশিল্লক্লে। সন্ন্যাসী অদু য়াম্ন চৌং-লেম্মী। মহাক্কী জটা অদুগী মথাদ পাক্লব লাইথক্ত শেঙলব উৎন চান্দিরংগুম লংলি; শোঙলব পীশুম অদুগী মথাদ লাওরব মিৎ অদু তরু তরু লৈরি। তেনবা মচীনগুম কোন্তক তৌরব নাত্তোন অদুন অমুক্কা হেন্না ফজব মপুং ফাহল্লি। নিংথিন শেমজিল্লব চিনবানগী কোই অমসুং থদাংগী কোই অদুন লেম্ব তেনগৎহল্লি। ওকশমদ লৈক্কেংলিব শুগ্রিক পরেং অদুন মহাক্কী তপস্যা ফোংদোকলি; মহাক্কী কমণ্ডলু (য়ুবি খুজাই) অমসুং পাদুকা অদুনা মহাক্কী লম য়াম্ন চৎপা অদুবু লাকশিন্দুন থত্তব ওমই।

লেঙুকলিব অতিথি অদু নিংথৌন মচা পীবিনব নিত্তিগী পূজা কৎচরিবা, ইতত্তুনা মিৎকী পিন চরণ শেংদোক্লিবা মহাদেবগী মূর্ত্তি অদু ওইন উরম্মী। মতমত্তুদ নিংথৌনা তৌখিব হায়ববু—মহাদেবগী মহুৎ শিনব ওইরব মহাত্মা অদুগী মাঙদ থুকউ লৈতারদুন মমিত্ত মণি তান থুরুমথি।

সন্ন্যাসী অদুন নোঙ্গরদুনা নিংথৌবু হৌগৎলে: মথুং তিংথোক্লদুন শঙ্করদেবন মঙ্গল পীবিসনু' হায়ন আশীর্ব্বাদ তৌথি। নিংথৌ নীত্তি-ক্কেত্তুন মহাত্মা অদুবু মতিক চাব পূজা কৎলগা নিংথিরব আসন অমদ লেঙশিলহল্লে।

নিংথৌনা মথুং লোম্নরদুনা হংলকই:—"মহাত্মা! ঐগীসিদ লেঙবিরক্লন ঐবু য়াম্ন থৌজানবিরে। মহাত্মাগী শকফম উজরগ ঐহাক্র থৗঞ্জে মহাত্মান থঙবিদব করিসু লৈরম্মোই; অপাম্বসু থোইন লৈরমলোই। অসিদ লেঙ-বিরকপগীদমক্তি মহাত্মান তাকপিব য়াথং পূম্নমক কিগাও শান য়াজম্মি।"

সন্ন্যাসী ঃ নিংথৌ ! ঐদি বন্দা লৈবা মীনি ; সংসারগী অপুনবা পূন্নমক থাদোক্লবনি ; ইন্দ্রি খুত্নম চল্লবনি ; ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈরবনি। মহারাজনা হায়বগুম্নদনা ঐনা করি পামলুখিগনি। মহারাজদি য়ায়েন চুপ লৈবাক মপু অমসুং ধর্ম্মআনি হায়ব তারদুনা সুমিৎ থরদং মহারাজগী রাজ্য অসিদ মতম লেনগে লাকপনি। ঐনা অসিদ লাকপগী মরম অদুনি লৈতে।

নিংথৌ ঃ মহাত্মা ! মহাত্মাগী ইচ্ছা অসি তাবদ ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজরে। ঐনা শেমদোকচনিংব হায়বদু মহাত্মানা ঐগী রাজ্য অসিদ পুন্সি চুপ্প লৈবিব অসিনি। ঐগী অৱাবসিমতং কোকহনবিনব (মপি তৈথোক্লদুনা) ঈশ্বরনা মহাত্মাবু থাবিরকলবনি হায়না ঐনা খল্লি।

সন্ন্যাসী ঃ মহারাজ ! মহারাজগুম্ব ধর্ম্ম চেল্লব নিংথৌ অমনা অৱাবগী মমি ফংই হায়ব তাবদ ঐদি উকলবনি। চানবিদুনা অৱাবগী মরম অদু অমক্ত তাকপিয়ুদনা।

নিংথৌ ঃ হে মহাত্মা ! ঐহাক, ঐগী রাজ্য, ঐগী প্রজা, ঐগী ভার্য্যা, ঐগী মন্ত্রীশিংগ লোয়ননা নুংঙাইনা পাল্লি। ঐনা ৱারিবদি ঐহাক ইপা-ইপুদ তোল্লিব লমন অদু শিংদোকপ ঙমদ্রে।

সন্ন্যাসী ঃ ও, অদুগী ওইরে ! মহারাজ, করিগী পুক্লিংদা অমাংব ৱাথল খল্লিবনো ? মহারাজনা কিরিবসি ইচা ফংলরোইদ্রা হায়বগীনিনে। মহারাজগী ধর্ম্মনা মহারাজবু থাদোকলম্মোই হায়বসি ঐনা খাজে। মতুদা ৱাথল থিংজিল্লুব তৌদনা সাধু বৈষ্ণবশিংবু সেবা অদুম তৌবিয়ু ; নিংথৌগী থবক নিংথিনা অদুম চথবিয়ু ; ঈশ্বরবু তত্তনা প্রার্থনা অদুম তৌবিয়ু ; মতুংদ কৃপা লাক্কনি।"

নিংথৌ ঃ "মহাত্মা ! ঐবু থৌগৎপিব ৱাঙাং অসি তাবদ ঐ য়াম্না নুংঙাইজরে। ঐনা লমকাংলব লম্বীদ চৎকম খঙদনা লেপ্পুনা লৈরব মতমদ মহাত্মাগী দর্শন ফংজব অসি ঐগী তুংদ ওইরক্কদব মঙ্গলগী লম্বী

তাকপিবনি। ঐহাক অমুক য়াব তৌজরয়োই, ময়মদি ঈশ্বরন মহাত্মা ওইন লেঙবিরক্কুন ঐগী চিংনববু কোকহনবিরবনি।

নিংথৌ নীতিকেতুন সন্ন্যাসী অদুদগী বিদাই লৌথুগ সহরগী মতাইদ লৈব লানবন অদুদ সন্ন্যাসী অদু হুংঙাইন লৈহনব য়াননব শীল-লাংলুরে। মন্ত্রী ভানুদাসনা সন্ন্যাসী অদুবু লানবন অদু তান্ন লমজিংত্নন পুরে; মহাকী খুসীদ মীনাই থম্ম অম থনম্নে, মাগী লাইনিং লাইশোল তৌবদ খুদোং চাগদব পূম্নমক শীল-লাংলম্নে।

নিংথৌন হয়া হন্না হায়জবদগী মহাত্মা অদু মতম খর শাংথন লৈবিম্ম হায়ব য়াবিরে। নিংথৌ নীতিকেতুন মাগী অয়াবা পূম্নমক কাউথে, লৈবাক নিংথিন শাসন তৌবদ, প্রজা হুংঙাইহন্নব হোৎনবদ পুক্নিং লৃপথে। ময়ক অসিদ মাগী কোন্নুং অদু, মওং অমা ওইন হায়রবদ, বেদ-শালা ওহোকথে, অহিং হুংথিল নাইদন মতম পূম্নমক্ক বেদ-মৎ শীন তারমই। শাস্ত্রগী মতুং ইন্ন হোম-জপ তৌবগী মনম হুংশিরব দৃপকী মৈখু, মি মৈ চাকপ মনম্ন মতম পূম্নমক্ক পূমথন থনথে। পণ্ডিতশিং অমসুং সাধু বৈষ্ণবশিংবু নীতিকেতুগী কোন্নুংদ তরাম তরাম ওকপ অদুগুম্ন মক্কম্ন অতৈদ তৌরমলোই। মন্দিরগী শঙ্কিকশিংন মখোল হৌন তোন নিল্লি। রাজ্য শিন-থুংন নিংথৌগী মতৌ লৌজনা হৈনৌ ময়াক্ত খোংলিব কোকিল মোইনাগ লোয়ননা বসন্তগী ঈশৈ শকলি।

তোয়ন তোয়ন নিংথৌন সন্ন্যাসী অদুবু লানবন মন্নুংদ দর্শন তৌরি; পুক্নিংদ শান্তি ওইংগদব পাউত্তাক কয়া কয়া সন্ন্যাসী অদুগী মক্নমদগী তারি।

ইকুই কুইদন, ঈশ্বর পূজা, প্রার্থনা তৌবদগীরা নত্রগ সন্ন্যাসী অদুগী আশীর্বাদতগীরা মহারাণী অদু গর্ভ পুথিবগী খুদম উৎলক্লে। নোংম নোংমগী পানথৎলকপ থাগী মতৌগুম ময়েক শেংলক্লবদ নিংথৌগী অমসুং

প্রজা পূন্নমক্কী নুংঙাইব পান্দমনিঙাই লৈখিদ্রে। নিংথৌনদি মহাক্কী অতিথি ওইনা ফংজরিব সন্ন্যাসী অদুগী কৃপাদগী ফংজগদৌরিবনি হায়না নুংঙাইব ফোংদোক্লমই। অদুগী মতুং ইন্না মহাক্না সন্ন্যাসী অদুবু লুনা নিংবা অদু হান্নদগী শরুক এহুম হেনগৎলম্মী। তোয়না তোয়না সন্ন্যাসী অদুগ দর্শন তৌনদুনা ঈশ্বরনক্তি হায়না খল্লবা মহাক্না অদুগী পাউতাক তাদুনা লৈরম্মী।

---

## (২) চিন্তামণি পোকপ

অঙাং লৈতৰা ইমুংদ অঙাং অমা ফংবগী আশা তৌনরব মতম অসিদি য়াম্না নুংঙাইৰ মতমনি। মতম অসিদদি মমা ওইগদৌরিব নুপী অদু য়াম্না নুংশিনৈ, নুনা তৌনৈ। মমা ওইগদৌরিব অদুনা নত্রগা মপা ওইগদৌরিব অদুন কনান হেন্না চাউথোকচনিঙাই ওইবগে হায়বসে থন্নব য়াব ৱাফমনি। অমবু ওইরবস্ন অমবু ওইরবস্ন অঙাং ওইরিব অদুন মমা মপা ওইব্বু ঙমহৎলি! মমা মপা ওইরিব অদু অরৈ-লৈত পুন্নমক কাউথোকই, হেনদোকথ্রব মতমদদ নিংশিংলকই।

মীচমগীদমক ঐথোয়ন অসুম থন্নরবসিদ নিংথৌগী ইমুংদাদি করি ওইন থন্নগদগে? লৈবাক প্রজা পুম্বগী নুংশিংব অদু রাণী মঙ্গাইদ হৈজিনথে। মহারাণীন মশা থজিক্কং নুংঙাইরক্তবদ কোম্নুং মনুং অদু কোয়চেন চেন্নখি অমসুং নিংথৌ নীতিকেতুন মহুম থুগাইরব হয়িংখোইগী পান্দম ওইখি।

অসুম থাজনৈ মদুদি গর্ভ লৈরবী নুপী অদুদি মপুক্কিং নুংঙাইহন্ন থমগদবনি। মহাক্কী পুক্কিংগী অবস্থা অদু গর্ভদ লৈরিব অঙাং অদুদ মমি তাশিল্লি হায়নৈ। মনোবিজ্ঞানগী ৱা থল্লুদনা মসি অচুম্ব ওইগনি, মরমদি গর্ভাবতী ওইরিবী কয়াধুবু নারদ মুনিন হরি-ভক্তিগী পাউতাক তাহনবদগী হিরণ্যকশিপুন প্রহলাদগুম্ব মচা ফংখি, সুভদ্রাগী গর্ভদ লৈরিব অভিমন্যুন শ্রীকৃষ্ণগী মন্ত্র তাখিবদগী মতুংদ চক্রবিহু চঙব ঙমখি।

মহারাণী মঙ্গাইনা ফংব য়াব পুক্কিং নুংঙাইহন্নবগী মচাক পুন্নমক পীরমই। মহাক্ক অৱাংব থাক্কী ওইরব ঈশৈ, পণ্ডিতশিংগী নৈনব ৱারোল তারম্মী; লাইয়েকপগী থবকসু তৌরম্মী; মহাক্ক তৌদববু করি লৈরগবনো? অসিগুম্ব থৌরমশিং অসিদ চিনমনথিবন মহাক ঈশ্বরদ প্রার্থনা তৌনব

মতম ফাওব ইফং ফংখিদ্রে। নিংথৌ নীতিকেতুন মচা অম ফংজগদৌরে হায়ব আশা অসিদ পুক্নিং লাংতক্লন থোকলগদব নুমিৎ অদু ভাইদুন লৈরক্লে।

মতম য়ৌরবদ মহারাণী মঙ্গাই মচা ইবেম্মা অমা ফংলে। নিংথৌ অমসুং মহারাণীগী মফমদ অমসুং প্রজাশিংগী মফমদসু অঙাং অদুনা নুপা ওইরকপা নত্রগ নুপী ওইরকপগী ৱাফম অমত্তু থন্নরমদে। নিংথৌ, মহারাণী অনিন পামজরমলিবদি প্রজান নুংশিবা সিংহাসনদ উত্তরাধিকারী ওইনব মচা অমত্তং ফংজরব অদুতনি। পোকলকলিব অঙাং অদুসু কয়াদ নিংথিজরগদব অঙাংনো! পাঙ্গিশিংন অঙাং অদুগী জন্ম-ফল হোৎতুন কুঠি ইননব হোৎনবদ কয়াদ থবক চিন্নখ্রব!

নিংথৌগী মফমদ নুংঙাইব ফোংদোকপ লাকপ অমদি অঙাং অদুবু মঙ্গল পীব লাকপ অঙম খথৌ কয়ান কোনুংদ তিল্লে, প্রজা মীয়াম্না নিংথৌগী মচা ইবেম্মা অম ফংব নুমিৎ অসি লৈবাক্কী খচৌব থৌদোক অম ওইন লৌদুনা লম্বীদ অমসুং কোন্থোং চংফমনচিংবদ ফিরাম্নচিংব থোক্তুনা হরাওব নুংঙাইব ফোঙদোকখি। প্রজাশিংন ঈশ্বরদ পূজা কৎনবগী মন্দিরগী শবিকশিং মথোলন ম্যামৎচুপ্পতুনা ইনিন নিনখি। নিংথৌ নীতি-কেতুন চাননব অচাপোৎ, শেল, শম্বীনচিংব লাইরব অনংব অমসুং দান তৌবদ মতিক চাব মীশিংদ মরাং কায়ন দান তৌখি অমসুং মথোয়দগী মঙ্গল আশীর্বাদ ফংখি।

মন্ত্রী ভানুদাস খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইব মী অমগুম্না মশা খিঙুন কোয়চৎ চত্তুনা থৌদোক অদু চাউন পাঙথোকননব য়াথং পীন্নি। মহাক মতুংদ থুনা সন্ন্যাসী অদুগ লোয়নন নিংথৌগী মমাঙদ লেপ্পরে। নিংথৌ নীতিকেতুন তৌবিমল থঙব উত্তুনা সন্ন্যাসীদ দণ্ডবৎ কৎলে। সন্ন্যাসী অদুন নিংথৌবু চিংথত্তুনা কোল্লে। নীতিকেতুনা পুক্নিংদ য়াম্না কন্না থাজবম্মী

মতুদি মহাক্ন মচা ফংজরিব অসে সন্ন্যাসী অদুগী কৃপাদগীনি হায়ন। সন্ন্যাসী অদুবু গুরু মহারাজ হায়ব মিঙ্গৌ অসি মুমিৎ অদুদগী শীজিন্নখ্রে। ভানুদাসনা লমজিংলদুন মখোয় অহুম খুনিং কাঙন-কান্ডন খাংগোল-শংলোমদ লেঙলক্লে।

মখোয়বু উবদ লৈমকোলগী নুপীশিং অদু চেস্তোক্লখ্রে; তৌইগুম্বস্নং মখোয়গী খোঙজি মখোল অদুনদি মখোয় কদায়দ লৈবগে হায়বদু তাকলি। খাগোলশংদ চিপ্পুন লৈরিব মহারাণীদ নিংথৌ লেঙডকপগী খা তম্লুরে। নিপা অহুম অদুন মমাঙগী কাদা পন্দুন লৈরিঙৈদ মহারাণীগী খোংগল লুচিংবী অদুন অচাং অদুবু রেশমনা য়োমশিল্লগা য়েংহন্নবব পমদুন পুখোরক্লে। মখোয় অহুমগী মায়খোড় উবদ কনান খ্বাইদগী হেন্ন নুংঙাইরমগদগে হায়ব আরায়ব পোৎ নত্তে।

মখোয় মরিমক মোমোন মোমোন তৌখি। নিংথৌগী থম্মোই অদু দং-দং চোংখি, মখৌনা স্বর শাংন শাংন হোনখি; সন্ন্যাসী অদুন মাগী মায়খোঙ অদু শান্তি ওইব, পূক্রিঙ ইংথব মওংদ উৎননব হোৎনখি।

অঙাং অদু ফুদোংলবা সনাগুম নিংথিজরমই, মমিৎ তরং তরংই, মশম মুই। অঙাং অদুনা মখোয়দা নোক্লকপদা মখোয় গুমহৎপগী ইরোম্নংদা লপাখি, মমিৎ মমিৎ য়েংনদুনা মিৎকী রারী শানখি। মতাং অসিদা অচৌকপ থুগাইদুনা খা ঙাংলকলিবদি গুরু মহারাজ অদুনি: "মহারাজ, মশক অস্থক ফথবা, স্বরস্বতীগুম লৌশিংগী মঙাল লৈরগদবা অঙাং অসি ফংজবদি মহারাজদি থাঙ্গৈমক শেংনা লাইবক করবনি।"

মুংঙাইথিবদগী মথুম মরাং হৌরবা নিংথৌ ফুনগৎলবা খোঙ্হোক্ন হায়রকই, "গুরুদেব, গুরু মহারাজগী কৃপাদগী ফংজরিবনি। মহাত্মাগী অঙৎপা লৈতবা খৌজাগলনা মহাক রাজ্য অসিগী মতিক চাবী অমা ওইগনি হায়না আশা তৌজৈ।"

নিংথৌ নিতিকেতুনা ওকশমদগী মুক্তা পরেং অদু হুক্তোকলগ অঙাং পুথোরকপী রাণীগী থোগললোই অদুদ মনা ওইনা পীরে। অঙাং অদুগী মমায়দা শোকুম-শোক্তগুম তৌনা চুপ্পগা অতোপ্পা অনি অদুদা মমায় ওন্থোরকলে। নিংথৌ অমসুং মন্ত্রীনা দরবারলোমদ লেঙলকলে, সন্ন্যাসী অদুন মাগী লৈফম লানবন অদোমদ হনখে।

কোন্নুং য়োরগা নিংথৌ নীতিকেতু অঙাং অম পোকপগী হৌনবী মতুং ইন্না হকচাং শেংদোকলে, ইপা ইপুগী আত্মাদা কৎপা হৌনবা পূজা কৎলে। থোদোক অদুগা মরী লৈনবা ধর্মগী থৌরম পূন্নমক পাঙ-থোকলে। পূন্নমক লোইরবদ নিংথৌ নীতিকেতু লুক হারগা মন্ত্রী ভানুদাসগ লোয়ননা লানবনলোমদা সন্ন্যাসী অদুগী পাউতাক তাগদবগী লেঙলক্লে।

নিংথৌ অমসুং মন্ত্রীনা লানবন মনুংদা লেংশিল্লক্লবদা সন্ন্যাসী অদু য়ুম মনুংদগী মখোয়বু ওকপগুম থোরকলম্মী। নিংথৌ মন্ত্রী অনিনক্তা সন্ন্যাসী অদুবু নমস্কার তৌরে। মখোয় অদুম য়ুম মনুংদা লেপ্তশিনখিদুনা আসন অমমমদ ফমথনখে।

সন্ন্যাসী অদুনা হায়রকই: "মহারাজ! ঐন কোন্নুংদগী হল্লকপদগী অঙাং অসি তুংদ ওইহনগদব মওং অদু থল্লিবনি। মহারাজনা তাকপিরি মদুদি ঐনা পীজবা আশীর্বাদ অদুনা নচাইবেম্ম অসি ফংবিরিবনি হায়ন।"

নিংথৌ অচুম্বনি হায়বা ফোংদোকপগী মওংদ ওক নোল্লম্মী।

সন্ন্যাসী অদুনা মথা তারকই: "ফরে, অদুননি হায়না থন্নরসি। মদুনি হায়ন লৌরবদ ঐনা থল্লিবদি নচা ইবেম্ম অসি পৃথিবীসিদা অওকপা অমা ওইননবা মহৈ তম্বিবগী ভার অসি ঐনা লৌফম থোকই; অঙাং অসি মাম্না বুদ্ধি লৌশিং চঙথোনগদবা মওং উই। মাফম অসি মহারাজনসু মহারাজগী প্রজা পূন্নমকনসু য়াবিগনি নিঙই।" সন্ন্যাসী

অসিনা মসি হায়রগা মখুং নোম্মরতুন মঙক পৈরপনা চিংনব মওংদ নিংথোদ য়েংতুন লৈরম্মী।

নিংথৌ নীতিকেতু নিংদোল তিং-তিং চোংথি; সন্ন্যাসী অহুনা মচা ইথেম্মবু মহৈ তম্বিবগী ভার লৌবিগে হায়রিবসি য়াম্ন হেন্ন চানবিরবনি হায়রন নিংথৌন পুক্লিংদ থন্দুন মন্ত্রীগী মত করি লৈবগে হায়বসী ইঙ্গিৎ থঙ-নলবা মহৌদ মায় কাওব লৈশিল্লমদনা নিংথৌনা খুমথি: গুরু মহারাজ! ঐবু অস্মম্না থৌজাল উংপিবা অসিগী ঐন মতৌ করম্ন লমন শিংলসিগে? মতুদগী হেন্ন পাগজবা ঐহাক্কী অতৈ লৈজদরে।”

নিংথৌগী বা অদু তারবদা সন্ন্যাসী অদু থরাই য়াওনা হায়রকই: “মহারাজ য়াবিগনি হায়বা নৈতু থঙই। হৌগদবসু মতম য়াম্না ল্বাংলি। মতমদু য়ৌরবদা ঐনা থঙজ-হৈজরিবা বিদ্যা থর অসি নচা ইথেম্মদা তম্বিবদা ঐগী অপেনবা ওইজরগে। নত্রবদি ঐহাক ব্রহ্মরাক্ষস ওইবা তারে।” অদুগা নোকলম্মী।

লাননন মতুং অদুদা সন্নাসী অদুগী পাউতাক অদুনা মতম থম্ন পম্বরম্নগ নিংথৌ অমত্তং মখা কোক্সুংলোমিদ লেংথে।”

ধর্ম্ম বিশ্বিগী মতুং ইন্ন চংনরম্ব অমসুং থডনরম্ব মমা-মপা ওইবগী মতৌ অদু হৌজিক্কী মতমদ থোক্লরিব অসিগুম্ন অরুব ওইরমদে। মতমতুদ তৌফম থোকপ মথৌ ওইনরম্ব অদু হৌজিক্তি মমল য়াম্নবা পোৎলুম অমা ওইরে। ধর্ম্মবু চেকশিন্ন ভাক্ত চৎলিব নিংথৌ নীতিকেতু মাগী প্রজাশিংবু পীজ পীগক তৌবদ অরাব থঙডমদে; প্রজাশিংসু মথোয়গী কংফম থোকপ, তানফম থোকপ দাবী থডবদগী তৌগদবা মথৌন হেন্ন থঙলম্মী।

আদিত্যপুরী সহর নিংথৌন অঙ্গাং অদু ফংব লুমিত্তগী হয়াও তয়াম্ব মংংদ লৈরে। মতম অদুগী প্রজাশিংদি মথোয়গী নিংথৌবু য়েক্কব

ওইন থল্লমদে, থাজনা খোমজিনব অম ওইন ফুংশিদবস্থু তৌরমদে ; নিংথৌবু মথোয় পূম্নমক্কী লুচিংব ওইন থল্লম্মী। লুমিং তরামণ্ডানি ফাওবদি প্রজা পূম্নমক কুম্মে মলুং ওইন হরাও ভয়ামিহুন লেম্লমই। তরাতরুকনি শুব লুমিংত ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমসুং অঙোম অথৌ মমাংদ অঙাং অহু মণিচুক্তা থাম্লগ মনাগী নাউজুমদ হাপলে। অহুল লমন ময়াম্ন য়ানব মতুং ইন্ন অঙাং অহুগী মমিং চিন্তামণি (আশা থুংহনব মণি, পোকউ ফায়বদ পোকপ মণি) থোম্লে।

## ( ৩ ) অঙকপা স্বয়ম্বর

চিন্তামণি চহি মরি মপূং ফারদুনা চহি মঙা চংলক্লে ; মহৈ তম্বিবা হৌবা মতম ওইরে। নিংথৌ নীতিকেতুন মচাগী মহৈ তম্বা হৌনবা অকবা লুমিং অমা থল্লে। লুমিং অদুদা মচা ইবেম্মবু সভা যাত্রা অমগা লোয়ননা সন্ন্যাসী অদুনা লৈবিবা লানবন অদোমদা পুরক্লে। যন্ত্র খোংবশিংনা মাঙ থারদুনা, লুপীশিংন যন্ত্রগী মরোলদুগ ভান চান জগোই শারদুন অঙুম অথৌ অমম্লং লান্মীগী মকোক ভুইরশিংনা ঙং ইল্লদুনা লানবনগী মাইকৈ পাংলক্লে। সন্ন্যাসী অদুম্লু খোরক্তুনা ময়াম্ লম্বী তঙ্খাইদা ওক্লরে অমম্লং মযাম্বু তোলদ পুশিনখ্রে।

স্বাগত লোইরবদ বিগ্যারম্ভ ( মহৈ তম্বা হৌবগী ) পুজানচিংব তৌরে। গুরুমহাবাজ মাগী নাকন্দা সনাগী ভাংবল অমদা চিন্তামণিবু ফমহল্লে। ওঁ হায়ব ৱাহৈ অসি হায়দুন অঙাং অদুগী মহৈ তম্বিব হৌরে। পানা অমম্লং অতৈ অপুম অহাঙ ময়ামদা য়েল্লে। গুরুমহারাজদগী বিদায় লৌরদুন নিংথৌ নীতিকেতু অমম্লং অতৈ অতিথি পূন্নমক হল্লরক্লে।

চহি তরাহুমদোইই শুবা ফাওবা চিন্তামণি মহৈ কন্না তম্লকলে। ভূম্বা অমম্লং চাবা মতম নত্তুনা পূন্নমক্তা গুরুগী মনাক্তা লৈদুনা য়াম্না হৈ-শিংবগা লোয়ননা গুরুগী মফমদা শাস্ত্র অমম্লং বিদ্যা তম্নমলে। অসিশুদ্ধী মতিক চাবী সেবক অমা ফংলবদা গুরু মহারাজন থঙবদা ল্যরবা বিজ্ঞান ফাওবা তম্বিরমই। চিন্তামণি তম্বিবা খুদিংমক ঙাম্লুনা ঈশ্বিংদ হৈনবগুম লায়না থোকলমই।

মসিগি তম্বদা হৈ-শিংব অদুক চিন্তামণি মশাস্না ফজরবী, পুক্নিং হুনবগী মশক ওইরবী নুপী অমা ওইনা শিংডেল লৈশাং তম্নকলে। মতুংগা লোয়ননা নুপী ওইবগী হৌনবী নোঙ্গকপা ঈকায় থীবনচিংবা গুণ পূম্নমক চেল্লম্মী। অওইবমক নুমিৎ খুদিংগী মহাক্না কোন্নুংদগী লানবন ফাওব চৎপা অসিদা মহাক অসি অপ্সরা অমগী মতৌগুম ফজনা পুক্নিং হুনা উনরমই।

চিন্তামণি মীওই গুরক্লে। থোদোক অসিমস্না মতিক চাবা মওংদা উসব অমা পাঙথোকলম্মী। নোংমা মহারাণী মঙ্গাইনা মচাবু কৌশিল্লগা হায়রমই, "ইবেম্মা, নহাক হৌজিক অঙাং নত্রেদো। মতুংসিদদি নহাক লুহোংলবী নুপী অম ওইদ্রিব ফাওবদি নহাক চৎপ চৎপ খুদিংদ মী, নমান্নবীশিংগা লোয়নগদবনি।"

চিন্তামণিন খুম্নকই : "হোয়, লোয়নগে। অদুদা বাফম অদু ঐহাক্না ইতোমম্তা ঐগী গুরুগা লৈমিন্নবদদি খন্ননিংঙাই লৈতে হায়না ঐন খল্লি ; মরমদি ঐনা তাজখি মতুদি কনাগুম্বা অমগী অহল-লমন (মপা-মপু), গুরু, অরাবদগী কনবিরিব মী, চাক তাঙবা মতমদা চাননবা পীবিরিবা মী, মখোয় অদুদি চপমান্নবা খনগদবনি— মপাগুম্ন খনগদবনি।"

মহারাণীন মঙক নোমখি অমসুং হায়রকই: "নুপীমচা! ঐন নঙোন্দা হায়গদব নুংঙাইব পাউ অমগ লৈ। নহাকপু ঐগী ইচানিপা সুরেন্দ্রপুরীদ পাল্লিব নিংথৌ পুরন্দরদ লুহোংহনুন পীরগে হায়ন খল্লে। ঐন বাফম অসি নঙোন্দ হায়রক্কনি হায়ন নহাক্ন হান্ন খল্লম্মাল্লে!"

"কদাইদগী খঙ্গরুগবনোদা, ইমাসিম!" চিন্তামণিন ঈকায়ন মক্ন লুকথরুদুন সারি মপাল শেমজিল্লদুন খুম্নকই। "ইমাগী আশাবু ওইরবস্না, চহি অমুক কুইন ঐবু মওং তানব শেম্বিবদ রারক্লব ঐগী গুরু মহারাজ অসিদ হংলমদন ঐখোয়ন হেক লেপথোকপদি চুম্বা ইমা?"

লৌগদৌরিব পরিক্ষা অসিস্থ য়াম্ন লুব মওংনি। মহাক্কি চাংয়েং অতুদ করিগুম্ব শোয়ব থোক্লবদি করি অবস্থা ওইগনি থন্দুনু য়েংউ!”

“মহারাজ! গুরুগী য়াথং ইন্নন ঐন লেপখ্রব রারেপ অতুদগী ঐহাক হন্দোক্লরোইদবনি।”

“নুপীমচা! হায়গে তাও! নহাক্কী রাশক-রারেপ অতুগীদমক নহাক্না নিঙমদবা তৌরক্লব অতুতনি ঐহাক্ক পামলিবদি। ঐহাক কোম্ন অমুক হায়গে। চাংয়েং অতুদি য়াম্ন থুদোং থিব জাতি নত্তে; অতুদ ঈব ওইগদৌরিব অতুন ঙমদব থোক্লবদি মহাক্কী ইজ্জৎ, ইকাই খুম্নব মাঙব তাই, মহাক্কি ফাওব মাঙব থোক্লবদি!”

“গুরুদেব! নয়াথং পুম্নমক পুক্নিং চঙনা তাজরি। ঐঙ্গী লেপকদব পুকচেল হোংদনা লৈরি। ঐন জবান তৌজরিব অসিনি:—ঐগী ইপু-রোইব শনবদ থোকপরব অম থোক্লববস্থ ঐহাক্ক গুরুদেবনা আশা মপুং ফানবা ঙাকনি!”

সন্ন্যাসী গুরু অদু নে-ঐ লাব মওংদ থ্বর শাংনা হান্দোক্লমই অমস্লং মহাক্ক নিঙব খুংলবগী মওংদ মমিৎ ইনং লংখংলমই। হায়নকই “নহাক্না হৌজিক ঐঙোন্দ জবান তৌরে; চথগদব থোক্লং অতু মচা থায়না তারো।”

অপা মরক থংলদুনা চিন্তামণিনা হায়রকই: “গুরুদেব, ঐথোয়ন চথগদবা হিরম অদু কুপ্ন নৈনদ্রিউদ ঐথোয়ন পাংদ পাটি অমত্তং থাখিদুনা ঐথোয়গী থম্নবা অসি য়াওবিরনবা হঙ্গংখিদনা চুম্মোইরা?”

চিন্তামণিগী বা অদু গুরু মহারাজনা য়ারদুনা চিন্তামণিনা মাগী লোয়নবী কমলাবু নিংথৌ নীতিকেতুস্থ রাতাম্নব অদু য়াওবিরনব লানবক অদুদ লেঙবিরকউ হঙ্গংলুনব থাখে।

কমলানা চৎখ্রবদা গুরু মহারাজগা চিন্তামণিগা মখোয় অনিতমক চানমহৌরে। তান চপ চারবা মঙ্কমনি হায়না থল্লদুনা সন্ন্যাসী অদু তৌগদৌরিবা পরিক্ষা অদুগী মওং অদু চিন্তামণিদা হায়রম্মী: "নুপীমচা ! নপাবুং লেঙচক্লিদৈদা তৌগদৌরিব পরিক্ষা মওং অদু হায়গে। নহাক্না হংননবা ঐহাক্না বাহং অহুমথক শেমগনি। বাহংশিং অদুদি য়াম্ন চঙক্র-নিঙাই ওইবা জাৎনি। মী লাক্ক অমগী মনুংদা অমতংগকা চুম্না খুম্ব চুম্ব য়াই। তৌজিক নহাক্না স্বয়ম্বরগী মওং অসি চোল থিন্দুন লৈবাক শীনথুংন পাঙ্তি চোচোকপিয় হায়ন নপাবুংদ হঙ্গংলু; ঐগী বাহংশিং— বাহংশিং অদু নহাক্না নত্তে ঐহাক্না থদুনা বাহংনি— অসি চুম্ন খুম্ব চুম্ব অদুদ নহাক্না হংলোংদুনা পীগদবনি। পাউখুম অদু ঐগী পেনব মওংদ খুম্ব চুমদ্রবদ নহাক্না লাকইব বর অদু মঙাক কক্কদবনি; মকোক অদু তা অমগী মতেংদা লেপ্তুনা কিলা অসিদা য়ুংদুনা থমগদবনি।"

চিন্তামণি হুনিঙ্গা তাদুনা লৈ; গুরুগংপ অমত্তুং পুক্লিং তম্নাং তশোয়-বগী খুদম অমত মাঙোন্দ ডিব কংদে।

সন্ন্যাসী অদুনা মথা হায়রকই; "বাহংশিং অদুনা অসিনি:

(১) সন্ন্যাসী অমগা মরুপ শাশিন্নরগা সন্ন্যাসী অদুগী মাদুগী চৈ হুরানখিবা অমত্তুং মতুংদা অফাওবা নিংথৌ অমা ওইনা পানখিবা মহাক অদু কনানো? মহাক হিংলিব্রা? কদাইদ লৈরি?

(২) নিপা শারগা নুপীনা নিংথৌ অমগী মন্ত্রী ওইরম্বা, অতোপ্পা নুপী মঙা অমত্তু লুহোংদুনা লৌবিগনি হায়না চেনমিন্নখিবদা সন্ন্যাসী অমনা ফাখিবা, মতুংদা সন্ন্যাসী অদুবু চঁগ তৌরমদুনা নাম্বোকখিবা নুপী অদু কনানো? মহাক লৈরিব্রা ?কদাইদ ! লৈরি ?

( ৩ ) সন্ন্যাসী অমবু তেংবাংখিবা শুধা অমসুং মতি করম তৌথ্রবগে ? মখোয় হিংলিব্রা ? কদাইদ লৈরি ?"

"ম্নাহং অসি চিন্দা পুশিল্লু। নহাক্না ফমগদৌরিবা মফম অদুগী মথাদা সুরুং অমা ছুংহনগদবনি। সুরুং অদুগী অতোপ্পা মচিন অদুনা মফম অসিদগী ( মাইল থর ) লাপ্প উমংদ ফাওরুগদবনি। মফম অসিগী সুরুংগী মচিন অতুন উপাক্ল থুমজিন্দুনা মী থঙদনব পমগদবনি। উপাক অদুগী মথক্ত আসন অমদ নহাক্ল ফম্লগা লাকইবা বরশিং অদুদা ম্নাংশিং অত্ত হংগদবনি। আসন অদুগী মথাদ সুরুং মনুংদ ঐহাক্ল লোম্ভুনা লৈগনি। বর অদুগী পাউথুম অত্ত ঐন য্যানিংলবদি ঐহাক্ল ভুমিন্না লৈগনি, পাউথুম অদুনা লাল্লবদি ঐনা উপাক নোমলক্নি; মতুদ নহাক্ল মহাক অদুগী মঙক অতু ককথংলগ ঐন্দু কৌরকউ। অদুম তৌব অতুঙ্গ বর অদুন অম ওইরবম্ল অম ওইরবত্ত নহাক্লা হিংহন্নব তৌরোইদবনি। অতুগা ঙসিদগী হৌরদন নহাক অমসুং নহাক্কী লোয়নবী কিলা অসিদ লৈরগদবনি। নপাবুং হেক লেঙঙকপগ ম্নারোল পূম্নমক অসি হঙ্গংল্ল অমসুং সুরুং অত্ত থুনমক তৌহনবিনব হঙ্গংল্লু।"

চিন্তামণি মঙকত্তমক লোমলপ্পী, ঙা ঙাংলমদে, তুমিন লৈরমই।

চিন্তামণিন অথুব পাউ অম প্পারকই হায়ব তাপদ নিংথৌ নীতিকেতু রথ অম তোংলদুন থুনমক গুরু মহারাজন লৈরিব লানবন অতুদ লেঙ-লক্লে। নীতিকেতুন য়োরক্তুন আসন্দ লেংশিল্লবদা চিন্তামণিন হঙ্গংলপ্পী: "পাবুং! গুরু মহারাজন ঐত্তোন্দ ম্নাহং অতুমথক তাকপিরে। ম্নাহং অত্তুম অসি চুম্ন খুম্ব ঙম্ব নিপা অতুদ ঐহাক্ল লুহোংগনি হায়ন গুরুদেবদ জবান তৌথ্রবনি। অদুগী মথক্ত অচুম্ব পাউথুম পীব ঙমদবশিং অত্ত ঐহাক্ল ইথুংমক্ল মঙক কক্লগা লানবন অসিদ ম্নাংন থেংতুন থমগনি হায়নম্ল য়াথ্র-বনি। মসিন গুরুগী ইচ্ছা ওইথ্রবনিন ঐহাক্ল মসিদগী করিগুম্ব থজিক্তুং

ফাও হোংদোকনিংঙ্গবনি। হৌজিক মফম অসিদগী স্নরুং অম হুৎহন্নিংই; স্নরুং—অদু উমংদ লাপ্পা ফাওরুগদবনি, উমংদ কাওথুব স্নরুং মচিন অদু চেকশিন্না মী থঙ্ঘন্দন থমগদবনি। ঐহাক্ন মফম অসিগী স্নরুং মচিন অদু থুপ্প উপাক মথক্ত আসন অমদা ফমদুনা লৈগনি। ঐন ঙাহং অদু হুংব মতমদা গুরুদেবন স্নরুং মন্নুংদ ফমদুনা থুমলকইব পাউ-থুমশিং অদু চুম্না পায়দুনা থগুননব তাডুনা লৈগনি। অরোইবদা পাবুংন ঐগী সয়ম্বরগী মঙ্গং অসি তোল যৈত্তুন পাও চেন্থোকহনবিয়ু। ঙসিদগী হৌরদুনা ঐহাক কমলাগা লোয়নন মফম অসিদ লৈজব তারে।"

মচা নীংব নিংথৌ নীতিকেতু, গুরুবুস্থ থোইন নিঙ্গলব, ইরাই লায়ন বাকম অদু য়াথোকখে। কোন্নুংদা লেঙথুগা থুনমক স্নরুং অম তোংলনব য়াথং পীখে।

## ৪। পুরন্দরগী চিঠি

নিংথৌ নীতিকেতুন ককপ য়াদ্রব খুজীল অদু য়াথ্রবস্থ মহাক্কী
মপুক্কিংদি শান্তি ওইথিদ্রে। অমরোমদ গুরুমহারাজ! মাঙোন্দ তৌবি-
রক্রিব পূন্নমক অদুগী তৌবিমল উৎপদ মহাক্ক সন্নাসী অদুগী রা অদু
ককথৎপ ঙমদ্রবনি! অমরোমদ মচাগী স্বয়ম্বরগী মওং অদু মীওইবন
তৌব হৌনদ্রব মওং ওইন থোকলগী। মহাক নুং অনিগী মরক্ত হ
ওইখে। মতোমতন থনবদগী অনি তান্নবন ফগন্রা হায়দুনা মহাক্কী মন্ত্রী
ভানুদাসবু কৌহল্লরে। মচানুপীগ মহাক্ক ডাংনখিব রা পূন্নমক মন্ত্রীদ তক্রে।
হায়রকই: "ঐহাক্কি চিন্তামণিদ মহাক্ক পান্নিব অদু তৌবিগনি হায়-
দোকখে; অদুবু হৌজিক্কি ঐহাক শোয়রে হায়রব খঙলে!"

ভানু: ঈনিংথৌ ঈবুংঙো! অমত্ত ওইব মণি ওইন নচা ইবেম্মবু
পীবিরব ঈশ্বর মহাক্ক মহাক্কীদমক অতি গুপ্ত অবস্থা অসি থোকহনবিব অসি
থাজেমক শেংন লাইবক থীরব হায়বদুনি। লাইবক্ক তম্মবনি হায়ন
খন্দোকপ নত্তন কনাবু দোষ তৌরগনি। তাকপিখিব য়াথং অদুগী মতুং
ঈন্ন তৌবিব নত্তন অতোপ্প লম্বী অম লৈত্রে হায়ব উজরে। থিংগে হোৎ-
নবিরবস্থ লাইবক্ক তম্ব অদু ককপ য়াররোই। তাকপিখিব য়াথং মতুং
ঈন্ন তৌবিবদ মরম অনিদি তশেং তশেং লৈগনি: তৌবিমল উৎপ
অম কায়দন লৈরগনি, অতোপ্প অমন তাকপিখিব জবান ঙাকপিবনি।
পণ্ডিতশিংন হায়নৈ ঐখোয়ন পুকচেল শেংন থবক তৌরিবমখৈ ঈশ্বরন
ঐখোয়বু ঈনথোকপিব তৌরোই।

নিংথৌ: অচুম্বনি; রাখল অদু থন্দুন ঐহাক পুক্লিং ফাজিঞ্জব
তাই। গুরু মহারাজন পাম্ব মতুং ইন্ন স্নুরুং অাম তৌহল্লো, স্নুরুং তৌব
হেক লোইবদ ঐবু খঙহল্লু।

মুমিৎ অদু মন্ত্রী ভানুদাস থাইদগী হেন্না ৱাব মী অম ওইরে, মরমদি মন্ত্রী অমগী খুজোল অমম্নং পাউত্তাক্কী লৈবাক্কী অৱাব অমদি নুঙাই য়াইকৰ ওইনরিবনি। মহাক্ক চিন্তামণিবু লূন নিঙব, মহাক্কী মরোলশিং অমম্নং জ্ঞান খোইদোকপদি লুন নীংব অদুন মহাক্কী অৱাবগী চাং অদু হেনগৎহল্লম্মী। থোকইব, মন্নুংদ চেল্লিব ঈচেল অদু তশেংন উব ঙমদ-বদগী মহাক্ক মশাবু নিঙ্কা তৌজবমই; অমাঙব পূম্নমক ৱয়নব ৱাখল তৌরমই। অদুবু মহাক্কী তোঁগদব ওবক্তি থম্নিঙাই লৈত্রে। মহাক্ক মুরুং অম লৌহন্নব শীল্লে। মী শঙঙল নোঙ্ন থম্ব য়াননব মুরুং অদু অহিংদ মম্নি-মম্মিডৈদ তৌদুন য়ান্না থুনা লোইরে। গুরু মহারাজন মুরুং অদু য়েংলবদ ৱাহৈ কয়ামরমন মাগী অপেনব অদু ফোংদোকলমই।

মতুংগী মুমিক্ত নিংথৌ নীতিকেতুন মশেল ইবুংঙো নিংথৌ পুরন্দরন থারকপ দূতশিংদগী পাউ ফংলম্মই। পাউ অদুদি মচা ইবেম্মনু লুহোংবদ নিংথৌ অমম্নং মহারাণীন য়াবিনব পাউনি। নিংথৌ নীতিকেতুগী মফম-দদি পাউ অদু আকাশদগী তারকপ বজ্র ওইথে। চুম্নগী থওম্ব মঙংদ ওইরম্লবদি য়াম্ন নুংঙাইব পাউ ওইরমগদবনি। অদুবু মচাইবেম্মন থাজংলক্লিব ফিভম অসিদদি পাউ অদু তাবদ তুজ্রংব পোক্লমই, মরমদি মশেল নিংথৌ পুরন্দরন পাউথুম পীব ঙমদ্রবদি চিন্তামণিন মহাকপু মতুক কক্কন জোকনোই হায়বসি নিংথৌ নীতিকেতুন চিংনব লৈখিদে। মথুক্ত চিঠি অদু পায়রগ নিংব কায়রভুন "হে, ঈশ্বর!" হায়ন শোনখি।

নিংথৌন মন্ত্রী ভানুদাসবু কৌহল্লুরে। মন্ত্রীন থুংলবগ মন্ত্রীগী মথুক্ত চিঠি অদু নিংথৌন পীরে। ভানুদাসন্থ চিঠি অদু পায়রগ মমিত্তু পিনা থুমহংলে।

নিংথৌন হায়রকই: "ভানুদাস! ঐগী লাইবক-চাংয়েং অসিদি নিংঙম্ব-দগী হেন্না থুন খোকদৌরি! পুরন্দর নরাইবক থিদা! চিন্তামণিন মাগী

লুহোংবগী থাঙ্গৎলকলিব অকিব প্রস্তাব অসি মাদি থগুঙিরোইদো ; মহাক হৌজিক চিন্তামণিগী ৱাখল তোব অপণ্ডব তারগনি। ঐহাক মাগীদমক ৱাবিরে, মরমদি মহাকস্তু অতৈ অমগুম ঐগী ইচাগী মথুত্ত মথাই মথার-গদবনি। ঐথোয়ন মহাকপু চিন্তামণিগী ৱাখল থাদোক্লব কন্না হায়রব তারে! করি হায়রগে?

ভানু: ইনিংথৌন ঐনু ঙাকপিগনি; নশেল ইনুংঙো পুরন্দরন চিন্তামণিগী লম্বা ওইগনি হায়না খন্ননিঙাই মরম মতিক চান লৈরি। মহাক য়াম্না মরৈ নৈর অমসুং পাইরক্নী লৌশিং লৈব মীনি; য়েৎনবগী খবক্তু নিপানা নুপীদগী তেনব অসি হৌনশানি। অপরঙাতিক্নী চংনবী মতুং ইন্না মরী-মতা লোক্রব নশেল নিংথৌনা হায়জরিব ৱাফম অসি ..তেরাই ভরাই য়ুং কণ্ঠোকপন্না য়াক্নি। ঐন হঙ্গৎচনিংবদি নচা ইবেম্মন শীনজরব থৌরমশিং অসি পরুদন্থুন নশেল ইবুংঙোদ চিঠি অমতং ইবি-খিবন ফবোইদ্রা? অদুগ মান চঙলিংল মগুংদ চখজসন্নু। ককপ য়াদ্র-বন্নদি থোকপ তারেদনা।

ভানুদাসগ অন্নতুন নীতিকেতুন মখাগী চিঠি অসি পাউখুম ওইনা হথি:

ঐগী নুংশিরব পুরন্দর,

ঐগী ইচানুপী লুহোংগে হায়ব ইশেলগী চিঠি অদু ফংবদ নুংঙাইরে। ঐহাক অমসুং নচে ইবেম্মা অম্বেৎপ য়ানিংদব অমত লৈতে। অদুদ খুদোং থীব থর লৈরে; ঐন মদু ইশেলদ তাকহোঙ্ব্রবদি ঐহাক ইখৌ খণ্ডদব অম ওইরগনি। চিন্তামণি মরৈ নিংথিন হৈরে। মদুগী মতুং ইন্না মহাক্ন মহাক্নী লুহোংবগীদমক ওইথোক্লুব প্রস্তাব থর থাঙ্গৎলি। মদু ঐ হায়গে—মরৈ হৈরব নুপী মচা অতৈগুম মহাকস্তু মডক কনব নুপীমচা অমা ওইরে। মহাক্ন ৱাহং অহুমথক লাক্লিব বর খুদিংমক্ত হংগনি। ৱাহংশিং অদুগী পাউখুম চুন্না পীব ঙম্ব মীশক অদুতদ মহাক

লুহোংগনি। মহাক্কী য়াহংশিং অমসুং ইমাই লায়ন খন্দোকপ তৌগনু। মাম খুদোং থীরিবদি পাউথুম চুম্ন পীব ঙমদবশিং অদুবু মহাক্ক করম্ন তৌগদগে হায়ব অতুনি। হায়দোকপদ তুজুংব পোকই মতুদি মহাক্ক মখোয়গী মঙক কক্লগ তাদোন্দ থেত্তুন লানবন মথক্ত য়ুংতুন থমগনি হায়ন য়াশকখ্রবনি। মসিনি মহাক্কী প্রস্তাব। অসিগুম্ব য়াফম অসি তারব ফাওব ইশেলন মহাকপু লুহোংবগে থম্লবদি ঈশ্বরন ইশেলবু মঙ্গল পীবিসনু হায়ব নঙন ঐগী হায়নিংঙাই লৈতে।

নহাকপু নুংশিজরব,
নীতিকেতু।

দূতশিংন আদিত্যপুরদগী হল্লকপ পীনমল্লি হায়ন ভাইক্রমদন লৈরম্লব পুরন্দরন দূতশিংন চিঠি পুতুন হল্লক্লবদ মথুত্তগী ভাপ লাক্লমই। চিঠিদ ইবিব মরোল অসু পারগ মহাক্কী অংকপ অমসুং শাত্রনিংব অদু খন্দুন য়েংবিয়ু। মহাক শাওখিবন মথা ক্রক ক্রক চীকখে। মহাকন মাংগী মন্ত্রী গুণকরবু কৌশিল্লগ চিঠি অসু মথুক্ত লংশিল্লে। মখোন চিঠি অসু পাব লোইদ্রিঙৈদ পুরন্দরন শাউন হায়রকই: "ঙপীন মহৈ হৈবনদু কনাদ করি কান্নব ভইখ্রবগে? মহাক্ক নহৈ হৈরব মা অমদ নোল্লুকপ উৎপাদি লায়রদুন মহাকপু লুহোংগে হায়বসিদ খোঙইদ্রবুন ইকাইব পীরি! মহাক্কী নাপাল অমসুং মৈথেক্লগ থোক্লবা অম খোকনরবস্ক মাবু লুহোংদুন লৌগে হায়বসি চপ মুংন থম্লবনি!"

নিংথৌগী অশাউব অমসু মাম্ন য়ান পাঙ্তুন তারম্লব মন্ত্রী গুণকরন তপ্ন হংগংলকই: "ননাঙ্গ ঐন হঙংচব অসি মিকুপ অমতং ইবুংঙো নিংথৌন তাবিগনি। ননাই ঐহাকন ইনিংথৌ ইবুংঙোগী সেবা তৌজ-ব্রিঙৈদ অদিত্যাপুর নিংথৌগী য়াতাম্নব ভইজরম্মী— ইনিংথৌ ইবুংঙোদসু

নিংশিংবিরিনি। মতমত্তুদ ঐহাক চিন্তামণিবু কুপ্প য়েংশিনব ঙম্বগী থুদোং চাব ফংজখি। শেঙন হায়রবদ ঐহাক মহাক্কী পুক্নিংগী, হকচাংগী, জ্ঞানগী মতৌ মওং অদু উবদ অঙকপ পোকই। মহাক্তি লক্ষ্মী, স্বরস্বতী অমসুং কালিমাতা অহুম্মক পুম্ন ওইরবনি। আদিত্যাপুর রাজ্যগী প্রজা পুম্নমক্ক রাজগুরুনি হায়ন ব্যবহার তৌনরব সন্ন্যাসী অমন মহাকপু শেমগৎখ্রবনি। ননাই ঐবু ঙাকপিগনি; মহাক্ক হংগদৌরিব মাহং অড ইবুংঙোন পাউগুম পীবদ লুমনগনি হায়বদ নত্তুন কনাগুম্বন পাউথুম পীব ঙমদ্রবদ মহাক্ক মী অত্তবু মঙক ককথৎপস্থ ঙমখিগনি। ইবুংঙো, চহিদস্থ ননাই ঐন অহলনি, ইবুংঙোগী মন্ত্রীস্থ ওইজরিবনি; ননাই ঐগী ইমা লৌবিত্তুন আদিত্যাপুর লেঙবগী মাফম অসি থাদোকপিরো; মরমদি সুরেন্দ্রপুরী হায়ব লৈবাক অসিদদি চিন্তামণিবুদি ইবুংঙোন হেন্ন পামজৈ।”

পুরন্দর: মুংশিরব গুণাকর! নহাক্ক নপুক শেঙন হায়রিব রাফম অদু ঐস্ন ভাব তাই, অত্নদ মহাক্কী বাহংশিং অদু ঐন পাউথুম পীব ঙমলোই হায়বসি চামদ য়াইঙ্খ য়োন থাজব ঙমদে। ঐন করিগুম্ব ঙমদ্রব ফাওবদ ঐগী ইমৌ থোক্লব মরী নক্লখ্রব মহাক্ক ঐহাকপু চেক্তমক হাংকনি হায়বসিস্থ থাজব ঙমদে। মহাক্কী থম্মোই অদু নুংমুক কনশিনখিব থোক্লবস্থ ঐগ হেক পোকমিন্নব ইচে, চিন্তামণিগী মমা অত্নদি অত্নুগুম্ব মীওইবন হোনদ্রব থবক অদু য়াওরম্মোই। পূম্নমক অসি মথং মথং শোয়রক্লবস্থ লৈবাক রায়েন চুম্বদ মমিং চৎলব ইবাই ইবুংঙো নিংথৌ নীতিকেতুদি হিংচা য়াইতম্ব থবক অসিদ য়াওরমগনি নিংদে। পূম্নমক্কী মথক্ত ঈশ্বর হায়ব অমস্থ অরানব তৌববু চৈরাক পীবিনব লৈরি। গুণাকর, য়েংউ, মীওইবন শিগদবসি অমুক্তনি, ঐন মাবু মাইয়োক্নব চিংনগদবসি করিগীনো?

মপুক শেংন হঙ্গৎচরিব বাক্ম অদু লৌবিগ্রবদ মন্ত্রী গুণাকর থোক্লবব হায়বদুনি হায়ন থল্লদুন তুমিন্ন লেপ্তুন লৈরে।

পুরন্দরন অমুক্ক হায়রকই: "গুণাকর! ঐহাক হয়েং ঙন্থান আদি-ত্যাপুর যাত্রা তৌথগে। ঐন ঐগী আর্দালী (orderly) মকোক অদু লোয়নথিগনি। কোন্নুংগী মোহর পুন্নমক অসিদ লৈরে। ঐন হল্লক্লিব ফাওব লৈবাক অসি ঙাকপিরমউ। মতম অদু ফাওবগী বিদায় লৌরবনি।"

অসি হায়রগ লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিং কৌশিল্লে। মথোয়গী মমাঙদ কোন্নুংগী মোহর পুন্নমক গুণাকরদ শিন্নরে। অহল-লমন পুন্নমক্ত নোল্লকপ উৎলম্লগ নিংথৌ পুরন্দর মহাক্কী কাদ লেঙশিনখে।

নিংথৌবু মহাক্কী অঙাওব থবক অদুদগী থাদ্ব ঙমদ্রদুন পুরন্দর লৈত্রিদ্রৈদ মন্ত্রী গুণাকরন লৈবাক ঙাকপগী দায়িত্ব অদু লৌব তাখিরমই। মথুাই য়াম্ন নুংঙাইহৌন মহাক লৈফমদ হনখি।

# ৫। পুরন্দরগী লাইবক চাংয়েং

মতুংগী অয়ুক্ক ঙন্তান পুরন্দর নিংথৌ শগোলশঙদগী ফরব শগোল অনি পুথোকহল্লগ চান-থক্লব হাপচিহল্লগ মহাক্কী থোগল্লোয় মকোক অতুগ লোয়নবক্তন তেঙ্গৈমুক য়াংনা আদিত্যপুর য়ৌনব থোরক্লে। চীং, তম, উমং, তুরেল কয়া লান্দুনা লাকপনা মথোয় অনি মতম থজিক্তদ আদিত্যপুরী য়োরক্লে। কোন্নুংদ নিংথৌ নীতিকেতু রাজদরবার ফমলি। অঙৌম অথৌ ময়াম নাকল অমদ অতুগ মাগী রাকংনিঙাই অমমম লোয়নবক্লব প্রজাশিংনা অত্তোপ্প নাকল অমদ ফম্লমই। /থোঙশঙবনা পুরন্দর লাকপগী রা হঙ্গংলরবদ নিংথৌ নীতিকেতু মরি-মক্তা থোক্লব অতিথি অতুব ঙক্লনা আসন্দগী লেঙথংখি। পুরন্দর থুংঙগনি হায়ব আশা তৌনরমদব অঙৌম অথৌশিং অতুনা মাইথোঙুনা অঙকপ ফোংদোক্লখি।

পুরন্দরনা মবাই নিংথৌ নীতিকেতুদ দণ্ডবৎ কংখি; নীতিকেতুনা মহাকপু মুংশিনা কোনথংলিখি। নীতিকেতুনা মহাক্কী সিংহাসন মনাক্ত থাব আসন অমদ পুরন্দরবু ফমহল্লে অমসুং মশেল নিংথৌগী রাজ্যগী লুংঙাই য়াইফগী মরমদ হংনতুনা রারী শানরে। ডাইহাক তুমিন তুমিন লৈনরব মতুংদ নীতিকেতুনা হংলকই: "হনুংঙো, ঐন ইথিব চিঠি অদু ইবুংঙোন ফংবিররিগনি নিঙই।"

"ননাই ঐহাক ফংজরে, মতুগী মরমগীদমক ননাই ঐহাক ঙসি অসিদ য়োজরক্লিবনি।"

"মকম অসিদ মতম পূম্নমক্ক ইবুংঙোবু স্বাগত তৌরি অদুদ চিন্তামণিগী স্বয়ম্বরগ মরী লৈনরম্লোই হায়না ইবাইনা থাজে।"

"ঐন লাকচরিবসি চিন্তামণিগী স্বয়ম্বরগ মরী লৈনন লাকচবনি।"

"অদুদ ঐন ইথিব চিঠি অদু পারগদি ইবুংঙোন মাগী বরগী তালিকা (list) মন্নুং চল্লোই হায়ন থাজে।"

"শোয়দনমক বরগী মন্নুং চনজগনি।"

"পুরন্দর, ডাওরব্রাউ? মসি ফাওবদি ঐহাক হায়গে: মহাক্ত শেম-লিব রাহং অদুদি মী লাখ অমগী মন্নুংদ অম ফাওবন পাউথুম পীব ঙমলোই; অদুগ সিমস্থ ভাব তো— মহাক্ত পাউথুম পীব ঙমদবশিং অদুব মথ্যাই লৌদন তোকলোই। অদুন ইবুংঙো, ইবাইগী য়েংলদন চিন্তা-মণিগী আশা থাদোকলো!"

"মহারাজ! ঐহাক মতুংগী মরমদ থল্লবনি; মহাক মায়োক্নরগে, করিগুম্ব পাউথুম পীব ঙমদব থোক্লগন ইথ্যাই থাদোকচরগে হায়ন লাকচরবান।"

অস্তুম রারী শানরিবৈদ মহারাণী মোঙ্গাই মোপ্না লাকপগ পাউ তারদুন রাজদরবারদ খুন লেডলকলম্মী। মপুরোইব নিংথৌগ রারী চেংন শানব অদু উবদ কেক কৌগদব চিংনরমই। অস্তুম কৌরকই: "ইবুংঙো, অসিদ থুংলগানি হায়ব ঐথোয়দ হান্নন পাউ য়ৌহল্লক্তবদি কৈদৌরে? অদুগ নিংথৌগী হৌনবী থোডলোক্নি, থৌগল-কাঙ্গলনচিংবস্থ য়াওয়ক্তরে! অস্তুম হাথু হাথু লাক্রিবদি কারগীনো?"

"ইচে, ইচেন ওহোকপ রাহং অম হংবিরে। ভাব তাবিদবরা? তাবিদ্রগ ঐহাক হায়জগে: চিন্তামণি ঐগী ওইক্নম থোক্লব অদুদগী কিদ্ন তোকননব মহারাজন ইবিরকপ চিঠি অদু ফংলব মতুংদ ঐহাক অসিদ নচা ইবেম্ম চিন্তামণি লুহোংগে লাকপনি। হৌজিক ফাওবদ ইবাই মহারাজন ঐবু কিননব রাঙাং কয়া তাকপিরি। ইচে ইবেম্মনস্থ অদুম্ন তাক-পিরবসিদদি ঐহাক ইতোমত ঐগী চথগদব থবক লেপথোকচব তারে।"

ইবুংঙো, ঐবু থাজো ; মহারাজন তাকপিরিব, নুংশা পিরিব অসে পুমচুম চুম্লবনি। লুহোংব অসিদগীদি মহাক্কী নথ্বাইন হেন্না ঐখোয়দ মমল য়াম্ব পোৎনি। ঐখোয়গী ইপা-ইমা লৈখিদ্রব তুংদগীদি ঐহাক্ন ইপ্বাবু ইপা-ইমানি হায়না য়েংদুনা লৈরক্লবনি। খুদোং গীব অদুদি থাজৈশেংলবনি। মহাক্ন লৈনিংলিব মথৌ ঐখোয়গী অসিদ লৈয়ু ইবুংঙো, অদুগ চিন্তামণি লুহোংগে হায়বদি থল্লুরগন্নু। মদু থারো ময়াদ খুৎ থিংজিনবগুম থোক্লগনি। ঐগী য়েংদ্বনা চিন্তামণিগী বাথল থাদোকলো!"

মহারাণীগী বা পুম্নমক অসিন নিংথৌ পুরন্দরদ করি থোকহনখিবগে হায়ববু য়ানিংদব—থওইদব মীনোক অম থোকহনখি।

মহারাণী মঙ্গাইন মমিত্র মপী তারদ্বনা অমুক হায়রকই: "নুংশিরব ইপ্বা ইবুংঙো! চহি কয়া তপ তোরব তুংদ ঐখোয়দ ঈশ্বরন নুপীমচা অম পীবিরবসিদ মহাক্ন মপুং-মরৈ ফারক্লগ মহাক্কী রাণী ওইরগনি হায়না নুংঙাই-জরমই। লাইবক্ন অসুম থোকউ হায়বদ্বনা গুরু-মহারাজ অসিন মহাকপু মহৈ-মশীং হৈরবী মহারাণী অম ওইহন্নব মহৈ তম্বিবগী ভার পুম্নমক লোখ্রে। ঐখোব পুম্নমক মহাক্কী লমন তোল্লে হায়না লৈনরবনি, মহাক্কী য়াথংদগীনি চিন্তামণিন স্বয়ম্বরগী বাশক তৌখিবসি। ঐখোয়ন হায়রিব পুম্নমক অসি, ঐখোয়ন মনুংগী ভাব অম লৈদুনা মহাকপু বৈথৎলিবনি হায়না মহাক্ন থন্দুনা হনখিব অদু পামদবদগী হায়বনি। চুম্নগী অচম্ব মওংদ ওইরবদি নঙোন্দগী হেন্না ফব মপুরোইববু মহাক্ন ফংব ঙমখিগদ্রা? ঐন হায়রিব অসিনি ইবুংঙো মাবু কাউথোকলো, নিংশিংলুরগন্নু। ঐহাক অমসুং নবাই নিংথৌ—ঐখোয় অনিন মহাকপু মহাক্ন পামই হায়ব নুপী-দুগ লুহোংনব হোৎনরগে। ঐখোয়ন হায়রিব অসি য়াদদুনা মহাক্ন চিন্তা-মণিবু লুহোংগে থম্লবদি ঐন মাঙজোনন হাররিবসিনি মহাক্ন নত্তুন ঐহাক অমসুং নবাই মহারাজ নীতিংকদুনা শিবগী দায়িত্ব অদুদি পৃথিবী পুম্নন

নহাক্কনি হায়নরগদবনি। অদুন হৌজিক স্বরেন্দ্রপুরীদ হাল্লো; ঐখোয়ন লৈবাক লৈবাক্কী রাজকুমারিশিংগী অয়েকপ ছবিশিং অদু খোমজিনব হৌরগনি অদুগ নহাক্ক মখোয় অদুদগী অপাম্ব খল্লু।"

পুরন্দর: "ইচে! ঐগীদমক্ক পুন্নক্র— ইচে, ইবাই মহারাজ, ঐগী মন্ত্রী গুণাকর— থম্নাইমক য়াওন মাবিরে হায়বসি ঐহাক হৌজিক্তি থওলে। ঐহাক হৌজিক্তি হনব য়াদ্রব মথাং অম য়ৌশিনখে; ঐন চিন্তামণি য়াওদন ঐগী কোক্তুংদ হনখিব থোক্লবাদ ঐহাকসে নুপী অমগ মাইয়োক্লদুনা মা ঙাংনবগী থৌনা ফাওব লৈত্রব মী অম ওইন থাঙ্গী নোক্রকম, করেম্নফম ওইন থোকপ তারে। খুদোং থীব মাইয়েক্লাব কিদুনা হনখিবস্তু ক্ষেত্রি মচা অমগী মতৌ নত্তে। ঐগী তৌগদব থৌরমদি তশেং তশেং লৈরে। ঐন চিন্তামণিগী মাহং পাউখুম চুম্নপীরগ মাবু লুক্নোংদুনা পুখিগনি, ঙমদ্রগন ঐগী ইঙক অসি ককহনব তারে। থোকঅরন অম থোকলব তারে; ঐহাক্তি ঐন লেপখিব অসিদগী হোংদোকপ য়াদ্রে— !"

মফম অদুদ অমুক পন্থনিংদ্রেদুনা পুরন্দরন থুন-য়াংনা চিন্তামণিন লৈবিব লানবন অদোমদ চংখে। মচে মহারাণীগী তেংথাব মাইহেন থামজব, মবাই মহারাজন কপ্প কপ্প থামজব মহাক্ক তাব তৌখিদ্রে। মাথম হুমগুন পুখিবন, লানবনগী থোঙ য়োরব মতমদ নাক য়েংতগী থাংশাং অনিন মাগী লম্বী থংলব মতমদদমক মহাকন ২ক্সনা য়েংথং-লকথি। সন্ত্রীশিংন কনানো অমস্তুং মফমদুদ করিগীদমক লাকপনো হায়না হংলবদ মহাক চপ লেপখি।

অস্মুম মহাকপু ইচম-চম থত্তুনা থম্নবড়দ মহাক্ক শাউরংনন খুমখি: "ঐহাক চিন্তামণিগী মামা পুরন্দর নিংথৌনি হায়ব নখোয় খঙদব্রা? ঐহাক মহাক্ক উম্ননিংই।"

"মহাশয়, ঐখোয়বু ঙাকপিগনি; নিংথৌ অমস্তুং মহারাণী নত্তন

কনা অমতবু চঙহল্লোইদবনি হায়ন ঐখোয়দ য়াথং পীবি। চিংনৰিরবদি স্বয়ম্বরগী নিয়ম ইদুন থেংলিবসি পাবিয়ু।”

পুরন্দরন শোয়ননিঙাই লৈরোইদব মওংদ বোর্ডতা ইরিবত্ত উরমই। মতুদ হঙ্গানব তৌদন মহাক্ন হায়রমই: “ঐহাক পূম্নমক থওঙ্গিনে, ঐহাক মাগী ৱাহং পাউখুম পীগে লাকপনি। ঐ চঙলগে।”

মতু হায়রকপত্তুদ সভাশিং অদু হঙ্গানৈ, মরমদি স্বয়ম্বরগী লাউথোক-খিব অতুদগী স্বয়ম্বরগীদমক লাক্লিব অসি পুরন্দরন ইহান হানবনি। মখোয়ন খল্লি তোল্লব নিপা অসি অশিবগী শয়াও তারে; অদুবু চিন্তা-মনিগ থোক্লবিব মরী অদু খল্লরগ মখোয়ন পুরন্দরবু নুংশিবিব পোকখি। মখোয়ন হায়খি: “মহাশয়, ঐখোয়ন কনানস্ন খাজিনব ডুম্বগী শক্তি লৈজদে; অসিদ য়োংলী অম লৈরিবাস অমুক্ত চিংবিয়ু। মতুন মচা ইবেম্মগী ৱাহং পাউখুম পীব কনাগুম্ব অম থুংঙরে হায়ব তাক্কনি। মনুংদগী মী অম ইবুংঙোবু পুশিন্নব থোরক্কনি।”

পুরন্দরন য়োংলী অত্র চিংলে; মতুগী মখোল অতু চিন্তাগণিন তারে। মপুকচেল ফন চেংপী ওইত্তনস্ন, মহাক্কী কান্নব ফংঙোইদব্দ মরাল লৈজ-দ্রব মী অম মথ্যাক্ত মাঙব তারে হায়ব ৱাখল্দ চিন্তামণি মপুক্লিং নুঙাইতব পোকখি, অচুম-অরান তাক্লিব জ্ঞানন মহাক্কী থোরম লাল্লবনি হায়ব মাঙোন্দ থঙহনখি। হৌজিক ৱাহৈতগী ওইন লৈরম্লিবনি; অদুবু নিপা অম লাক্কুন চানবী তাহনগদোরে। মহাক্কী ৱাহংগী পাউখুম পীব ঙমদ-বগীদমক মী অমগী মথ্যাই মাঙহনব অসি মহাক্কী অচুম্ব থবকলা? মহাক মশান পাউখুমশিং অদু থঙজরব্রা? মতুসু থঙদে; মহাক্কি মাগী গুরুগী য়াংথং ইনবতনি। মহাক্ন চিংনব পোকলিবদুসু অপঙবনি। তোনব হৌনব লমন পূম্নমক গুরু-মহারাজগী মফমদ তোল্লবনি; অতুনদি গুরুগী য়াথং ইনবন মহাক্কী অচুম্ব মথৌনি; মতুদ পাপ অমত লৈতে। মদ

ভৌগ্রগন মহাক পাপচেনবী ওইগদৌরিবনি। হৌজিক্তি করিন্নু চিংনফম নৈত্রে।

মহাক্ন মাগী লোয়নবী কমলাবু কৌশিল্লগ হায়রকই: "কমলা থোঙদ কনাগুম্ব অম নৈরমাল্লে, মহাক কনানো অমস্নুং করিগী অসিদ লাকপনো অমুক্ত থঙদোকপিয়ু।"

কমলান থুন থোরক্লুন অফৈব থোঙলোইঙ্গ শম্ভোক্লগ লেপ্তুন নৈরিব মশক মতৌ ফজরব নিপা অদুদ য়েংলকই। কমলান হায়রকই: "মহাশয়! মহাশয়বু কনানো অমস্নুং করি মরমগী শরিক থিংবিরকপ অমুক্তং তাকপিগদ্রা?"

পুরন্দর: "ইবেম্ম! ঐহাক সুরেন্দ্রপুরীগী নিংথৌ পুরন্দরনি। চিন্তা-মণিসে ঐগী ইমৌনি। ঐহাক মগাকপু লুহোংগে লাক্লবনি। ঐহাক মহাক্কী মপুক্লিং থঙনিঙই।"

কমলা: মহাশয়! কোবাক অসিদ ইরিবসি উবিদব্রা? চিন্তামণিবু লুহোংনবগীদমক্তি মহাক্কী রাহংগী পাওথুম পীরগ হোডব নত্তন অৈং লম্বী নৈত্রবনি। রাহংশিং অদুগীদমক শেম শাবিরবদি ঐন মহাশয়বু চিন্তামণিগী মনাক্ত পুশিঙ্গগে।"

পুরন্দরন মচক নোম্নবদ কমলান পুরন্দরবু পুশিল্লক্লুন মমাঙ-কাদ কম্মহল্লে। মফমডদ ডাইত্তন নৈননব হায়রল্লগ মহাক্ল মন্নুংদ চঙথিত্তুন পুরন্দরগী রারোল পুম্নমক চিন্তামণিগী মফমদ তম্নুরে।

চিন্তামণি নুং অনিগী মন্নক্ত নৈব হা ওইথে। মহাক্ল থল্লকই: "ঐগী মামমক্ল ঐগী অহানব বর ওইন থুংলব অসি বিধিগী ওন্ন-তৈনব খুজিলনি। মহাক্কী পাউথুমন গুরু মহারাজগী অপেন্ন ওইদ্রবদি মহাক করি ওইব তারবা? মহাক্ল ঐডোন্দ পুরিব রাথল, ঐন পাঙথোক্কদৌরিব থোওং মতা অসিদ জগৎন ঐবু করি ওইন হায়নগদৌরিবা? ঐগী

ইমা মহারাণী অমস্তুং ইপা নিংথৌদ করি ওইরগদব? ওঃ মহাক্কু ঐবু লুহোংব লাকপ নত্তুন অতৈ থবক অমগী লাকপ ওইরম্লবদিকো! ঐন গুরু মহারাজদ ঐখোয়গী মরী অসি শেঙ্গন হায়রবদি মহাক্কু থর কোম-থোরকপিবস্থ ময়াই!" অসুম থল্লদুন চিন্তামণিন গুরু-মহারাজগী কাদ চঙখিদুন গুরুবু খুরুমল্লে।

মহাক্কু হৌগৎলকপদ গুরু-মহারাজ মমিৎ ইরং লংন পাঙ্গলদুন হংলকই: "নুপীমচা! মপান্দ কনাগুম্ব অম থুংখিবগী শরিক মখোল তাখি! নহাকপু লুহোংগে হায়দুনা কনাগুম্ব লাক-লাকপ্রা?"

মথুং লোম্বদুন চিন্তামণিন হঙ্গৎলকই: "য়েরক্লে, গুরুদেব! ঐগী সয়ম্বরগী সত্ত (terms & conditions) অদু লাউথোকখিব নুমিত্তগী নিংথৌমচা অমদি মীচম অয়াম্ব অমত্তন ঐবু লুহোংগে হায়দুন লাকপগী থৌনা নৈথিদ্রবনি। সিমস্থ হায়জহৌগে মদুন ঐবু লাংত্তক্লনব পোক-হনবদি তৌদে; মবমদি ঐখোয়গী পীরিব সত্ত অসি অত্তোম্বগী মকমদ চাউথ্রব জুলুম (burden) অমনি। ভাসিদি ইহান হানব ওইন নিপা অমন ঐবু লুহোংনবগীদমক ঐগী থোঙ্গদ পাল্লরে। লাইবক ফবনি হায়গদ্রা, থীবনিবু হায়গদ্রা মহাক ঐগী, ইমাগী মোপ্রা মামনি— সুরেন্দ্রপুরীগী নিংথৌ পুরন্দরনি। চুম্নগী মওংদ ওইরম্লবদি অমুক হংনব তৌদন মহাক ঐগী ইপু-রোইব ওইরমগদবনি। অতুগী মথক্তা ইমানা মহাকপু য়াম্না লুন তৌই। পুরন্দরন পাউখুম চুম্ন পীব ঙমদ্রব অমস্তুং ঐন ঐগী পাঙথোক্কদব শক্তক অদু পাঙথোকপ তারবদি ঐখোয়গী রাজবাড়ী মনুং অসি য়াম্ন অম্বাব অম ওইনরগনি। হান্নগী নিয়ম অসি ঐহাক চপ চান চথগদ্রা নত্রগ মতাং চান থর শেমদোক্কদ্রা হায়বসিদ ঐহাক ঙক্তুন নৈজরবনি।"

সন্ন্যাসী অদু মরেংজুম শুপকৎলদুন চৈবগী মওংদ হায়রকই: "থম্মোই শোনব হায়বদি নুপী ওইবগী অমকপ থুদম অমনি; অদুবু মদু ঐন

নঙোন্দ লৈহন্দ্রবনি হায়না থনবনি। হুপীমচা, য়েংউ, নহাক ৱাশক অম তৌখ্রবনি; অদোমদ থল্লবদি নহাক লান্মী অমগুম্লবনি। কনাগুম্ব অথোব লান্মী অমতন্না লানফমদ তেংথাব তাখ্রবরা? শ্রীকৃষ্ণন অর্জ্জুনদ কুরুক্ষেত্রগী লানফমদ করি পাউতাক পীখি? নহাক্না গীতাদ হায়রিব অদু থঙ্লবদি নহাক্কী তৌগদব নথৌ অদু তশেং তশেং থঙগনি— মরী-মতান করিনো মরী-মতা নত্তবন করিনো? ঈশ্বরনা ৱাশক থুগাইব মী ঙাকপিগদব নৈতে। মরম অদুন জ্ঞান তাও, তৌগদব নথৌ কৌহুন লেপ্তব্রব মিংচৎ তানশিল্লু। ঐহাক হৌজিক হুরুং চঙহুন নহাক্কী ফমফম মথাদ লৈথ্রগদবনি। নহাক হৌজিক নিপা অদু কৌশিল্লগ নহাক্কী ৱাহংশিং অদু হংলো। থৌনা লৈয়ু, নিংহল্লব তৌগন্নু।” অসি হায়রগ সন্ন্যাসী অদু হুরুংদ চঙ্খে; চিন্তামণিন তৌগদব মথৌ অমম্বুং হুংশিব অনিগী মরক্ত মপী চহুম চহুম তাহুন লৈহৌরে।

মপুক্লিং লেপ্লহুন চিন্তামণিন পুরন্দরন ঙাইহুন লৈরিব মমাঙ-কাদ থোরক্লে। পুরন্দরগী মনাক্ত চঙশিল্লক্লুন চিন্তামণিন মাবু খুরুম্লে। হৌগৎলক্লগ পুরন্দরগী মখুৎ অনিডু পায়রে, খুৎ অদুদ মপী মতুম মতুম তারে। অশোনব ৱাকৎ ৱাহৈদ চিন্তামণিন হায়রকই: “করিগীদমক মফম অসিদ লাকপিরিবনো? ঐগী অপোকপ অনিহুন ঐহাক লুহোংবগী মরীদ থমলিব সর্ত্তশিং অদু তাক্তবরা? ঐবু থিরক্তনব মামবু মথোয়ন থামদবরা? মপান্দ থমলিব সর্ত্ত পূম্নমক হক্তুন লৈরিব কোর্ব্বাক অদু পারক্তবরা? ঐহাক্না নহাকপু থমোই য়াওন হুংশিজৈ হায়বসি থাজবিয়ু; অদুদ ঐহাক্কি গুরুগী য়াথংদগী ৱাশক অমগী মথাদ লৈরবনি। ঐবু লুহোংবগী ৱাথল অসি থাদোকপিয়ু; হৌজিক য়ুমদ লেংবিখ্রে। ঐহাক অমম্বুং ঐগী ইপাইমাবু হিংন উব ফংজবগী হুংঙাইবদু ফংহনবিয়ু।”

পুরন্দরন কংনোক নোকতুনা খুম্নকই : "নহাক্না ঐবু য়াম্না হন্থনা থল্লমাল্লে। নহাক্না হংগদবা ব্রাহংশিং অদু হংননবা থোরক্লো॥ ঐহাক পুক্লিং লেপ্লবনি। ঐহাকন নহাক্কী পাউথুম পীরগ পীরে পীদ্রগনা নহাক্কী থাংগী অপোবা ময়াদু ইঙক্ত নহাক্কী লৈ পরেং ফংবগুম ফংবা ত্তারেদনা।"

"ঐহাকন হায়জবা অমুক্তদি তাবিথো" চিন্তামণিনা হায়ত্নরকই। নহাকসে খুত্ত থাউমৈ অম পায়রগ গুহা মন্নুংদ চোংথখ্রবা মীগুম্লে। ঐগীদমক্ত খনবিত্নন হনবিথো!"

"চিন্তামণি! ঐহাক্না অসিদ লাক্লিনৈঙদ চামরক হন্না থল্লবনি। হৌজিক ঐহাক্না নহাক্কী পাউথুম পীব ঙমলোই হায়বসি নহাক্না করম্না নিংলিবনো?"

"ওঃ!" চিন্তামণি কপথোরক্লে।

পুরন্দরনা: "হিবেম্মা! ঐথোয়না হৌজিক মতম মাঙহল্লদ্রুসি। নহাক্না হংগদবা ব্রাহংশিং অদু হংনবা তৌরো।"

য়াম্না বান চিন্তামণিনা মাগী থমোই অদু নুংগুম কনহনগে থল্লে। স্নুরুংগী মথক্ত থারিবা মাগী কমফম অদুগী মমাঙ য়োনা পুরন্দরবু পুশিল্লে। গুরু-মহারাজ মফম চান স্নুরুং মনুংদ লৈরে হায়বা খঙলবদ চিন্তামণিনা মাগী কমফমদ ফম্নগ অস্নুম্না হায়রকই : "অপঙবা রাজকুমার! নহাক যমালয়গী লম্বীদ লম্লাংনরে, অদুগ মফম অসিদ পন্দুনা লৈরে। ঐগী অহানবা প্রশ্নদি অসিনি :

"সন্ন্যাসী অমগ মরূপ শাশিন্নরগ সন্ন্যাসী অদুগী যাদুগী চৈ ( magic wand ) হুদ্রুনা পুখিবা, মতুংদ অকাওবা নিংথৌ অম ওইনা পানখিবা মহাক অদু কনানো? মহাক হিংলিব্রা? হৌজিক কদাইদ লৈ?"

"নহা ওইনা অঙল-লমন লৈথিদবদগী রাজকুমার, নহাকস্নু নহা ইওই-ওইনা মথোয়গ তিনথ্রগে থল্লমোই, নত্রবদি নহাক মফম অসিদ

লাক্লম্লোইদবনি। ঐহাক্কী অ'নশুব প্রশ্ন অসি অমুক তাম্বো :"

"নিপা শাশিন্নরগ নিংথৌ অময়গা মন্ত্রী ওইরম্ব, লুহোংগনি হায়দুনা লুপী মঙা পুডুন চেম্লকপদ সন্ন্যাসী অমন ফাখিব, মতুংদ সন্ন্যাসী অদুবু ঠক তৌদুনা নাম্থোকখিব লুপী অদু কনানো? মহাক হিংলিব্রা? হৌজিক কদাইদ লৈ?"

"থবাইসে থাঙদোন্দ পকপ লিক্লাগুম্বনি। অরাপ্পদগী থঙদন মথুংনা পায়গে হোংলারিব মহাক অদু অপঙবনি। ঐগী অরোইব প্রশ্নদি অসিনি :

"সন্ন্যাসী অমবু তেংবাংশিব সুধা অমমুং মতি করম তৌখে? মখোয় হিংলিব্রা? কদাইদ লৈরি?

"অচুম্ব পাউথুম পীননা ঐহাক্ক নঙোন্দ পুং অমগী মতম পীগনি। হায়রিব মতমসিগী মনুংদ অচুম্ব পাউথুম পীব ঙমদ্রবদি ঐগী থাও অসিন রাজকুমারগী ওক্ত থোগনব তারে।"

ব্রাহ্মণশিং অসি তাবদ পুরন্দর ক্ষান মমথে. মরমদি ব্রাহ্মণশিং অসি মহৈ হৈরব পণ্ডিত অমন থঙনিঙাই ওইব অমত নত্তে। মথোয়দি মী থরতগী পুক্নিদ পোকপ থোদোকনি। ঈশ্বর য়েংদুনা হায়রবদ থোদোকশিং অদুদ শরুক য়াকব মীশিং অদু নত্তুনা অতৈ কনানা থঙগনি হায়না আশা তৌব য়াবগে? মহাক্ক হায়নখিবদি অসিগুম্ব মথলগী ব্রাহ্মণ নত্তে : অদু ওইরবসু........। লোত্তুনা লৈব হুরানববু বৃশ্চিক্ক চিকপগুম মহাক্ক থাকচবা ক্লাংদ থুরে হায়রব মহাক হৌজিক ভাব তারে। ব্রাহ্মণশিং অদুনা ওইব য়াব মওং অমত মহাক ভাবনা লাম্ব ফংখিদরে। মহাক্কী অবস্থা অসি মকোক ফন্দোক্লব, মহু পুব, ময়া থিন্দোক্লব লিম্ন কোয়শিল্লগা মহাকপু মিংচাননা য়েংদুনা লৈরব অদগী মতৌগুমখে। ক্ষেত্রিমচা ওইনা মহাক কিবগী ভাবতি পোক্তে। পূক্নিঙ ইঙুনা থবাই থাবগী ভাবতি লৈরে।

পীরিব মতম অদু তৌখ্রে। চিন্তামণিন ফমলিব অদুগী মথাদ লৈরিব উপাক অদু নোম্মক্লে। ইঙ্গিৎ অদুন শুমহৎথিদুন জ্ঞান তাজরব চিন্তামণিন ফমফমদগী চোংথোক্তুন নোংশা অমোমগুম পুরন্দররোমদ চোংশিনখিদুন থাংগী খুৎহাই অমন পুরন্দরগী মকোক মশাদগা তোঙান তাখ্রে। মতুংগী নিকুপ্ত মখুৎ নামন ডাওরবকোক অদু পায়দুন হাইরং হাইরংন ফক্লাংদ চংখ্রগ ঙাদুন লৈরক্রে।

গুরু-মহারাজ সুরুংদ লোংলুবদগী থোরক্লে। চিন্তামণিগী মরেংজুন পায়রগ হায়রকই: "অদুনিদনা ইবেম! থাগৎনিঙাইনি। নহাকীদমক ঐন নাপল কারি।"

চিন্তামণিবু মহাক্কী কাদ গুরু-মহারাজন পুশিনবিখ্রে। পুরন্দরগী মকোক অদু মশক তাকপ অইব অমগ লোয়নন লানবনগী থোঙদ তাদোন্না থেন্নুন থমহন্নখ্রে। মাগী হকচাং অদুদুন তোঙান অতোপ্পা কা অমদ থমজিন্নব গুরু-মহারাজন মাথং পীখ্রে।

---

# ৬। সুন্দর লাকপ

মতম্ম অসুম হৌখিব, পুরন্দরন লানবন্দগী খোরকপ মরৈত্রব অদুদ পুরন্দরগী আর্দালী অদু মপুক্রিং লাংত্তক্লরক্লে। খোংশঙবংসু করিগুম্ব অমত খঙহল্লকপসু তৌদ্রে। মহাক্ন লমহাংদ পুক্লিং হৈত্তাদন হুঙৎ-হন্দা অসুম চৎলিঙৈদ তা থেংনবগী মখোলগুম্ব অমা অথাম্বদ শোম্থাংনন তারমই। মখোল তাখিব মাইকৈ অদোমদ মঙক হাইগৎত্না য়েংথোক-খিবদ মী মকোক মানব অম উখি। মহাক্ন মমিৎ শুক্কোক্ত্ন মুন্ন অমুক য়েংবদ অশেংবা খঙলে— ঈ ওরো-ওরো তারিব ককপদ ঙাইহৌরিব মী মকোকনি। মহাক মিচুন হুনখিদরে; মহাক্ন কিরম্ব অত্তমক চপ-চান থোক্লরে। শোয়নিঙাই লৈত্রে, পুরন্দরন য়েংখিব কোয়েং অত্তমক থেৎলিব কোক অদুদ য়াওরি!

"হরে কৃষ্ণ! বিষ্ণু বিষ্ণু!!" মহাক্ন শোনখি। নত্রে হায়নিঙাই করিগুম্ব খুদম য়াওরিব্রা হায়ত্তুন অমুক মুন্না য়েংলমই; ওহোকপনি! থেৎলিব কোক অদুগী মথক্তা মবুঙোগী মমিং 'পুরন্দর' হায়না চাউন ইত্তুন থেৎলি। মত্ত উবদগী মহাক জ্ঞান মাঙত্তুন তুথে।

আর্দালী অদুন জ্ঞান তারকপদ মহাক নীতিকেতু মহারাজগী মখুত্ত লৈরম্লে; নিংথৌ অদু কোন্নুংদা লৈবদা পুরন্দরদো করি থোক্লমগদগে নিংজিং মাঙজিংনরত্তুনা লানবন অদু তাম্না লেঙলক্লম্বনি। অর্দালী অদু জ্ঞান তাদনা তুত্তুন লৈব উরত্তুন নীতিকেতু মহারাজন মহাকপু লৌখৎপিরগা জ্ঞান তাননব হোৎনবিরমই। আর্দালী অদুন নিংথৌন হোৎনবিরম্ব অদু উবদ কিবগ লোয়নন চোংথোকলম্মী; নিংথৌন মহাকপু পুক্লিং ঙাংন লৈননবা অমস্তুং পোত্থাননব তাকপিরমই।

আদালীন মনিত্ত মপি তারদুন লানবন্দ থেৎলিব কোক অদুদ থিন্দুন নিংথৌদ উৎলমই। নিংথৌন অহানবদদি উরিব অদু থাজরমদে, মুন্না য়েংশিল্লুবদদি শোম্বনিঙাই লৈত্রে হায়ব উরবদা "বিষ্ণু বিষ্ণু" হায়দুনা মায় লুকথদুনা মিত্তগী পি মরাঙ কায়ন শিন্থখি। মচা নুংশিব অমসুং মীওইবন চৎনব অচুম্ব বিচারগী মরক্ত তোফম থঙদ্রদুনা নিংথৌগী পুক্নিং অদু নুংশিৎনা ঈপোম হোৌরব ঈশিংদা তাউরিবা হিদা নৌ য়াউদ্রবা হিনাও শাবগা অন্দা ওইখরে। মহাক্ন ত্রেংথারকই "ঐহাক ইচা ফংজদনা অতুম লৈজরম্নবদিকো! করিনুংগী ইচা ফংজরকরবা!"

নীতিকেতু মহারাজ অদ্রাবা পাউ অসি মহারাণীদ তম্লুনব তুরোই ঙামলোই কোম্নংদ লেঙখ্রে। মহারাণী মঙাইন মোপ্না ইবুংঙোবু মচান্নপীমকনা থাংখ্রে হায়বা পাউ অসি তাবদা রান্থদুনা তুখ্রে। জ্ঞান তারকপদ অঙাং ওইরিত্রেদা মমা-মপা অনিমক লৈত্রব মতমদা মহাক্ন মমা শক্তুনা মোপ্নাবু য়োক্লকপ মতম অদু নিংশিংলক্তুনা থমোই শোক্ন হিক-হিক কপথি।

পূরন্দরগী আদালী অদু অরাবা পাউ অদু পুখিদুন সুরেন্দ্রপুর লৈবাক্তা হনখ্রে। পুরন্দর শিখিবগা পাউ অসি মন্ত্রী গুণাকরদ তমন্নুরে। মন্ত্রী গুণাকর প্রজা পূম্নমক্ক লোয়ননা অৱাবা ঈপাক্তা তাখ্রে। ফনা থমোই কনবা মীসু মহাক্কী অহানব মরালগী থবক্তা নুংঙাইতবা পোক্কনি; তোইগুম্বসুং অদুগুম্ব মরালগী থবক অদু হন্না হন্না তোৌরব তুংদদি মহাক থোৌশাদবা পোক্লক্কনি। মতম থরদি চিন্তামণিসু গুরু-মহারাজগী য়াথং লোৌদুনা মাবু লুহোংগে লাক্লিব বরশিং অদুগী মখাই লোৌবদা থমোই শোক্ন অরাবা পোক্লমই; তোগুম্বসুং মহাক্ন লাক্লিব বরশিংগী মঙক হন্না হন্না কক্লক্লবদা মহাক থবক অদুদ মহোৌশাগী মহোৌশা ওইরক্লে, মপুক্নিংদ অৱাব নুংঙাইতব ফাওরক্তে। মী পূম্নমকনা মহাকপু মীহাৎপী হায়রগ

খঙনখে। অসুম মতম খরতগী মন্নুংদা লানবন অদুগী চেকপলদ মী মকোক ৯৯৯ দগী তাদনা থেত্তুনা য়ুংতুনা থমখে। অদু ফাওবদা কনা অমত্তসু মাগী রাহংশিং অদুগী পাউথুম চুম্ন পীব ঙমখিদ্রি।

পুক্নিগী চৎনরোল ওইনা হিরম পুম্নমক্কী ঙমথৈ লৈবগুম মুংশি হৈত্তব থবক্কীসু ঙমথৈ লৈ। হৌজিক অককপ কোক লিশিং অম ফাগদব অমথক্ত ভাইরে; অদুবু ঈশ্বরন মতাং অসিদ থমহল্লগে আশা তৌরমাল্লে।

আদিত্যপুরদগী মাইল চামরোম লাপ্ন লৈব কাবক্যপুর কৌব সহর অমদ যোগীরাজ কৌব নিংথৌ অমনা পাল্লমই। মহাক্কী মচা মুপা তক্কক্তি চিন্তামণিগী মথুত্ত লানথ্রবনি। মহাক্কী ভরেৎ শুব মচামুপা, নহা ওইরিব সুন্দরন মরূপ মপাংগী মচৌন্দগী ময়াম্বংশিংগী মরাইবক অদু হেক থঙজ্রব মুমিত্তগী চিন্তামণিগী শীংনব অদু মায়োক য়াগে থনখে। নহান মথৈ মপাবুং মহারাজ অমসুং মমা ইবেম্ম মহারাণীন ময়াম্বুংশিংগী মতুং ইনথিগদ্রা থন্দুনা মহাকপু রাকম অসি ভাহন্দনা থনম্বনি।

ময়াম্বুংশিংগী লাইবক্ত থোকখিব দশা অদু হেক তাবগা সুন্দরনা মপাবুং মহারাজগী মফমদ চৎখিদুনা মহাক্ত তারিবদু অচুম্বরা হায়বদু থঙদোক্লে; মতুংদ মহাকসু আদিত্যপুরীদ চৎচগে হায়বগী মপাবুংগী য়াথং নিজরম্মী।

মচা ইবুংঙো সুন্দরগী বা অদু তাবদ নিংথৌ যোগীরাজ মায়থোক্ত লাংশিনখে। মচাবু নাম্বরহুনা হায়রকই: "ইপাগী ইবুংঙো! নহাক্ত নহাক্কী অহল ওইরব নমা নপাবু নিঙ্গলবদি ঈশ্বর য়েংহুনা আদিত্যপুরী চৎপগী রাথল অদু থাদোকউ। মকম অদো মমগী লৈবাক ওইরবনি।"

সুন্দরনা হঙ্গৎলকই: "পাবুং! পাবুংগী লাংতক্লব পুম্নমক ঐহাক ভাব তাজে; ননাই ঐবু থাজবিম্ন ঐহাক য়াম্বুংশিংগুমনা ফত্রবী মুপী অদগী লাংদ থুহজরোই। ঐগী আশাদি য়াম্বুংশিংগী লমন থুম্বনি;

ঐহাক্ত মদুস্থ তাপ পায়খৎচরোই, মরো নৈন পায়খৎচগনি। ইপঙ পঙন পুন্সি লোম্বা থবক্তি পায়খৎচরোই। ননাই ঐবু য়াথং পীবিয়ু।"

সুন্দরন মপুক্লিং চপ লেপথুবদা অহল ওইরব মমা মপান মহাকপু চৎথিনবগী য়াথং পীব তারম্মী। মচান্নপাবু য়ৈথায়-থিনগাই লৈংনা হল্লক্লবগী বর পীরম্মী, অদুবু মহাক চৎথিবদগীদি মথোয় লুংঙক-লুংজানথে।

সুন্দরন শগোলশঙদগী ক্ষরব শগোল অমা তোংথত্তুনা আদিত্যপুরী য়ৌনব থৌখে। আদিত্যপুরী য়োরবদা মক্ষম অদুগী মরু ওইনা চিন্তা-মণিগী স্বয়ম্বর মফম ওইরিব লানবন অদুগী ভৌগলিক অবস্থা (topography) পুম্নমক থঙদোক্লে। মহাক্ল শগোল তোংদুনা তপ্প তপ্প চৎথিব মতমদুদা চিন্তামণি অমসুং মাগী লোয়নবী কমলানা লানবনদগী (অরাংবদগী) য়েংথোরকপা তাক্লা থোকউরে। সুন্দরগী ফজরব শাবান-মর্তি, অশিংব মানব মায়থোঙ, অরংব মমিং, চীং-লেম্বা মতো হান্ন উথিবসি কমলানি। সুন্দরনা চৎথিব তুংইন্নবা কমলাগী মিৎয়েংস্ত মতুং ইন্নথিরমই। কমলাগী মিৎয়েং মতুংইন্না য়েংথিবদ চিন্তামণিনা সুন্দরব উরম্মী, অদুগা অম্সুম হায়বকই:

"মহা অসি থোইদোক হেন্দোক্ল মশক ফউ। মহাক্কী মানি অসিদগী ঐন থনবদি মহাক সহর অসিদ ইহান হান্না লাকপ থোক্লেং ওইবিগনি। মহাক ঐগী বর ওইনা লাক্কবা ওইসনু!"

"লাক্কবা ওইসনু, মরমদি ঐসু মাগী ফজনব নিংই;" কমলানা হায়রকই।

সুন্দরনা লানবনলোমদা য়েংশংল্লবদা মত্তা থোকউত্নুনা রাবী শানজনা নৈরিবা নৈশাবী অমি অত্ত উরবে। চিন্তামণিগী ফজবা শক অদু উবদ মহাক ওকখে, স্বর্গদগী অপ্সরানা পৃথিবীদা কুমথরকপগুম থল্লুরে! মহাক্ল য়েংথিবদ অতোপ্প নৈশাবী অদুনা মাবু উবদ মমাকী চাংশিনথিব উরমই। লানবন অদুগী চেকপদদা চিন্তামণি বিক্সারা হায়ন থাবিবদ, উরবদগীদি সুন্দর শাউনিংবন লোইখে। মতোমদ শোক্কনমই। "এ:

হিংচাবী অসি ওইরে য়াম্নুংশিংবু হাৎথিবসে। ঈশ্বরনা উবদ তুজুংব পোক্লব ক্সিন্দুবু শেমলকপদ মহু পুবা ময়া পানবিরমলিবসে মহাক্না রাথল রৈলতবদগীনি"।"

মহাক্ন পাঙথোক্কদোরিব থোওং অত্ন নিংশিংলদুনা সুন্দর শগোল শাজৈ থারদুনা মকম অত্নদগী থুনা থোদোকথে, কৈথেল য়োরে। কৈথেল য়োরবদা শগোল গাড়ী তোংব নিপা অমন সুন্দরবু মমিং ফান্দুন কৌরক্লে। সুন্দরনা মাগী শগোল থামলে। শগোল গাড়ীদগী নিপা অত্ননা চোং-থরক্লুনা সুন্দবগী শগোল চুপালি পায়ররে। মহাক কাবল্যপুরদা হন্না হন্না লাক্লুন অঙম অথোশিং অমম্নুং কোন্নুং মনুংদ মণি মুক্তা য়োল্লব মণিবান হায়ব নিপা অত্ননি। মহাক মীয়াই চল্লবা, মপাবুং যোগীরাজ নিংথৌগা হায় চান্নব নিপা অমনি।

নিপা অত্নন হংলমই: "যুবরাজ, লৈবাক অসিদ কনাম্নু কনাম্ন লোয়নদনা লেঙলক্লিবদি করি থবক্কীনো?"

তাঞ্জা অসিদ সুন্দরম্নু শগোলদগী কুমথরে। অনোম্নব নিপা অত্ননা সুন্দরবু মচাঙম কোল্লে। সুন্দরন হংলকইবা অত্নগী পাউথুম ওইনা মোমোন নোক্লমই।

অহল অত্ননা হায়রকই: "ফরে, হায়দবম্নু য়ারে, অথুপ্প বাকম ওই-রিগনি। ঐনা হঙ্গৎচগদবা হায়ববু মচাইবুংঙো যুবরাজনা সহর অসিদা লৈবিরিব মথৈ ঐগীদা লৈবিয়ু, মরমদি ইবুংঙোন থঙবিরিব অদুনি নপা ইবুংঙো মহারাজগা ঐগীদি অঙাং ওইরিবৈগী মরুপনি। ঐগী ইপানা নবুধৌ ইবুংঙোদ হীরা, মণি-মুক্তা য়োল্লবনি, ইবুংঙোদি থঙহৌরম্নরোই। হৌজিক ঐনা হায়রিবা অসি ওম্নোই হায়বিগন্নু।"

য়ারগনি থল্লদুনা অহল অত্ননা সুন্দরবু শগোল গাড়ীদ চিংশিল্লে। মহাক্না লে য়নরকপা পাখোললোয় অমবু সুন্দরগী শগোল অত্ন মযুম তাম্না

পুরকৃব শিন্নখে্। লম্বীদা অহল অদ্না অরিব, অনৌব ফাগি কয়া তৌদ্না য়া ঙাংলম্মী। পুন্নমক অদ্ সুন্দরনা পুক্লিং চঙনা তারমই।

মণি-মুক্তা লপ্লোনবা নিপা অদ্গী সঙ্গাই অদ্দি য়াম্না চাউবা, মরাং কায়ন অহাংব লৈবা য়ুম অমনি। মহাক্কী নুপী অমসুং মচাশিংনসু লাক্লিব রাজবংশগী অতিথি অদ্ পেন্নবা হোৎনবদা থোইনা হেন্ন পুক্লিং চঙলম্মী।

চাব থকপ লোইরবদ সুন্দরনা হংলমই : "লৈবাকসিগী রাজকন্যা অসিগী মরম পুন্নমক খঙজনিংই।"

মতু তাবদ মণিবান্ন থুক লাউব পোকখি। হায়রকই : "য়ুবরাজ! নয়াস্মুং তরুক্কী মথ্থাই মাগী মখুত্তা লানথ্বনি হায়ব খঙদব্রা? হৌজিক ফাওবদ নিংথৌমচা ৯৯৯ মখুৎমক্ক হাৎখ্বনি অমসুং মথোয়গী মকোকশিং অদু লানবন্দ থেত্তুনা থমলিবনি। ইবুংঙো, মহাক্কী মরমসে অফবা অঙাং অমা ওইত্তুনা হংলক্লগনু। য়ুবরাজবু তেকত কায়দনা হলহনখিবদো নপা-বুংগী মফমদ ঐগী দায়িত্ব ওইরিবনি।"

সুন্দর : তাকপিরিবদো য়াম্ন চুমখে্; অদুবু মহাক্ক করিগীদমক মথোয়গী মঙক ককখৎলিবা ঐঙোন্দা তাকপিয়ু।

মণিবান : খঙদবরনে? মহাকপু লুহোংগে লাক্লিব নিংথৌমচা খুদিংমক্ক মহাক্ক য়াহং অহুম অহুম হংই। মথোয়ন মাগী য়াহংশিং অদু চুম্ন খুম্বা ঙমদ্রবদি মহাক্ক মথোয়গী মঙক ককলে। মথোয়শিং অদু অপঙবনি হায়ন জগত্তা উৎননবা অমুকসু য়াংনা থেত্তুন থমলি।

সুন্দর : অদুদি মাগী য়াহংশিং অদুদি খঙবিব্রা?

মণিবান : ঐবো? ঈশ্বরন খঙগনি, ঐহাক মাঙোন্দগী য়াহংশিং অদু তাগে হায়বা ভাব থজিন্দা তৌথ্বদি!

সুন্দর (নোক্লদুনা): খুড়া ইবুংঙোন মহাকপু আশা তৌহনিংবগী রা নত্তেমা, কনাগুম্বনা মতা থোকউবদগী রাহংশিং অদু খঙনবা য়াওরবদি হায়না নিংশিংজবনি।

মণিবান: মাগী মফমদগী কনাগুম্ব হিংন হল্লকপ য়াওরবদি মহাক্কন খঙগনি।

সুন্দর: অদুনদি রাহংশিং অদু থুপ্পা থম্লি হায়বনিদনা?

মণিবান: অচুম্বনি; পরিক্ষাগী রাহংবু ফোংদোক্লরনে?

সুন্দর: অদুদি রাহংশিংদু খঙননবগী উপাই করি লৈরিবগে?

মণিবান: প্রাণী অমা ওইরুদ্রবদি মদু খঙবগী রা লৈত্রে; মদুদি ইবুংঙোম্ভ, ঐস্থ ওইরুররোইদবনি হায়না ঐনা নিংজরি।

সুন্দর: মহারাজ নীতিকেতুগদি নিংথিনা খংনবিরা?

মণিবান: মহারাজ নীতিকেতুদি নপা। ইবুংঙো মহারাজগ খঙনবনুক নিংথিনা খঙনজৈ। মদুনা য়াগদ্রা?

সুন্দর: মদুদি য়াম্না মতা চারে; ঐবু মহারাজগী মফমদ পুবিহুনা শক অমুক্ত খঙনহনবিয়ু।

মণিবান: ইবুংঙো, মনুংগী ঈচেন, ভাব অদুবু করিনোনে? ঐবু অমুক্ত খঙহনথো। খুদোং থীবা মায়োক য়াগে তৌবদি ওইরিরোইকে?

সুন্দর: ঐবু থাজবিয়ু, ঐহাক মদুগী ভাব লৈজদে; মহারাজগ শক খঙনজনিংডনা তৌবনি।

সুন্দরনা মপুক শেংনা হায়জরবদ মণিবানন মহাক্কী শগোল গাডীদ তোংমিন্নদুনা কোনুংদ চৎথে। য়াম্ন থুনা মহারাজ উম্নব য়াবগী য়াথং ফংলে। মহারাজ নীতিকেতুনা সুন্দরবু মহারাজ যোগীরাজগী মচানি হায়বা খঙলবদা তরাম তরাম ওক্লে। তাকপিরকই: "নপাবুং ইবুংঙোগ ঐহাক অঙাং ওইরিদৈদ গুরু অমতদ বিদ্যা তমিন্নরকপনি; মতমদুদগী ঐথোয় মরূপ ওইরক্লিবনি। নয়াম্বুং তরুক্না ঐগী ইচানুপীগী মথুত্ত মথাই

থাখিবদগী ঐখোয়গী মরী অদু থর তংনখে। ইচাগা লুহোংগে নিংগদুনা হায়রম ঐনা মখোয়বু কন্না খামথবনি. অদুবু মখোয়না তাবিখিদ্রে।"

সুন্দরনা মমিত্ত পিগী ঈরা চেল্লক্লিব অদু লোৎননব মরাম নেম্না লূকথরমই।

মহারাজ নীতিকেতুন মথা তাথরকই: "ইবুংঙো, নহাক্ক চিন্তামণিগী আশা তৌরবদি নয়াম্বংশিংগী মতৌ অদু তৌদনবা ঐনা নঙোন্দ ইথৌ অম ওইনা কন্না পাক্তিমেল্লবনিকো।"

সুন্দর: ননাই ঐহাক মতগী আশা লৈজদে। থাঙ্গশেংন ঐহাক লম কোয়জনিংদুনা চংথাকচরকপনি। আদিত্যপুরদ থুংলরিবা অসিনা ননাই ঐহাক্কী চন্দক্কী থোঙচং অসিগী ইহান হানব মতাংনি।

নীতিকেতু: নহাক্ক অদুম হায়বদু তাবদ ঐহাক লুংঙাইরে। নহাক মফম অসিদা লৈনিংলিবমখৈ লৈয়ু; কোন্নুং অসি নহাকমক্কী কোন্নুংনি হায়না থন্নুন লৈয়ু, শাজিন্নৌ।"

তাকপিরিব অচুম্বদমক সুন্দরনা নীতিকেতু মহারাজদ তৌবিমল খঙবা রাইহৈ থর হঙ্গংলে। মহাক কোন্নুংদা লৈহৌরে অমসুং মণি-মুক্তা কাবরার তৌব মণিবানবুন মগুমদা ছলহনখে।

মুমিৎ নিনিগী মতুংদদি সুন্দা নীতিকেতুগী থাজব মী অমা ওইরে। স্বয়ম্বরগীদমক মীওইবনা তৌনদুব সর্ত অমা চিন্তামণিন থাঙ্গৎলিব অসিগী নীতিকেতু মহারাজনা মতোমতা ওইরব মতমদ মচাবু নিন্দা তৌরমই; নংলমদ্রবদি মহাক্ক য়াম্ন পামজন মচাবু সুন্দরদা লুহোংদুনা পীবমগদবনি। সুন্দর মহাক্ক লুংশিজনা পামজব মীতা অমা ওইরে।

তমনি শুব মুমিত্তা মহারাজ লানবন্দ লেঙগদবগী থোবক্রবদা সুন্দরনা মহারাজগী তুংইন্নগে হঙ্গংচরমই; মহারাজন তাকপিরকই: "ইবুংঙো, ঐহাকনা নহাকপু তোকহন্নিংদনব করিগুম্ব অম লৈদবদি নদ, নহাক্ক লানবন্দ

লাকপ অহুনি। য়াফম অমন। চিন্তামণিগী য়াহংগী পাউথুম পীগে হায়রা—নহাক্না তৌরবোই হায়থুরে—প্রার্থী নত্তবা কনাবুম্ব লানবন্দ চঙহন্দে। ইচা ইবুংঙো ভাব তাও।”

সুন্দর হঞ্জিল্লকুনা কোনুংদা মাগী ফমুংদ হিপতুনা মতুং করি করম তৌসিগে হায়ব য়াথল তৌদুনা লৈখ্রে।

# ৭। সুন্দর, শোনো চুরবদা

অচৌবা মীদি ররবগী বোলগুম্বনি, মরমদি খুদোং থীবনা মথোয়বু কন্না চৈথেং পীবা ঙমদে। বোল অমনা লৈমায়দ য়ৈবা মতমদা বোল অতুনা অমুক্ক য়ৈশিল্লনব অতিয়াদা চোংথংলি : কন্না কন্না য়ৈরগ হেন্ন রাংন চোংথংলি। মহাত্মা ওইরবা মীশিংস্তু অত্ত মঙাই। খুদোং থীব মায়োক্নরব মতমদ মথোয়না কদোংঙৈদস্তু পুক্নিং হন্থবা তৌদে। অসিগুম্ব মীওইশিং অসিগী মনুং চল্লবা সুন্দরনা, চিন্তামণি বিহারা হায়রিবা লানবন অতুগী মনুংদ চংবা য়ারোই হায়না নিংথৌনা তাকপিরবদা, করিমতা নীংহম্নবা পোকখিদে। থোইনতুম মাগী অনীঙব অত্ত থুংনবা হোৎনখি। চংশিন্নবগী উপাই অমা মাগী পুক্নিংদ ঊরক্লে। উপাই অত্ত শিজিন্ননবা থবক পায়থংলক্লে।

অহিং অমদ সুন্দর শোনো চুরবা অঙাওব মী ওইরে; মহাক্ন মফি-মরোল শেগাইদুনা, মশাদা উফল চাইশিন্দুনা, অঙাওব অমন তৌবা হৌনবা মওং পূম্নমক তৌদুনা অঙাওবগী শরুক অস্তুকী মতিক নিংথিজনা শান্নখি মতুদি কোন্নুং মনুংগী মী পূম্নমক, নিংথৌ মহারাণী য়াওনা, তুংদ রাজ সিংহাসন কারগদবা যুবরাজ অসিগীদমক নুংঙাইবিদব, নুংশিব পোকখ্রে, পূম্নমক্ন 'ভাগ্যাকপনিদা' হায়ন শোন্নখি।

মহারাজ নীতিকেতুনা যুবরাজবু লৈবাক্কী ফরবা মাইব-মাইবী পূম্নমক কৌথত্তুনা লাইয়েংহনখি, অদুবু কান্নবা ফংখিদ্রে। তান্ত্রিক অমসুং পাঞ্জি-শিংনস্তু মথোয়ন খঙজবা পূজানচিংবা তৌখি, অদুবু মহাক্ন ফৎচিলক্কবা মওংদমক উৎখি। মহাক্কী অতিথি অমা ওইনা লৈরিঙৈদ সুন্দরন ঙাওখিবসি মহারাজন থমোই শোক্ন নুংঙাইখিদ্রবস্তু মতুংদদি মহাক্ন হৈতত্তনা লম্বীদ উবা ফংলিব অঙাওবশিং অতুদগী থোইদোকপা অমা ওইনা খনখিদ্রে।

মতুং থর লৈরগা মহারাজ নীতিকেতু চিন্তামণিগী লানবন্দ লেঙননব তৈয়ারী তৌখ্রে। তাঙ্গা অসি ঙাইহুন লৈরাক্লবা সুন্দরনা নিংথৌগী শগোল গাড়ীগী তুংগী কাথৎকম অদুদ চোংথৎখ্রে। নিংথৌনা গাড়ীদগী লেঙথরকপা মতম অদুতদ সুন্দর য়াওরক্লি হায়ব খঙলম্মী। অহানবদদি মহাকপু লানবন মহুংদ চংবা থিংগে থম্লম্লবনু মতুংদদি থনখিদ্রে; মরমদি অঙাওবা অমন লানবন মহুং চংলকপদা থোইন অকায়বা লৈতে হায়ন থনখ্রে। লানবন মহুং য়ৌরবদদি মান খোকপা তৌজহৌরসনু হায়ব মওংদ খাদোকপিরম্লগ মহারাজ মচা ইবেম্মগী মফমদ চুমত্রিংনা লেঙশিনখ্রে।

মফি মরোল যুং চাদ্রবা অঙাওবা অমন তুংইল্লহুনা মপাবুং মহা-রাজন লেঙশিল্লকপ উবদ চিন্তামণি চঙক্লখ্রে। মহাক্ল খোরক্লগা মপাবুংবু খোঙাজন্দ ওকচরে, মফমদুদগাদি মহাক্ল অঙাওব মহুংমক্তেক শেংন উবা ঙমলে। হংলকই: "পাবুং! পাবুংনাদ থাজদ্রিগাদ্রা? মহাল নোংমা হৌথিবা চয়োলদ মহাক্ল শগোল তোংনবা চংখবা উহৌই — ঐনা উথিবদো মহাক্লিনা— মহাক অদুলোক অমত্তম চংখি। মহাক কনানো, করি তৌখিবাগী অসুক খুনা ঙাওখিবনো? অদুনা করম মফম অসি তাম্র পাবুংগী তুং-ইল্লক্লিবনো?"

"ইযেম্মা! মুংঙাইথিদবা থাকমান। মহাক কাবলাপুরগী যুবরাজনি, মহাক্কী মমাম্ব তর্ক নহাক্কী বর ওইনা লাকখ্রবান, নহাক্কী মখুঙা মথাই মাঙখ্রবনি। লাইবক ফবদগী মহাক্কি নহাক্কী বর ওইন লাকপ নত্তে, দেশ কোয়বদগী ঐখোয়গী লৈবাক অসি য়োরকপনি, লৈবাক্কী অতিথিনি। থঙহৌদনা মহাক শোনো চুরে। ঐখোয়না মহাকপু লায়েংনবা হোৎনবা পূরমক অরেম্বা তাখ্রে, ঐতাক য়াম্র মুংঙাইত্রে। ঐনা মতম অসিদ লাকপদ মহাক গাড়ী মনিঙদ চোংথৎলক্লমাল্লে, মহাক

অসিদ চঙলকপদ করিস্থ অকায়ব লৈরোই।"

চিন্তামণি নিঙবা কায়বগী মুংশামপী হোল্লমই। মহাক্ক উথিব শগোল তোংবা পাখং অদু যুবরাজ অমা ওইরমগনি, মহাক্ক করিগুম্বা মাগী রাহংশিং অদু থুম্বা ঙমদুনা মহাকপু লুহোংদুনা পুবিথ্রবদি হায়না থমোইগী কাচিন্দ আশা তৌজত্থুনা লৈজরম্বনি। অদুবু হৌজিক্তি আশা অদু কায়রে।

সুন্দরনা অসুক্কী মতিক নিংথিজনা ঙাওশিন্নখে ; কনানস্থ মাবু ঙাও-শিন্নবনি হায়না চিংনব ঙমখিদে। মফমদুদ হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুন চিন্তামণিগ মপাবুং মহারাজগ ঙাওনরিব রা তত্থ তাশিল্লমই। চিন্তামণিগী খোগল-লোই ওইরিবা কমলান মাবু মুল য়েংলি হায়ব অসিস্থ মহাক্ক উদবা তৌরমদে। মাগী ময়েং অদুস্থ অর্থ লৈবা ময়েংনি হায়ব অসি মহাক্ক উরমই। মহাকসে মাগীদমক (সুন্দরগীদমক) ঈশ্বরন থাবিরক্রবনি হায়ন খল্লে ; অদুন সুন্দরন কমলাগী মঙক্ত থুজ্জি হুক্ত্না থুদোংচাব লৌরগে হায়ন লেপলে।

মহারাজ নীতিকেতুনা কোমুংলোমদ লেন্তগদোরিবদ অঙাঙবা সুন্দরবু কদাইদ লৈবগে হায়দুন কোয়েং য়েংলমই ; অদুবু উব ফংখিদ্রে। মহাক শিবির মন্নুংদগী থোকখ্রমাল্লে খল্লদুন মহাক্কী রাথল অমুক তৌদন মহারাজ কোম্মুং য়োনব লেঙখরে।

চিন্তামণি অহিংগী মতম ওইরক্রদুন মাগী ফমুংদ য়াতাখে ; গুরু-মহারাজস্থ মাগী নিত্তি-পূজা কৎলবা তুংদা তুম্ফম কাদা চংখে। ঙাইহাক লৈরবা তুংদা নাখোক্লিব মখোল অদুদগী মহাক শুংঙাইন তুমখে হায়ব খঙলে। থাবল মঙালন শিবির মন্নুং অদু মুংথিলগুম ঙানখে ; তৈনম লৈনমন নন্দন-কাননগুমখে। মতম অসিদ মুপী ওইবী অমখকন মাইকৈ পুম্নমক শীন-থুংনা কোয়েং য়েংলি। মহাক চিন্তামণিগী লোয়নবী কমলা নত্তন অতৈ কনাস্থ নত্তে। মহাক্কা শেৎলিবা ফিজেৎ, মহাক্ক পুরিব

অথুম অহাওগী ময়োম অতুদগী ঐখোয়্গন খঙই মহাক মহাক্কী প্রণয়ী উন্নব চৎলিবনি। মহাকপু উবিনব কনাস্থ লৈত্রে হায়ব তশেংলবদ মহাক্ক শিবির মন্থুংগী কুঞ্জবন্দা চংশিনখে। ঙাইহাক কোয়েং য়েংলগ খুনিং কাঙ্গন-কাঙ্গন চঙখিত্নন শাদ্রাংন তারিব সুন্দরগী মনাক্ত লেপ্লুরে। মহাক্ক থুদোললনা তপ-তপ থারবদ সুন্দর হৌগৎলক্লে; তৌইগুম্বসুং সুন্দরন অঙাওবগী মতৌ তৌবা হৌরক্লে।

কমলান সুন্দরগী মখুৎ অনি পায়শিল্লগ অয়োন অথুপ অমত্ত থমদন হায়রকই: "যুবরাজ, ঐহাক্ক নহাল নোংম যুবরাজবু উজখিব মতমত্নমক্তদ ঐন খঙ্গখি যুবরাজদি ঐগী ইবুংঙোমক্লি হায়ন। ঐন খঙ্গরিব অসিমক্তন অশেঙব ওইরবদি ইবুংঙোদি ঙাওশিন্নবনি। মী অতৈদা অঙাওব ওইন উৎশিরবস্থ ঐনদি ঙাওদব ওইন উজৈ। ঙসি নুমিৎ চুপ্প চাদ-থক্তন লৈ'বরক্লবনি। অতুন অহানবদ অরাম খৌরাং কোক্লব ঐনা পুজরক্লিব অচা-অথকশিং অসি অমুক্ত হাবিখো।"

সুন্দরন অচা-অথকশিং অতু চারে, থক্লে; মতুংদ কমলাদ হংলকই: "ইবেম্ম, ঐহাক নহাক্কী মমল তোল্লবনি। অহানবদ নহাক কনানো হায়বদো ঐঙোন্দ অমুক্ত তাকপিখো।"

"মতুন ফব তারে। ঐহাক অবন্তিগী নিংথৌ কমলাকেতুগী মচানুপীনি, ইমিংন কমলা কৌই। ইপা ইবুংঙোন লানদ মায়থীরবদ ঐখোয় বন্দি ওইখিরমই। লম্বীদ পাবুংস্থ ইমাস্থ শিখে। ঐবু ফারিব নিপা অতুস্থ কবো-কৈ অমন হাংখে, জঙ্গলত্নদ ঐহাক ইতোমত ঙাইহৌরে। লাইগী নোংদমদগী নিংথৌ নাতিকেতুন শাদানব লেঙলকপদগী ঐবু থেংনত্নন কোম্নুং অসিদ পুবিরকখি। মতমতুদগী ঐহাক মচা ইনেম্ম চিন্তামণিগী লোয়নবী ওইন লৈরকলি। মখোয়্গন ঐবু মীনাই অমঙ্গম থনবিদন মখোয়গী পরিবারগী মী অমগুম লোয়নবি। হৌজিক ইবুংঙোগী অশেঙব পরিচয় পীবিরো।"

পুন্সিগী মমুংদ লৌথুপনবদগী পুমশেং শেংদোকপন হেন্ন কান্নব মতাং লাকই। মতাং অদুমক শৌজিক মরৈ-মরা তৌরিব সুন্দরদ থোকলে। মহাক অশেঙব ফোংদোক্ত্রন কমলাদ হায়রকই: "ঐহাক হৌজিক অশেঙব হায়রগে, অশেঙব ফোংদোকপ মতম য়ৌরমাল্লে হায়ন ঐন থল্লে। ঐহাক কাবলাপুরগী নিংথৌ যোগীরাজগী মচানি। নহাক্না ঙাওশিন্নবনি হায়বদো অশেঙবনি। ঐহাক মফম অসিদা থোদা অম পুরক্ত্রন লাক্লিবনি। মদু পাঙথোক্লনবগীদমক ঐহাক অচেৎপ মরুপ অম থিরিবনি।"

"য়াবিনিংদব নৈত্রবদি অদুগুম্ব মরুপ অদু ঐহাক্তি থনবিব য়াগনি।"

সুন্দরনা মরৌ নৈব মিংয়েংনা কমলাদ য়েংদুনা মোমোন নোকলমই, অদুগা হায়রকই: "ঐহাক্ত নহাকপু খাজব য়াররা?"

"ইবুংঙোনা ইবুংঙোগী য়েৎ থংবা পাম্বোমবু থাজবা অহুক ঐবু থাজবিবা য়ারে।"

"অদুনিদনা! নকশিল্লকউ। নবেম্ম চিন্তামণিন অচুকপ মচংগী স্বয়ম্বর অমা ভৌগনি হায়না লাউথোকখে, নত্রদো? নহাক্ত উম্নরমদ্রবা ফাওবদ ঐহাক স্বয়ম্বর য়াওরুবগী আশা তৌদে। মসিমদি ঐথোয় থঙনহৌব দরকাররনি। চিন্তামণিন লাক্লিব প্রার্থীশিং অদুদ মচুং অদুম-অদুম হংই, পাউখুম পীবা ঙমদ্রগ মহাক্ত মঙক ককই হায়বসি অচুম্বরা?"

"অচুম্বনি।"

"অদুদি রাহংশিং অদুদি থঙবরা, ইবেম্মা?"

সুন্দরন রাফম অসি হংদ্রিউদ হান্নন রামাং য়ালহৌরবস্তু কমলান কিবা অমম্মুং মুংশা থিবদগী হুমাং কাংইব অদু সুন্দরন উরমই। মশা ঈংথহল্লগ অসুম হংলকই: "ইবুংঙোন মহাকপু লুহোংনিঙবগী আশা নৈত্রবদি রাহংশিং অদুস্তুকরিগী থঙবিনিংলিবনো?"

"ইবেম্মন খণ্ডবিরিনি যুবরাজ *** চিন্তামণিগী মখুত্ত মথাই থাখি্রব অদুগী মনুংদ ঐগী য়াম্নুং তঙ্কক য়াওখ্রবনি। মথোয়গী লমন শীংগে হায়রসি ঐহাক রাশকখ্রবনি। ঐনা হায়রিবসি নবেম্মদ অশোক অনা পীগে হায়ব নত্তে; মরমদি মতোমত থাদোকপিরবদি চিন্তামণিদি অফব নুপী অমনি হায়বসে ঐহাক ভাব তাই। ঐনা খল্লিবদি রাহংশিং অদুগী অখ্ংপ্প অত্ত ফোংদোক্কে, মতুংদ কনাগুম্ব যুবরাজ অমত মাগী মখুত্ত দশা তাহল্লরোই হায়বসিনি। অসুম তোব অসিদ হাল্লন তৌখ্রব অমাঙবশিং অদু শেমগৎপ ঙমগনি খল্লি। থোদাং অসিদ ইবেম্মগুম্ব ইতেং ওইব মী অমা দরকারনি। ঐনা ঙাওশিন্নবগী মরম ইবেম্মন ভাব তাবিররিনি।"

সুন্দরগী ব্যাথা অসিদ য়ানিংলগুন রাহংশিং অদু মশীং খণ্ডদন হন্ন হন্ন তারব কমলান সুন্দরদ রাহংশিং অদু চপ চান হায়রে। অমুম্ক হায়বদ মাগী মশা অদু তুজ্জংবগ লোয়নন থক থক নীকলমই।

সুন্দরন রাহংশিং অদু পুক্কিঙ চঙন তাশিল্লমই; অমুকন্থ হন্ন হায়-হল্লমই। খমোই লকাদ রাহংশিং অদু চেৎন ইশিন্দুন থমগে্র।

সুন্দরনা মথুৎ অদু কমলাগী মরেংজুমদা থম্নগা হায়রকই: "চান্নবী, নহাক্ন ঐঙোন্দ রাহংশিং অদু ঐবু খণ্ডহনবিদুনা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইরে। চিন্তামণিগী মখুত্তা মথাই মাঙখ্রবা যুবরাজশিং অদুদা তোবগুম্না ঐঙোন্দদি রাহংশিং অদু অর্থ থোক্কে। অদুবু মথোয়গী পাউখুমদি খিবা তাই। মতাং অসিদসু ঐহাক নহাক্কী নতেং দরকাররনি। করি হায়বগে?"

"যুবরাজ, রাহংশিং অদুগী পাউখুমগী রা ওইরবদি ঐহাক্তি করিমতা খঙজদে।"

"কমলা! তাঞ্জা অসি ঐথোয়গী পুন্সিদা য়াম্না লুরবা মতাং অমনি। ঐন থোক তৌবগী রাকম অমত লৈতবনি। ঐথোয় অনি অমত্তনি, ঐথোয়গী নরক্ত অৎপ্পা, অকিব, নিংহৌনিঙাই ওইব, ঐথোয়বু

থাইদোক্লনিঙাই অমত লৈরোইদবনি। ঐঙোন্দদি নহাকসে লমজা অমুক ওইদ্রবনি ঐগী থম্মোইগী রাণী ওইরবনি। ভাব তারেদনা ?"

ৱাহৈশিং অসি তাবদা কমলা নাপল কাজনিংঙাই ওইবা মওংদ মনিংদোল চোংই। হায়রকই ঃ "ইবুংঙো ! ঐনা থমোই অনি লোঙদনা পুন্সি চুপ্পা ইবুংঙোগী সেবা তৌজগনি।"

"ফরে, অত্তদি নহাক্র পাউথুমশিং অদু খঙদ্রবদি মপূম ওইনবু ওইরস্থু মচেং ওইনবু ওইরবস্থ নবেম্মদগী খঙননবা হোৎনবসিদি কমদোই ? ঐহাক অঙাওব শাক্তনা হয়েংস্থু শিবির মস্থং অসিদ অস্থম লৈথিগনি, অহিং অথেঙবদ মফম অসিদ নহাক্না উন্নসি।"

হৌথিব পুন্সিগী শরুক নিঙশিংলুরগা অমস্থং তুংগী ওইরক্কদব শরুক, কাবল্যপুরগী মহারাণী ওইরক্কদব, ম্নপী ওইবীশিংগী মমিত্ত কামদেব ওইরব নবরাজ সুন্দরগী রাণী ওইরগদব অদু থল্লরগা কমলা থমোই মরাং-মরাং ম্নুংঙাইবগী ঈজন অমা ফাওখি। মবুংঙোনা পীবিরকপা মন্ত্র ওইরবা থোদা অদু পূবক্তন কমলা সুন্দরদগী বিদায় লৌরক্তনা শক্তি অমোম-শুম চেন্ন চেন্ন হক্তিনথে।

হৌথিব অহিং খর তূমখিদব অদুগী শরুক লাকখত্তন সুন্দর ম্নুংঙাইন কুঞ্জবনদ তূমলি; তৌইগুম্বস্থং কমলাদি মাগী ফম্নুংদ তূম্ব য়াদক্তন রাথলগী দলান শাক্তন লৈরি। তুংগী অশাদ মাগী চোকথব পূম্নমক কাউথে, শাড়ি মপাল অক্ত শিংলল-শিংললক্তন ভাবকী দলান শারিঙৈদ অয়ুক্কী মতম য়োরক্কদোরে, মতম অসিদ নিদ্রা লাইরেম্বীগী মতম্বাক্তা ম্নাত্তাক্তন ম্নুংঙাইরব মথল মথেল কম্বাগী মঙ মঙলি।

কমলান হোৌগৎলকপ মতমক্তদি মহোৌশাদগী থর থেঙথরে। মহাক্ত মাগী নিত্তি-কম্ম লোইরগ চিন্তামণিগী মনাক্ত অচোই-অপা থর চামিন-থকমিন্নব ফমথখে। কমলাদি পূক্লিং তঅাং-ংশোই মন্দা ম্নুংঙাইন লৈরি, চিন্তামণিদি

অৱা পোৎলুম কোকথোং নারি, মরমদি কনাগুম্ব যুবরাজন মাগী মথুত্ত মথাই থাদোকপ লাক্‌দ্রা হায়বগিনি। অদুগী মথক্ত যুবরাজ অমতন মাগী ৱাহং অদুগী পাউথুম পীদুন মাৱ লুহোংলগনি হায়বগী আশাস্থ উশিল্লক্লে।

কমলান হায়রকই: "মমাঙগী থা কয়ামুক অসিদ থোকখিবশিং অসি য়েংলুরগা ঐথোয়গী ইবেম্মগী লৌশিং অমসুং জ্ঞানদ নিপা ওইবশিং অসি লাম্বা ওইদ্রে; কনাগুম্বা নিপা অমত্তনা ইবেম্মগী ৱাহং পাউথুম চুম্না খুম্বা ঙম্মখিদ্রা হায়বসি ঐদি ঙক্লা থোকলে।"

চিন্তামণি: অচুম্বনি কমলা, গুরুদেবন ঐহাকপু থায় ৱাংব থাক্কী বিদ্যা তম্বিরে। ঐন হংলিব ৱাহংশিং অসিগী পাউথুম ঐহাক ইশান থগুজদ্রব অসিদদি মহৈগী ঙমখৈ লৈতে হায়ব খল্লে।

কমলা: ইবেম্মন ৱাহংশিং অদুগী পাউথুম খঙবিদে হায়বসিবু অচুম্ব-রনে? ঐগী মরুপস্থ ওইরব, ইবেম্মস্থ ওইরব, জগৎন বিদ্যাবতী কৌনরব ইবেম্মনা পাউথুমশিং অদু খঙহল্লোই হায়বদে হৌকনিঙ নিঙউদে ঐগী নাকোংন তাব য়াদব ওইরবদি মথুন রা অম ওইখে।

চিন্তা: "অদুম্ন হায়বিগন্থ; ঐহাক নঙোন্দগী অথুপ্প অমত থমনিঙাই লৈতে। নহাক্তি ঐগী ইচে-ইনাওদগী হেল্লবী চান্নরবী মরুপনি। থাঙ্গ হেক শেংন ঐহাক পাউথুমশিং অদু খঙদবনি। গুরুদেবন ঐঙোন্দ হেক তাকপিৱ হায়ববু..................।"

"অ'!"

"পাউথুমশিং অদো মদিবাদনাপুর, সাম্পাঙ্গিপুর অমসুং নদীশীলাপুরদ ফংগনি হায়ন তাকপি; মদুদগী মথা তাব তাকপিদ্রে, পাউথুমশিং অদু চুমই চুমদে হায়ব লেপননব গুরুদেবস্থ অদুম লৈরবনিন ঐনা থঙনিঙ-উবস্থ পোক্লে।"

চিন্তামণিন মাবু চিংনব পোকখিগদ্রা হায়দুন কমলা মথা অমুক হংথব তোদ্রে। মহাক্ক ব্রারী অদু অতোপ্প হিরম অমদ হোংদোক্তুন শানরে, তৌইগুম্বসুং অমুক কাউদনব লম মমিং অদুম অদু নীঙথিন নীংশিংহোরে।

নুমিৎ অত্তদি কমলা নুমিৎ তাব ব্রান ঙাইরমই, মিকুপ পুংজ্ঞাশিং য়াম্মা থীম্ন হোৌখিব মতৌ মাল্লে। অহিং ওইরক্লুনা অত্তিয়াদগী থান মাগী লৈজবী মঙালনা পৃথ্থ থক্ত শীন থুংনা য়েল্লবা মতম, হৈনম লৈনম্ন চুরবা কুঞ্জবন্দ থোকপা য়ারগনি হায়বা বাথল লাক্লবা মতম অদুতদা মহাক পোথাকম থঙখি। মী পূম্নমক তুম্নখে, হায়ব তশেংলবা মতম অদুদ কমলান ফিরুক থুমজিল্লহনা সুন্দরনা লৈরিব কুঞ্জবন অদু তম্না থম-থম লাকলে। সুন্দরসু অনিরক হন্না কৌনিঙাই লৈরমদে। কমলাগী মখোল হেক তাবগা ফুক হৌগংতুনা ফমলে।

"করি পাত্তি লৈরবগে? কমলৌরবগে?" হায়বসিনা সুন্দরগী অহানবা বাঙাং ওইখি।

তৌইগুম্বসুং কমলানা হেন্ন ভাব তাথে। মহাক্ক নিংথিনা শেম শাদুনা পুরক্লবা অচা অথকশিং অদু সুন্দরগী মচৌন্দ চংথাম চংথোম ইনশিল্লে; মরমদি সুন্দর নুমিৎ চুপ্পত্তমা লমহাংদ চরা হেন্দুনা লৈরবনি হায়বসে কমলা ভাব তারনই। "করম্ব হিন্দু নুপীনা মানা নিঙজব মবুংঙোন চরা হেন্দুনা লৈবতুবু য়েংদ্রেনা লৈবা ঙমগদগে ?"

"হৌজিক্কি ঐথোয়ন হায়নখিবদো," সুন্দরন নিঙশিংলকই।

"ঐহাক্কি থঞ্জিক্কুনক থঙজরকই, মরমদি চিন্তামণিস্সু পাউথুমশিং অদু থঙদে। গুরু-মহারাজন মাঙোন্দ মপুং ফান তাকপিদ্রে।"

"গুরু-মহারাজন মঙোন্দ করি করি তাকপিব?"

"গুরু-মহারাজন মাঙোন্দ তাকপিব হায়ববু ঝাহংশিংঃ অত্তুগী পাউখুম অত্র মদিবাদনাপুর, সম্পাঙ্গিপুর অমসুং নদীশীলাপুরদ কংগনি হায়বসিদনি। মতুদগী হেন্না চিন্তামণি করিমত থওদে।"

" শোয়দ্রবরা ?"

" শোয়দ্রবনি।"

"ফরে অতুদি, ঐহাক হয়েংদগী হায়বিব লমশিং অত যৌনব খোঙ-শাল্লগদবনি।"

"ঐহাক্তি কমদোৌজৌ হায়ব ইন্নংঙ্গো ?"

"নহাক ঐহাক্তীনি, ঐগী ওইরগদবনি। ইথুক্ত তারব থবকশিং অসি অমুক্ত পাওথোক্লু খিগে ; ঝাহংশিং অসিগী অথুপ্প অসি অমুক্ত খওল্লু খিগে। মতুং নোং হেক ঙানবদ ঐন নহাকপু পুদুন চৎকনি। মতম অদু ফাওবদি ঐবু নিংশিংতুন লৈরমখো। হয়েং নিংথৌন লেঙ-শিনব মতমদ ঐহাকন্না কোন্নুংদ চঙগনি। কোন্নুংদগী খোঙ শানশিগদবনি ; বিদায়।"

# ৮। চৌংদোমপোক্ত লৈরম্ব নিপামচা

মংথৌ পাঙথোকনিঙলিব মী অমতন মতম ঙাইহুন লৈব কনা য়াঙবগে ? মখোয়দি মতমবু লুমাং পায়হুন য়াম্নরিবনি। লৈচীন্ন সুমিংকী লম্বীদ অপনব পীদবগুম নিঙব কায়বন মখোয়দ অপনব পীব ঙমদে। যোগী-শিংগুম্ন মখোয়গী ধ্যান অহু মখোয়ন পাঙথোক্কদৌরিব থবক অহুদ পুক্নিং লুপ্পুন লৈ।

সুন্দরন খল্লম্বদি মতুংগী অয়ুক্ত মহারাজন শিবিরদগী লেঙথিবদ মহাকসু গাড়ী মনিংদ নপ্পুন কোন্নুং য়োগনি অসিনি। মহাক মতম অহু ফাওব ঙাইব ঙমদ্রে; অহিং অহুমক্তদ কোন্নুং য়োনব চংখে। মহাক্ক কোন্নুং য়োব মংমদ নোং ঙানফাত্রি। সুমিৎ নিনিগী মতুংদ মহাক্ক জ্ঞান তাহুন হল্লকপসিদ নিংথৌগী নুংঙাইব হায়নিঙাই লৈখিদ্রে।

নীতিকেতু মহারাজন সুন্দরবু মনাক্ত কৌশিল্লগ হায়রকই: "মহা ওইরিব মরুপ, নহাক্ক থঙহৌদন নশা নুংঙাইরক্তব অহুদ ঐদি তৌকম থঙলুদ্রবনি। ইবুংঙো নহাক্তি ঐগী মমল য়াম্নব অতিথি অম ওইবত নওন নহাক্তি ঐগী নুংশিজথুব মরুপকী মচানি। নহাক্ক হৌজিক নশা নুংঙাইরকপ অসি ঐহাক ওহোক্ক নুংঙাইরে।"

সুন্দর: ইনিংথৌ ইবুংঙো, ননাই ঐহাক্তি ইশা নুংঙাইরুদ্রে হায়বসি করিমত্ত ভাব তাজদে। ইনিংথৌ ইবুংঙোদগী ভাজরিব অসি মঙাই; অহুবু ননাই ঐহাক থাজজে। মরক অহুদ ঐহাক্ক ইনিংথৌদ অকায়ব তৌরমদ্রবদিকো হায়বহুদং আশা তৌজে।

নিংথৌ: করিসু তৌথিদে; করিসু তৌথিদে; হৌজিক ঐখোয় মঙ্ক কাউথোক্লসি।

সুন্দর: মহারাজ ইবুংঙো, ননাই ঐহাক ঐগী খোঙচৎ অদু মথা তাথজক্লনব মহারাজদগী বিদায় নিজরি।"

নিংথৌ: যুবরাজ, ঐগীদ লৈরিবঙৈ মতম অসিদ নহাক্কী লুংঙাইব ইফং ফংখিদ্রে। মতম থরদংগ পন্থত্রুন ঐগীসিদ লৈথোকপ য়াব্রবরনে?

সুন্দর: লৈথব ঙম্মমলবদি লুংঙাইজগদবনি; অদুবু মফম অমদ য়াম্ন খুন য়ৌখিব দরকার ওইরে। ঐবু থৌজানবিব, চোকশিনবিবসিদ ঐহাক মহারাজগী লমন তোনশিঞ্জরবনি।

নিংথৌ: মরুন নহাক্কী তঙাইফদব ওইরবদি ঐহাক নহাকপু থাম্ম-রোই। তৌবদদি নহাকসে মতম পূময়ুক্ত ঐগীদ তরাম তরাম কৌশিঞ্জরি হায়বসিমদি কাউন্নুকো।

মহারাজবু নোল্লুক্ত থুক্কুমমম্মগ সুন্দর খোরক্লুন শগোলশঙদ চঙখে। মাগী খুৎচাবী শগোল অদু তোংখত্রুন শগোলন পুব মাইকৈদ লাক্লে; মরমদি মহাক কদোমদ চৎলগ হায়রিব মফম অদুম অদু য়োগদগে হায়ব থঙদে।

মতমদুদদি ভূগোলগী জ্ঞান অসি মী কাঙবু মরিথক্কদ লৈরমই;— মীওইবদগী হেনগৎখ্রব কাঙবু, কবিশিং, আধ্যাত্মিক্কী জ্ঞান থিবদ সন্ন্যাস ওইন কোয়চৎ চৎলব কাংবু অমসুং লল্লোন-ইতিক্কীদমক কোয়চৎ চৎলব কাংবু। মসিং তম্বিবদ ভূগোলগী শরুক য়াওরমদে। নিংথৌশিংদি মরু ওইন মখোয়ন পাল্লিব লৈবাক অদুদগী হেন্দোক্ল থঙনদে হায়ব য়াই।

সুন্দরন মফম সুকথঙ থঙদব লৈবাকশিং অসিদ চৎননব থৌরাংলিব অসিদি মহাক্ল পাঙথোক্লে হায়ন বাশকখিব থৌরম অদুমক্ল অমসুং পাঙথোকপ ঙমগনি হায়ব আশা অদুমক্ল মহাকপু লমজিংলবনি। মহাক্ল থুংফম থঙদন অমুম চৎলকপদ আদিত্যপুরীদ লৈরিবঙৈ মঙোন্দ থোকখিবশিং

অদু নিঙশিংলমই অমসুং মতুং কন্নি থোকলক্নব হায়বত্ত মঙ মঙলমই। শগোলগী চাকতাফম মাল্লব মফম অম য়োরবদ মাগী শগোল থঙলেপ লেপখিবত্নদ মাগী মঙ কায়রে। শগোল চাম চামন মফম অত্নদ শজিক চারি, শান্নরি, চোংলি, তান্নরি। সুন্দরন কোয়েং য়েংলকপদ আশ্রম অম উরে। মহাক্ন শগোল অদু আশ্রমলোমদ মমায় লৈশিন্দুনে চৎখ্রে। নকশিল্লক্লবদ শগোলদগী কুমথরগ আশ্রম মনুংদ চঙখ্রে। মনুংদ মকোম্ন চোম্নব মুনি অমা মমিৎ উইশিন্দুন লাই নিংত্নন লৈরমই। সুন্দর পুক্নিঙ ঈংন মুনি অত্নন মমিৎ পাঙথোকলকপ ঙাইহুন লৈরে। মুনিত্নন মমিৎ পাঙথোক্লক্লবদ সুন্দরন মুনিদুগী মখোঙ পায়ত্নন খুরুম্লে, মতুংদ মথুৎ লোম্নত্নন মুনিদুগী মমাঙদ লেপ্লুন লৈরে।

মুনিন হংলকই ঃ "নিপামচা, নহাকপু কনানো? মফম অসিদ করিগী-দমক লাকপনো?"

সুন্দর : "মুনিদেব, ননাই ঐহাক কাবল্যাপুরগী যুবরাজনি। ঐহাক ঋশক অমগী মতুং ইন্না মফম অহুমদং থিবা লাকচরিব্নি। মফমশিং অদুদি, মদিবাদনাপুর, মম্পাঙিপুর অমসুং নদীশীলাপুর হায়বসিনি। ননাই ঐহাক মফমশিং অসি কদাইদ লৈবগে হায়ব খঙজদে। মফমশিং অদু য়োনব মুনিদেবগী লমজিং পাউতাক নিজগে লাকচবনি।"

মুনি অদু সুন্দরগী লোথুপ লোকোইহৈ লৈতবা মত্তোদু উবদ থুংশিন্ন পোক্লে। য়োমোন তোরত্ননা হায়রকই : "ইবুংঙো, মফমশিং অদু মথংশিংনা নোংপোক্তা, অরাংদ অমসুং নোংচুপ্তা লৈ হায়বসিদগী হেম্না খংদে।"

সুন্দর ঃ "ভগবান! ভূত, ভবিষ্যৎ, বর্ত্তমান খঙবিরবা মুনিন খঙ-বিত্রবদি কনান ঐবু লম তাকপিগনি।"

সুন্দরগী অবাব অদু উবদ মুনি থুংঙাইত্রত্ননা অসুম্না হায়বিরকই "ইবুংঙো, পুক্নিঙ হম্ববা তোক্নগনু। মীওইবনা হোৎনবগী ঙমথৈ হেক

য়ৌরকপদ ঈশ্বরন হেক তেংবাংবিবনি। চীং অসি উব্রা? চীং অসিগী মতোন্দ গিরিমুনি কৌবা মুনি অমা লৈবনি। লমশিং অতুগী অকুপ্পা মরোল মুনি অতুনা নঙোন্দা তাকপিবা ঙমগনি। নহাক্না অশ্ববনগী অশ্ব-মুনিনা নহাকপু থারকপনি হায়ন মাঙোন্দ হঙ্গৎলু। অতুগনে চীং অসিদ শগোল ঙোংতুন কনাবুসু চঙহন্দবনি। শগোল অসি বন অসিদ থনম্মো, নহাক্না হল্লকপ মতমদা তেকত-কায়দনা মকম অসিদ অতুম লৈরমগনি। গিরি মুনিনা ধ্যান তৌনব ফমথক্রিঙৈদ নহাক য়ৌহৌবনা ফগনি। মঙ্গল ওইয়ু।"

সুন্দরনা অশ্বমুনিবু থুরুমমম্মগা অমসুং শগোল অদু থনম্মগ বনগী বাংমদ লৈরিব চীং অদু চেম চেম কাথৎখে। চীংদোন্দ লৈরিবা গিরি মুনিগী আশ্রমদা চঙলুবদদি মুনিনা মাবু ঙাইহুনা লৈরম্মগুম তৌখে। সুন্দরনা মুনিবু থুরুম্ব মতমদা মুনিনা হংলকই: "ইবুংঙো, মফম অসিদ নহাকপু করিগীদমক লাকপনো?"

সুন্দরনা মহাক লাকপগী মরম চাউরাক্ক হায়রে, অতুগা অসুম্মা তাপ্পরকই: "ঐহাক্কী বাশক থুংগদববদি ঐহাক্না মফমশিং অতু য়ৌবদা লৈরে। ননাই ঐহাকসু বাশকপ থুমনথ মাল্লে!"

গিরিমুনি: "ইবুংঙো, পুক্নিঙ হম্বা তৌগনু। তেংবানবা মপুনা মশাগী থৌদাং মশক থঙবা মীবু— মরু ওইনা ধর্ম্মগী থৌদাংদ,— তেংবাং-বিবনি। ঐন নহাক্কী নতেং পাঙগদবা হায়ববু মদিবাদনাপুরগী মফম তাক্কদব মঙাইরে। চীং অসিগী অরাংদা দ্বীপ অমা লৈবনি, দ্বীপ অদুগা থংননা মদিবাদনাপুর হায়বা লৈবাক অদু লৈবনি। নহাক্কী ওইদা লৈরিবা থোঙ-লম্বী অদু অসুম চংথগা সমদ্রু তোর্ব্বান য়ৌগনি। মফমদুদগী মদি-বাদনাপুর য়ৌবা জাহাজ হঙ্গৎ হন্দা চংলিবনি। নহাক্ক জাহাজ অমদ হেক্ক মদিবাদনাপুর য়ৌব য়াগনি। ঈশ্বরনা থৌজালবিবা ওইসনু।"

তাকপিরক্লিবা অতুগীদমক সুন্দরনা মুণিদ থাগৎ য়াঙাং থর হায়রে; মুণিবু প্রণাম কৎলগা সুন্দর থুনমক চীং অতু কুমথখিহনা সমত্ত্র তোর্ব্বান য়োরে। মতুংদা মদিবাদনাপুর য়োবা জাহাজ অমদা কাথৎখরে।

মতমতুদদি জাহাজশিংসে ঈথক অমসুং নুংশিংনা পুনিংবা মাইকৈদা পুরমই। ঈথক হোৌবা অমসুং নুংশিং শিংপা মতমদ জাহাজদ চৎপগী থৌনা লৈরবা মথোয় অতুদি থুদোং থীব মায়োক্নবগী থৌনা লৈরবনি। সুন্দরন তোংলিবা জাহাজ অতু নুমিৎ তরানিদি য়ু-ঙাওব মীগুম্ন হাইরং-হাইরংখে। তরামাথোইনি শুবা নুমিত্তা জাহাজগী লুচিংবা অতনা অসুম হায়ন যাত্রিকশিংদা থগুহল্লে— জাহাজ অতু চৎকদবা লম্বীদগী থৈদোরক্নে অমসুং থুদোং থীরব য়োৎচাবী-চীংগী মনাক যাম্ন নকশিল্লক্নে।

রা অসি তাবদ যাত্রিক পূম্নমক মিপাইনরে; মানা মানা নিঙজবা ঈশ্বর পূম্নমক নিঙনরক্নে, জা্নগী মকম পূম্নমক্ত লাই শোন্নবগী লাই মমিং তমক তাখে। পংকুই কুইথদনা জাহাজ অতু পোকথাইহন মচেৎ মচেৎ তারে, য়োৎকী শরুক মথৈন য়োৎচাবী-চীংদ চিংশিনখে।

যাত্রিক পূম্নমক জাহাজগী থবক তৌবা মী য়াওন সুন্দর নত্তনা ঈশিংদা য়াত্তাফম ওইখে। সুন্দরদি অতাউব বিম অমদা পায়হৌরগা অকায়বা জাহাজ অতুদা কাওরম্লগা লাপ্না চৎথোকহৌবা ঙমহৌই।

থুদোংথীব অসি থোক্লদব নোংম য়াৎলিউেদ জাহাজ অতু মদিবাদনাপুর যাম্ন নকশিন্ন চৎথি হায়ব সুন্দরন তাখি। নোংমগী মনুংতুদ নুংশিং অমসুং ঈথকন পুখোরকপগী হিসাব য়েংবদ মহাক মাগী লমথুংফম মদি-বাদনাপুরদগী পংলাপ লাপলোই হায়ন খল্লে। থমোই শোনব কনাগুম্ব অমদদি নিঙব কায়নিঙ্গাই ওইরবস্ন সুন্দরদদি মাগী লমথুংফম নকলে হায়ব ভাব অসিদ নুংঙাইরমই। য়োৎচাবী-চীংগী মাংমদ লম মচেৎ

অমগুম উন্নিব মাইকৈ অদোমদ কম্ম মাগী উতুপ অহু হোঞ্জিন্দুন চঙশিন্নব তৌরে।

মফম অদুদি দ্বীপ মচা অমনি। মহাক্ক মফমদুদ থুংব মতমদদি মহাক চোকথবন লেঙব ঙমদ্রে। তোর্ব্বান্দ লৈঙোই মথক্ত ঙাইহাক পোথারে। মতুংদ দ্বীপ অদুগী ময়াইদ চীংদুম মচা অম উরিব অদোমদ চঙশিনখ্রে। চীংদুম অদুগী মথক্ত উহৈ মখল মখল পাল্লব হৈকোল অম লৈরম্লে। হৈকোল অদুদগী চানিংব উহৈ কয়া হেক্ত্ুন পেনব মথৈ চারে। ইফুৎ অমদগী ঈশিং থক্তুন মাগী থৌরাংব কোক্লব মতমদ কোয়েং য়েংখিবদ হি অচৌব অম দ্বীপ অদুগী তোর্ব্বান্দ সমদ্রু মপান্দ হোঞ্জিল্লকপ উরে। থ্ুনমক মী কয়ামরুম হি অদুদগী কুমথরক্লে অমস্তুং পোৎ-চৈ মাল-চাং কয়া হোন্দোক্লরক্লগ চীংদুম অদোমদ চৎনথ্রে। সুন্দরন উ অমদ কাথৎলগ উনারক্তগী লোন্ন য়েংলকপদ উরে—চহি তরামঙারোমগী অঙাং অম অহল অমন শেন্নরদুন মীয়ামদ্গী মরক্ত মকোক থোংব মীওই ওইন তৌরি। মথোয় অনিমক মরল-মথ্ুম লৈব ইম্ুংগী মী ওইন তৌই। অতৈ অতোপ্পশিং অদুদি মথোয়ন পুরিব খুৎশু-খুৎলাই-শিং অদুদগী থঙব ঙমই: মথোয়দি উ-শুব, চেক-নূং শুবা অমস্তুং য়ুম-দলান শাবগী নোমুনা পুথোকপ কাঙবুনি।

মিকুপ অম ফাওব মাঙহনব তৌদন লাকইব কাঙবু অদুন চীং অদুগী মখোঙদ শঙ অম থুন শাগৎলে, লৈবদ নুংঙাইনব মচাক পূম্নমক শঙ অদুদ পুশিনখ্রে। হুমিদাংব্রাই য়ৌরকপদ মথোয়গী থবক লোইশিল্লদুন কাংব্রু অদু মথোয়গী হিদ তোংথৎনদুন পাল চিংথত্তুন হোন্দোকখ্রে। সুন্দরদ য়াম্না ঙক্ক থোকইবদি ময়াম হন্নখিব অদুগী মরক্ত অহল অমুস্তু ময়াওখি; তৌইগুম্বস্তুং চহি তরামঙারোমগী অঙাং অদুদি হনখ্রিব কাঙবু অদুগী মরক্ত য়াওখিদে।

সুন্দরন হি অদু চৎখিব ঙাইরে, হি অদুন মিৎকী মিৎয়েং তামথুবদ মহাক্ক উদগী কুমথরক্কুন অনৌব শাৰা শঙ অদোমদ লাক্লে, শঙ অদুগী অকোয়ব অদু চত্তুন য়েংলে। থোঙ অদু মনুংলোমদগী লোনব উরদুন সুন্দরন মদু থীল্লে, তৌইগুম্বসুং কনানসু হাংদোরক্কে। পুক্লিংদ চিংনব পোক্লদুন সুন্দরন নুং অচৌব অম লৌথত্তুন থোঙদুদ থাজ্জিনবদ থোঙ অদু কায়রে। সুন্দরন য়ূম মনুংদ চ্যেকশিন্ন চঙথে; মনুং অদু তরু-তরুই, মথং মনাঙ নাই অমসুং লৈবদ নুংঙাইগদব পোৎচং পূম্নমক লৈরমই।

শঙ অদুগী মতোন্দ লাপ্ন অঙাং অদু মাগী ফমুংদ হিক হিক কপলি, মমাই অদু মোনদ উপশিল্লি। শঙ অদুদ লৈরমলিব মতোমতনি। সুন্দর লাকলমদ্রবদি দ্বীপ অদুদ মতোমত ঙইগদবনি।

## ৯। গেরুৱা মচুগী ফিজোলবু তাথিরবা নিংথৌ

সুন্দরন মওল মওল খল্লকই। অঙাং অদু করিগী মতোমত লৈরিবনো? করিগী মহাক অদুম কপলিবনো? মাবু চৈরাক পীবিরব্রা? দ্বীপ অদুদ মাবু থাঙদোকপিগন থম্লিব্রা? অদুবু মাগ লোয়নরকপশিং অদুদি লৈবাক মচা তাব মতৌ মাল্লি। মহাক্না অৱাবা তাব ওইরবদি সুন্দরন অৱাবা কোকপিনবা মী ওইগদবনি, অদুদা মহাক করিগী থোং হাংদোকউ হায়ব য়াল্লিবনো? অদুগা অমুকসু শঙ মহুং চঙলক্রবা সুন্দরদ করিগী মমায় হায়গত্তুনা য়েংলকত্রিবনো?

"ইবুংঙো, তারিব্রা? ইবুংঙো!" সুন্দরন অঙাং অদুবু কৌরমই। তৌইশুঙসুং অঙাং অদুদি কপ্প হেনঙ্ঘংলক্লে। অঙাং অদু কপ্পদ মমিং পোমথংলে, মখোলসু তারে। সুন্দর অঙাং অদুগীদমক য়াম্ন সুংঙাইত্রে।

সুন্দর তাব তারক্লে; অঙাং অদুনা মহাকপু দ্বীপ অদুদ লৈবা ভূত, রাক্ষস নত্রগা ঈশিং ডাকু ওইনা খল্লম্নগনি। অসুম খল্লদুনা সুন্দরন অঙাং অদুগী মনাক চঙশিল্লগা মরেংজুম পায়দুনা হায়রকই: "ইনাও ইবুংঙো, ঐঙোন্দা য়েংলকউনে, ঐহাক নহাকপু মাঙনবা তৌগদব নত্তেনে। নতেং পাঙগে নিঙইবনি।"

অঙাং অদুন মোন্দগী মমায় হাইগত্তুনা মমিত্তু পিন থুমহৎলদুনা সুন্দরদ য়েংলমই। থাজবা পোক্লদুনা মপি তৈথোক্লগা সুন্দরদা হংলকই: তাদা নহাকপু কনানো, করিগী অসিদা লৈরমলিবনো ঐঙোন্দা মদু অমুক্ত তাকপিথো।"

"অদুবুদি হায়দদিকো," সুন্দরনা খুম্লকই। "ঐহাক অরাপ্প লৈবাক অমদগী থবক অমদগীদমক মদিবাদনাপুর য়োগে লাকপনি। ঐনা তোংলকপ

জাহাজ অদু সমদ্রু ময়াইদা কায়খ্রে, ঐহাক উকক অমদা নপহৌত্নুনা হিংহৌবনি, উকক অদুগী মপান্ন ঐহাক তোর্বান অসি য়ৌরকপা ঙমখ্রিবনি। ঐনা উম্মুং অসিদ উহৈ চারিঙৈদা নহাক্কী কাঙবুনা ছিদগী কাথংলকপ, মতুংদ শঙ অসি শাবা উরে; ময়াম হন্নখিবা মতমদদি নহাক য়াওখিদ্রে ঐদি নহাকপু বন্দি থম্বিরবোই থম্লবনি, অদুনা নহাকপু থাদোকপিগে থম্লম্বনি। ঐনা নহাক্কী থোঙ অসি থীল্লবা মতমদ নহাক্ক থোঙ হাংদোক্ত্রুনা ঐহাক্ক থোঙ থুগাইরগা ননাক্ত চংলকলিবা অসিনি।”

মদু তাবদা অঙাং অদু চিংনবা কোক্ত্রুনা খোমোন নোকখি। হায়রক্কই, “তাদ ঐহাক অসিদ বন্দি ওইন লৈবা নত্তে। ইপানা ঐবু দশা নাম্হোক্কনবা হায়দুনা অসিদা থৈদোয়কপনি। ঐগী ইপাদি লাক্ষপতিনি। ঐথোয় ঈশ্বরপুরীদ লৈবনি। পাঞ্জিশিংনা ঐহাকসে চহি তরামঙা হেক শুব মুমিত্ত, ময়াম্বুং তরুক মীশি চুমদনা শিখ্রবা য়ুবরাজ অমগী মথুক্তা থবাই থাগনি হায়রে। অদুনা.... .... ... ....”

ৱাহৈশিং অসি তাবদ সুন্দরন ফংহৈব থমোই শোকপ মওং অদু পাবিরিবশিংন থন্দুনা য়েংবিয়ু।

“অদুন ঐগী দশা অদু নাম্হোকখিনবা ইপানা ঐবু অচৌকপা মী তাত্রবা দ্বীপ অসিদা থৈদোরক্লিবনি। ঙসিদগী তরেৎনি শুব মুমিত্ত ঐহাক চহি তরামঙা মপুং ফারগদবনি। নিপান্নি শুব মুমিত্ত বাবান ঐবু লৌরগনি।”

সুন্দরন ওইথোক্লোইদব মওং ওইন থনবদগী নোক্লিংব পোক্লমই। মশক ফাওব থঙদ্রিব অঙাং অদুবু মানা করিগী হাংলুগনি? মাগ মাম্নব অতোপ্পা য়ুবরাজ অমা ওইরম্লবদি মহক্ক মথাই য়োম্হোক্ত্রুনা অঙাং অদুবু কম্লবা হোৎনগনি। পাঞ্জিশিংনা হায়রিব য়ুবরাজ অদুগ মহাক্কা মপা চানৈ হায়বসি অঙাংদ্রু অকিব পোকখিনি থনবদগী মহাক্কা হায়দোক্তে।

মথোয় অসি য়াম্ন চাম্লব মরুপ ওইরে। মথোয় অনি থোকঅব য়াব দশা অদু কাউথোকপ মথৈ সুংঙাইন লেপ্লে। তরেৎনি শুব সুমিত্ত অঙাং অহন হায়বকই: "সুমিৎ তাখিবগা লোয়নন৷ ঐহাক্কী থোয়রাংব, লাংতক্কবা মতম লোইখ্রগদবনি। হয়েং অয়ুক্কি বাবান ঐবু লৌব লাক্লগনি। তাদ নহাক ঐথোয়গ ঐথোয়গীদ চৎনুসিকো, মকম অসিদ সুমিৎ মরিনিদং লৈবসিদ ঐথোয় ইচিন ইনাওদগীসু হেল্লবনি।" সুন্দরনা পাউথুম ওইন মোমোন তৌরমই।

সুথিলগী মতমদ য়াম্ন ওলাংলদুন সুন্দরন অনকপ য়ুবি পাম্বী অম কাখৎলগ য়ুবি অনৌব অনি হেক্লে। মহাক্ন য়ুবি অদু থোক্কব হোৎনবদ মথুংগী থাং অদু নাম্বোকখিদুন অঙাং অদুগী মথবাক্ত য়ুংলুরে। অঙাং অদু ঈন ওয়ো-ওয়ো শিন্দুন পুংনুপ লপ্লে, য়া অম কাওব ঙাংলমদন শিরে।

ভাব তাদন থোকখিব থৌওং অসিদ সুন্দর জ্ঞান তাখিল্লে। করি তৌগদগে হায়ব থওদন মশা থক থক নীকখ্রে, হুমাং কাংখ্রে। কনাসু লৈতব দ্বীপ অসিদ মহাক্ন অঙাং অদুগী উপাই তৌব ওমরোইদব ফিভম শসিদ মহাক কপথোরক্লে; "ও মরুপ! নহাক্কী অসিগুম্ব দশা অসি ঐগী ইথুক্ত অয়ুম্ন থোকখিবনোকো? নহাকপু ঐগী ইনাওদগীসু হেল্লবনিকো! অসিগুম্ব পাপকী থবক অসিদগী ঐবু করম কোক্কদগে? হে লাইবক! করিগীসু অসিগুম্ব মরাল অসি ঐগী শরুক ওইন ইবিরিবা! হে ঈশ্বর! ঐহাকপু করিগী মীহাৎপা ওইহনবিরিব!"

পুক্রিঙ কায়গ মরাল লৈজদ্রব অঙাং অদু কোনখত্তুন মাগী ফমুংদ থাঙ্গৎপিরে, ফমুং মনাক্ত অঙাংদুগী মমায়দ য়েংদুন লেপ্তুন লৈরে। অঙাংদুগী আত্মা শান্তিগীদমক মহাক্ন ঈশ্বরবু ধ্যান তৌখি।

মতুংগী অয়ুক্তদি অঙাং অদুগী মমা-মপান মাবু লৌবা লাক্লগনি। মথোয়ন থুংলবগ মথোয়গী নুংশিজরব মচা অদুদ থোকলম্মিব দশা অদুদ

মখোয়গী অহাৱা নিংবে বায়ব ফোংদোক্লগদব মওং অমত্তং মঙ্গক থংদব মীহাৎপ তত্ত্ব কিন্দা ৎৌরংদব মওং অদু সুন্দরন মপূক্লিংদ লাকশিনহুন উব ওয়মই। মদু থল্লবদ সুন্দর থমোই কায়খ্রে; অদু ওইদুনসু মহাক্ত করি তৌরুনি? থোইনদুম মাগী ফিরেপ অমসুং মহাক্ত তাম্লরক্লিব হিরম অমদ অকায়ব থোকনিঙাই ওইরগনি। সুন্দর মথাই মুংচোইতুন অঙাং অদুবু থাদোক্লমহুন ঈশ্বরন তঙ্ঘ হায়বতুনি হায়ন থোরক্লে। কাইনরু তম্ব হায়বসিদি কবপ য়াদদনা হায়বসি অন্ন-থম্ম উমুংলোমদ চঙলক্লে।

অঙাং অদু লৌরগদ কাওবু অদু থুংলরগনি হায়ব নিঙবদগী সুন্দরন উথক্ত কাথৎলগ লোত্তুন লৈখ্রে; অহিং অদুমা উথক্ত অদুম লেপ্লে। অমুক অঙনবদ কাওবু অদু তোর্বান্দ থুংলরে। হিথক্তগী ফল ফল চোংথোকনরক্তুন হরাওন অমসুং আশা চাউন চৌংদুম অদোমদ মখোয়ন শারম্ব শঙ অদু তান্ন চেল্লরক্লে। শঙ অদুগী থোঙ অদু থুগাইরম্ব উবদ চিংনব পোক্লরে; মনুংদ চংলগ অঙাং অদু মথবাক্ত চুরি অমগ ঈ মরক্ত ওন্দুন লৈরম্বদু থেংনরে।

অঙাং অদুবু পোকপ অহল অদুগী অরাব ঊদাদ কার হায়ন শৌংথারুনি? মহাক্ত মরাইবক অদু কাংথোন্দ গম-গম য়ৌশিন্দুন মমা শিথুব অঙাং মচাওম কপলক্লে। লাকমিল্লরিবশিং অদুন অথোংপ ব্রাইহেন পেমজিলশ্মী। সাইথরু তম্ব হায়বসে ঐখোয়ন ওৎমথৈ ভাবথোক্লব হোৎনজরবসু কদোইহেদনু ববপ য়াব পোৎ নত্তে হায়রদুন অহনদুগী মপুক্লিঙ ফানব হোৎনরমই।

মফম অদুদ অঙাং অদু সংস্কার তৌরম্লগ কাওবু অদু হনখ্রে। সুন্দর উথক্তগী হৌজিক কুমথরক্লে। মীওইবগী সমাজগ লৈনরম্ব মরী অদু হৌজিক্তি অমুকসু তুপখ্রে। তৌফম থংদ্রেদুন মখোঙনা পুব মাইকৈরোমদ উমুংলোমদ চংখ্রে। অসুম্ন মতম থম্ন চংফম থংদন, কনাগুম্ব

অমগ থেংনগনি হায়ব আশা উদন চংলক্নে। ঈশ্বরদ থাকৎপ হৌরক্নে। তাঙ্গা অসিদ শক্তি শঙ্গ্ অম শক্তিক চাদ্নন লৈব উরে। মহৌশান শক্তিশিংদি ঋষিশিংগী আশ্রম মনাক্ত লৈগল্লি। মরম অসিদগী মহাক্ন মফম অদ্রাইদ কোয়থি থিরকপদ আশ্রম অম থেংনরে। মহাক্ন আশ্রম য়ৌরকপ মতমদ সন্ন্যাসী অমু মমিৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌরমলি। সুন্দরন মুনি অদ্ মমিৎ পাঙথোরকপ ঙাইদ্নন লৈরে; মমিৎ পাঙথোরক্লবদ মহাক্ন মমিত্ত মপী তারদ্নন দণ্ডবৎ কৎলে।

মহাক্ন হৌগৎলক্লবদ মুনি অদুন হায়রকই; "ইবুংঙো, নিপামচা, নহাকপু অরাব নংলব ওইনা উই, করিগী থারিবনো? হুংঙাইথোকউ ইচাসিদি! ঈশ্বরন নহাকপু থৌজানবিগনিদা। নহাক কনানো, মফম অসিদ করিগী লাকপনো হায়বদো ঐঙোন্দ হায়রোদনা।"

সুন্দরন মাগী মরম পুম্নমক—ময়াম্বুং তরুক শিথিব অমসুং মাহাক্ন পাঙথোক্নে থল্লিব থৌদাং পুম্নমক মুনিদুদ তক্লে।

মুনিদন মাগী থা পুম্নমক অমু মুন্ন তারে; তারবদ মহাক সুন্দরগীদমক হুংঙাইতরে। হায়রকই: "ইবুংঙো, নিপামচা; নহাক্কী নয়াম্বুং তরুক অমসুং চিন্তামণিগী মথুত্ত প্রাণ থাখিবশিং অদু, মথোয়গী মশা অমু মাঙখিদ্রিবনিনা, হিঙ্গৎপ য়াননবগী লম্বী অম ঐহাক হায়গে। মফম অসিদগী থর চংলগ কালিমাতাগী মন্দির অম লৈবনি। পুক্নিং হকচাং অমত্ত ওইনা কালিমাতাবু থুরুমজতুনা নিঙজরবদি নহাক্ন শিথুব নিংথৌমচা ৯৯৯ অমু হিঙ্গৎহনব উপাই তাকপিরক্নি; মথওদ নহাক্ন লম্বী অদুদ অদুম চৎথ্রবদি পুং অমগী মনুংদ মদিবাদনাপুর য়ৌগনি। হায়গদবা অমন নহাক্কী ফিজোল অমু গেরুরা মচুগী ফিজোল হোঙদোকউ; মতুনা নংগী নতেং ওইগনি। মঙ্গল ওইয়ু, ঈশ্বরন থৌজানবিসনু।" অসি হায়রগ

মুনি অতু ধ্যান অমুক তৌখ্রে। সুন্দর মুনিদু খুরুম্লগ থুন-য়াঙন মঙোন্দ তাক্লকপ লম্বী অদোমদ চৎখ্রে।

মতম থরদংগী মনুংদ সুন্দর কালিমাতাগী মন্দির য়ৌরে। মন্দিরগী অকোয়বদ কালিমাতাদ বলি কৎখিবগী শাগী মচী, শরু অমসুং মকোকন ইচাই চাইন তারি। মন্দির মনাক্ত পুখ্রি অম লৈ, পুখ্রি অদুগী অকোয়-বদ মপাল শাংপ উ, লৈ পাম্বী কয়া হৌরি। সুন্দরন পুখ্রি অদুদ মশা শেংদোক্লে, লৈ থর হেক্লগা কালিমাতাবু পুক্নিং অনি লোঙদন পূজা কৎচরে।

ঙাইহাক লৈরগ মশক থঙদব খোঞ্জেল অমন অস্থুম হায়রকই: "নিপামচা! নহাক্ন নিঙব অসিদ ঐহাক পেল্লে। চিন্তামণিন হাৎখিব নয়াম্বুং তরুক অমসুং অতোপ্প যুবরাজশিং অদু মশাগ মকোক্ত চাশিন্দুন থম্লগ ঐবু নাংলক্লবদি মখোয় তুম্লবগী হৌরকপগুম মথ্রাই ফিংগৎলক্কদবনি। নহাক্ন তৌজব পূম্নমক কান্নরগনি।"

য়াইহেশিং অদু সুন্দরনদি স্বর্গদগী অমৃত থিকথরকপগুমখ্রে। অহানবদ তারিব অদু থাজরুদ্রবস্নু মফম, মতম অদু থল্লুবদ অশেঙব বাণী ওইন থল্লে। হন্ন হন্ন দেবী অদুবু দণ্ডবৎ কৎলম্লগ সুন্দর অমুক চৎখ্রে।

নুমিদাংৱাই য়ৌরকপদ অরাপ্পদ মহাক্ন সহর অম লৈনবা খুদম, ফুরা দলান অরাংব কয়া থিঙ্গত্লুন লৈরিব অদু উরে। উরিব সহর অদু মদিবাদনাপুর ওইব তারে হায়ন থল্লতুন মহাক্ন সন্ন্যাসীশিংন শেংনব গেরুৱা মচুগী ফিজোল হোংদোক্লগ থুন য়াংন হরাওন মাগী লমথুংফম য়৳নব চংলক্লে। সহর অদুগী মথাই য়ৌশিল্লক্লবদ মহাক্ন সহর অদু মদিবাদনাপুরনি হায়ব থঙলে। অহিং ওইশিল্লক্লবদ মহাক্ন মাগী মমাঙদ উরিব ইংখোল অমুদা অহিং লেল্লগে থল্লে। মহাক্ন ইংখোল অদু চঙলগা কোয়েং

য়েংবদ মী ফন্নব যাল ঙশাংব অম উরে। যাল অদুগী মথক্তা মফি থর য়াওরিব অতু থাদুনা হিপথরে।

মহাক মমিৎ উইশিনফাত্রি কনাংগুম ঙমন মাগী মমোংচুম পায়দুনা হায়রকই: "ওহোই, কনানো নহাকপো? করিগী অসিদ হিংবদবগী তৌরিববো? মহৌ অসিদদি সন্ন্যাসীশিং চঙহনদে। সন্ন্যাসী অম লৈরে হায়ব নিংথৌনা থৌথিবদ নিংথৌন নংবু ফাংন্দুনা বন্দি থমখিগদবনি। দারোগান ফাত্রিবগুদ মফম অসিদগী চেনখ্রো।"

"এ! ঐদি থত্তেদেদরা, মফম অসিদ ঐদ মীনোনি। সন্ন্যাসীশিংবু করিগী চিংনরিবনো? মখোয়দি শেঙলব মীওইনি, ভারতকী মফম পুম্নমক্ত সন্ন্যাসীশিংবুদি ব্যবহার তৌনরিবনি।"

"মরুপ, নহাক্কীদো লাক্লে; ঐখোয়গী নিংথৌদি সন্ন্যাসীশিংব য়াম্ন য়েংথি, মরমদি চহি তরাতরক্কী মমাঙদ ঐখোয়গী নিংথৌন চুক্কচনব মশক ওইরবা সন্ন্যাসী অমা থেংনখি। মহু শাংথরব য়ারীনি। নথাই হিংনিংলবদি মতম লৈরিঙৈদ মফম অসিদগী নপোৎ য়োমদুন চেনখ্রো।"

সুন্দরন খুমখই: "মহাশয়, ঐ হয়েং অমুক ভক্তা চংথিগে; ঐহাক্কি মফম অসিগী কন্বী ঙমদ্রে থত্তদে। মতম অদু ফাওবাদ ঐবু মফম অসিদ পলহনবিয়ু।"

মতৌ অসুম্ন সুন্দরদ বিনব য়াঙাং শীংকুরিব নিপা অসি হংখোল অদুগী মালীনি। মহাক থোজাল লৈব মীওানি অমসুং পুন্সিদ অম্বাব কয়া নওলক্লব মীওইনি। মহাক্না হায়রকই: "নহাক্কী গেরুয়া মচুগী ফিজোল অসি হায়না অমুক্ত হোংদোকখো; মদু নহাক্কী থাউ মন্নংদ হাপচিন্দুন থমখো। অতৈ ফুরোপ্প ফিজোল অম হোংদোর্ন্নগ ঐগী ইতুং ইহূকউ। ঐহাক্ক চারপাই অমগ মোন অমগ পীগনি, চুম্বাদ ঐগী

মাংঙ্গোলব তুম্ব তাই। মকম অসিদি লিন য়াম্ন লৈশ্রবনি। থুরক্লো, লাক্লো।"

মালী অচুগী পাউতাক অচু সুন্দরন চপ-চান ইল্লে। য়াম্ন চোকথরবা তুংদ মহাক মালীচুগী মাংঙ্গোলদ চারপাই মথক্ত মুংঙাইন হিপথরে। মহাক্ন তুমথদ্রিঙৈদ মালী অচুগী মুমীন মালী অচুদ অমুম্ন হংলকই; "নিংথৌন লৈবাক অসিদ সন্নাসী লৈহনদ্রিব অমসুং চঙহনদ্রিব অসিবু করিদগীনো?"

মালী; "মচু শাংথ্রব ৱারীনি; নহাক তুমনিংদ্রবদি ৱারী অমু ঐ লীগে তাও।"

সুন্দর তুমিম্ন হিপ্পুন লৈব ঙমথিদ্রে। হিপ্নমবদগী হোৌগত্তুন থোংনাও ময়াদ চঙশিন্দুন মালী অচুন লীব ৱারী অদু মনা থাঙ্গৎতুন তারকই।

মালী অদুন মথাগী ৱারী অসি লীরকই।

# ১০। কীর্ত্তিশীলাগী থমোয় হুখিবী যুবতী

হৌজিক পাল্লিব নিংথৌ অসিগী মপা ইবুংঙো উত্তমকেতুন পাল্লিদৈদ লৈবাক অসি অরা-নুংঙাই কয়ামুক নংলমই। উত্তমকেতু মহারাজগী রাণী চামা লৈরমই, অদুবু মতম কুইন মহাক মচা ফংলমদে। মরম অদুদগী মহাক উমংদ লেঙদুনা তপ তৌথে। মহাক্কী তপতা পেল্লদুনা ঈশ্বরনা মাগী মমঙদ অমুম্ন তাকপিরমই মহাক্কী রাণী খুদিংমক মচানিপা অমমম ফংজরগনি হায়ন। মহারাজ পুক্নিং নুংঙাইন কোন্নুংদ লেঙলক্লে।

মতম খর লৈরগ রাণী পূম্নমক গর্ভ পুবগী খুদম উৎলক্লে। ক'র মরমদগীনো রাণী পূম্নমক্ক রাণী ইহন হনবী অদুবু কল্লক্লমই। নিংথৌ মাইবন মথৌ ওইন রাণীশিংগী মপা য়েংলকপদ রাণী অহনদি গর্ভ ধারণ ওইদ্রে হায়ন নিংথৌদ হঙ্গৎপিনব মথোয় পূম্নমক্ক মঙোন্দা মনা-মথুম পীদুন তকশিল্লমই।

রাণী অহন অদুতমক গর্ভ ধারণ ওইদ্রে হায়ব তাবদ উত্তমকেতু মহারাজন রাণীবু পেন্দব পোক্লে; অদুন মহাকপু বন্দ থাদোকহল্লুরগে খল্লে।

নিংথৌনা মসিগী রাসি তাম্নরিব মন্ত্রী অদুদি য়াম্ন খঙ-হৈব পণ্ডিত অমা ওইরদুন থোকইব রা অদু লৌতুনব মঙং মাল্লমই। মহাক্ক রাখল তৌরকই রাণী ঌঌ মক ঈশ্বরগী থৌজালন গর্ভবতী ওইরবদ কন্নিগীদমক রাণী অমতংদি ওইরোইদৌরিবনো? মরম অসিদগী মন্ত্রী অসিন রাণী অহন অসি বন্দা থাবগী মহুত্ত নিংথৌগী ময়াম্নং ইবুংঙো মথুরাসেনগী কোন্নুংদ থাখিনব হঙ্গংলমই।

উত্তমকেতু মহারাজন মন্ত্রী খুজিল অসি য়ারত্নন রাণী অহনা অদুবু মথুরাদ থাখে। মথুরাগী কোন্থংদদি রাণী অসি রাণী অমদ [illegible] [illegible] ব্যবহার অমসুং সেবা অদু ফংদ্রন নৈরম্মী।

রাণী [illegible] অদুন মচা ইবুংঙো অমমম ফংনব মতম অসিমক্তদ রাণী অহল অদুসু মথুরাদ মচা ইবুংঙো অম ফংখি। নিংথৌ মথুরাসেনন মতম চান উত্তমকেতু মহারাজদ মচা ইবুংঙো অম পোকপগী পাউ থারক-লম্মী। উত্তমকেতু মহারাজ পাউ অদু তাবদ পুক্নিং হরাউরমই অমসুং মহাক্কী মন্ত্রীখুত্থ মচু তাব পাউতাক পীখিবগীদমকসু থাগৎলমই।

মচা ইবুংঙো [illegible] ফংজরব উত্তমকেতু মহারাজন মচা নৈজব্রব মথাখৎ মথুরাসেনদ অডাং অদু ময়াম্মংগী [illegible] [illegible] য়ারগনি হায়না পাউ হনখিরমই। ময়াম্বুং মহারাজ মথুরাসেন [illegible]; অডাং অদুবু পুংশুংগ ওইনা যোক্রে। মহাক্ক অডাং অদুবু [illegible] [illegible] [illegible]। নিংথৌ-মচা অমনা নরকার [illegible] মটৈ পুন্নমক [illegible]। [illegible] [illegible] মহাক্ক [illegible] পিজা পুন্নমক মচু [illegible] হৈরে।

নোংমদি মথুরাসেনন উত্তমকেতুদগী চিঠি অম ফংজারে। চিঠি অদুগী মরোইবদ অসুম্ন ইখি: "য়াম্মংনে যোকপিরিব অডাং [illegible] [illegible] শ্রীশীদ নৈরিব মচিন-মনাও [illegible] অসিগুম পৌনা করমগদ্র হায়না [illegible] [illegible] [illegible] অচুনপ পোকচে!"

মথুরাসেনসে মহাকমকপু হেক পোকপা মচা ইবুংঙোনি হায়না থম্মুনা নৈজরবা সত্যশীলাগী মথুক্তা চিঠি অদু তাক্লে। চিঠি অদুগী মরোল অদুদ সত্যশীলা শাউবনা মৈ হোৎরে। সত্যশীলাবু থেমজিন্দুনা নেমথহলগা মথুরাসেননা মহাক পোকখিবগী মওং অদু তাকপিরে, অদুগা

মহাকপু য়োকননবগী মমাঙতৈদা উত্তমকেতুনা পীরকখিবা চিঠি অদুসু মাবু য়েংহল্লে।

সত্যশীলাগী ওমোইদা য়াম্না নুংঙাইতবা অমা ফাওখি। মহাক্কী নুংশিরবা মমাসিবু মহাকপু হেক পোকপ মহারাজন অচোম্ব ফিভমদা থম্বিখিব! অমরোমদা খুদোং থীরবা মতমদা মথুরাসেন মহারাজনা মমা ইবেম্ম অমসুং মাঙোম্দা তৌবিখিবা থৌজাল!! মমৈদা মহাক্ক উত্তমকেতু মহারাজগী মমিত্তা মশক লোত্তুনা চৎলগা অচুম্বা মশক খঙহন্দুনা মাগী দাবী উৎকে নিঙলে। মহাক্ক বাখল অসি ফোংদোক্তুনা মথুরাসেনদগী মদিবাদনাপুরদ খোঙ শান্নবা য়াথং নিজরম্মী।

অহানবদা নিংথৌ অমসুং রাণীশিংনা মহাক্কি মথুরাগী সিংহাসন্দ ফমহনুনা নিংথৌ ওইরগদবনি হায়ন চৎহন্নিংদবা ফোংদোক্লমই; মমৈদদি সত্যশীলাগী লেপথ্রবা পুক্নিঙ অদু য়াবা তারম্মী। নিংথৌ, রাণীশিং অমসুং মাবু পোকপা মমাবু থুরম্লগা মহাক মদিবাদনাপুররোমদা শগোল তোংহনা যাত্রা তৌরক্লে।

মহাক্ক মদিবাদনাপুর য়ৌরকপ মতমদা লান কম্না শোক্লরম্বা থেংনরে। য়েক্লবনা মদিবাদনাপুরগী লানবন অদু থুগাইগদবগী কম্না হোৎনরি, উত্তম-কেতু মহারাজ অমসুং মচা ইবুংঙো ৯৯ না থৌনা ফনা লানবন অদু ঙাকপ হোৎনরি। লাঞ্জংলকপা য়েক্লব লান্মীগী মশীংনা ঙাকলিবা লান্মীগী মশীংদগী শরুক য়াম্ন হেনব মহাক্না উরে। মিকুপ অমা ফাওবা পম্বা তৌদন সত্যশীলান শগোল থৌজিনখিনুন থৌনা ফবা অমসুং থাঙগী হৈ-শিংব উত্তুনা য়েক্লবগী তুংলোমদগী লাঞ্জংলক্তুনা য়েক্লববু তানথাইরক্লে। মাগী লম্বীদ লৈরম্ব য়েক্লব মথৈ হাৎলক্লে। মতৌ অদু উবদ য়েক্লব লান্মীশিং

অহু তৌকম খঙদনা কায়হুনা চেন্নখে। উত্তমকেতু মহারাজনা সত্যশীলাগী থৌনা ফবা মতৌ অহুদা শুকৎপা পোক্লমই।

য়েক্লবা লান্মীনা হেক চেন্নখিবগা, মচা ইবুংঙো ১৯ না য়েক্লব থিংনবা করিস্থু তৌবা ওমদ্রবদা য়েক্লব লান্মী তেঙ্গোল অমবু মতোমতনা তানথাইখিব অহুগুম্বা মশক খঙদবা লান্মী অহুবু উত্তমকেতু মহারঞ্জন কৌহল্লুরে। নিংথৌনা হংবদা সত্যশীলানা হঙ্গৎলকই: "ননাই ঐহাক্তি মথুরাদা লৈজবনি, ফয়াইবা অমগী মচানি। ইমিংনা কীত্তিশীলা কৌজৈ। থাও, তা, শগোল, লানগী বিদ্যা খজিক্কুং তমজহৌই। ননাই ঐহাক মহারাজগী দরবারসিদ থবক অমতং (ফম অমতং) ফংজগদ্রা হায়দুন লাকচবনি। ঐনা যৌঙ্গরকপদ লান তৌনরম্ব থেংনজহুন ঐনা ভমজবা থরদং তেংবাংজবতনি!"

নহা অসিগী মশক অমসুং নোক্লকপা মওং অসিদা উত্তমকেতু মহারাজ শুঙ্কৎখে। নিংথৌন মহাক খুদক্ত সেনাপতি হাপলে অমসুং মহাক্কী মচাইবুংঙো ১৯ বু লানগী শুখুৎ-খুৎলাই তম্বিনবা শিন্নরে।

অহুনা কীত্তিশীলানা— কীর্ত্তিশীলা সুম মহায়খিসি— নিংথৌ মচাশিং অহুগী ভার লৌরে অমসুং মথোয়বু লানগী খুৎশু-খুৎলাই তম্বিব হৌরে। অহুবু নিংথৌমচা ১৯ অহুনদি মওং অমা ওইনা খল্লমই।

ভম্ব হৈব-মখৈ তম্লবদ মথোয়ন অসুম খন্নবে— কীর্ত্তিশীলা লৈম্নিবা মখৈ মথোয়গী মপাঙ্গল, মথৌনা, মহৈ উৎননবগী খুদোংচাবা ফংলগ্নোই। অহুনা মথোয়না কীত্তিশীলাগী মাঙননবা খজিল অমা তৌবা জাই। মথোয়না নোংমা মথোয়গী খুৎলাঙ্গ শুরুদগী, হায়বদি কীত্তিশীলাদগী ছুটী লৌরগা মথোয় পূন্নমক শগোল তোংহুনা কোয়খে। মথোয়ন খন্নরিবদি মুমিৎ তরানি শুকহন হল্লজন অহুম লৈথোকখিবা, মহুদা নপাবুং নিংথৌন

কীর্ত্তিশীলানা নমথাক তৌদুনা মখোয়বু খুদোং থীবদা তানবা খুজিল তৌদুনা থাদোকখ্রবোই খনগনি অমসুং মহাকপু শোয়দমক প্রাণদণ্ড পীরগনি অসিনি।

মখোয়না খুজিল তৌবা অতুগ চপমান্নবা থোক্লরে। মচাশিং অমত্তা হল্লক্রবদ কীর্ত্তিশীলানা খুজিল তৌদুনা মচাশিংদু মাঙননবা শীল্লবোই হায়না নিংথৌন খল্লে। নিংথৌনা কীর্ত্তিশীলাদা লাউরকই: "নহাক্ল হয়েং শাওবগী মতুংদা মখোয়বু পুরক্রবদি নহাক কোক্নোইদ থৃদুনা যানগদবনি।

কীর্ত্তিশীলা, শুকথরদুনা মনাওশিংবু খিব শগোল তোংদুনা থোরক্লে। মহাক্নদি মনাওশিং অদু মাঙোন্দগী লৈথোকখিননি হায়না করিস্থ চিংনরমদে। কুম্মিং কথানিমুক চৌং, ভুরেল কপা শাল্ল মনাওশিংগী থোঙ্গুল লৌবকপদ নিঙ্গা চৌংশাংদ থংওরে। মহাক্কী থোঙ্গুল লৌবগী লম্বৌমু থমখ্রে। কদোমদ চংকদগ হায়ন কোয়েং য়েংবদ সন্ন্যাসী অমন চৌংলগ্ৎ লম্বী মতৌন মাপ্লব অমদ থুন চঙ্গশিনখিব মহাক্ল উরম্মী। অনৌব অশাগ লোয়নন কীর্ত্তিশীলান সন্ন্যাসী অদু দি উঃলনন শগোলদগী চাংথদুন মতুং ইনখ্রে।

নীংশুংহুৎ মতুং অদু য়াক মগলম্মী; কীর্ত্তিশীলা মা-মাদুন চঙ্গলম্মী। য়ম চৎলব মতুংদ অহোব অমমগী মঙ্গোল ফংদুন জোঙ্থোরক্লে। অহোব অদুদ থোকখিবদদি মহাক চৌংন পৃমকোয় কোয়শিল্লব খুদেং শারব, মচৈ-মবোং চুম পাল্লব, পুক্কিং শুঙ্কৎনিঙাই ওইন নাংখিজরব তম্পাক অমদ তারুরে। তম্পাক অসিদ লুরব ঈশিংগী ঈচেল মচা অমসু লৈ।

মহাক লম অদু মুম য়েংবদ পেতক তৌব মকমদ শগোল থোঙ্গুল উরে। মহাক্ল শগোল থোঙ্গুল মতুং ইম্ম অহুম চৎলকপদ শগোল চাম-থোম মনা পূংব উপালগী মকমদ অজিক চাদুন লৈব উরে। চঙ্গশিন্দুন য়েংবদ শগোলশিং অদু উত্তমকেতুগী য়োহৈব নম্ব শগোল ওক্ত ওইরমক্লে!

মহাক চুম্ন খোঙ্গুল লীরুরেদ্রা ! অতোপ্প নাকল অমদ মাগী মনাওশিং শিরব মতৌগুম নাপী মথক্ক মখোঙ মখুং তিংখোক্লুন তাহুন লৈব উরে। মাগী মথাই চাকপী হায়বতু ওইরে।

তাঙ্গা অসিদ মশক উরুব্রেব সন্ন্যাসী অদু অতোপ্প নাকন্দগী খোরকপ উরে। কীর্ত্তিশীলান সন্ন্যাসী অদুন মনাওশিংদ করি তৌবগে হায়বদু য়েংনব উজাও শমগী মকুম লৈশিন্দুনা লোত্তুন লৈরে।

সন্ন্যাসী অদুন মনাওশিং অদুগী মনাক্ত চংশিনখ্রে, যাদুগী চৈ অমন মখোয় থুদিংগী নাগোন ময়াদ হাইরে, অদুম তৌব অদুদ নিংখোমচাশিং অদু ফমলে, পৌইগুববুং মখোয় লেতেবদি ওমম্মদে। মখোয় অনম্ব চুব মওংদ লৈরমই। সন্ন্যাসী অদুন উইহে কয়ামরুম হেকপুরগ মখোয়বু পীজরে, মতুংদ ইচেন মচা অদুদগী ঈশিং শোল্লুরগ পীবরে। অদুগী মতুংদ সন্ন্যাসী অদুন মাগী যাদুগী চৈ অদুন নিংখোমচাশিং অদুগী মমাঙদ অমুক হাইরে। মতুংদে মখোয় অশিবগুম অমুক তাখ্রে।

পূম্নমক অসি উবদ কীর্ত্তিশীলা শাউনিংথিবন সন্ন্যাসী অদু চোংশিন্নগ চংলসিরা হায়ন থল্লুরে; অদুদ মাগী যাদুগী চৈ অদুগী থল্লুবদ মহাক চুশিন্ন থাউজুন করি তৌরকপগে হায়বদু য়েংজুন লৈব ঙাবমই।

সন্ন্যাসী অদু মফম অদুদগী চৎখিদুন চীংগুম অমগী অহোব অমদ চঙখ্রে। কীর্ত্তিশীলান থাঙ শত্তোক্তুন পায়রগ সন্ন্যাসী অদুগী মতুং ইনখ্রে। চীংগুম অদুগী শতোপ্প হাংমদ ফজরব দলান অম লৈরম্ব উবদ মহাক চুকখ্রে। থাঙথুমদ থাঙ হুশিল্লগ মহাক্ক সন্ন্যাসী অদুবু মরুমদগী য়েংলম্মী। সন্ন্যাসী, যুম অদুগী মতুংদ চঙখ্রে। কীর্ত্তিশীলাস্ থুন চঙশিন্দুন মিহুৎথোং অমদ মমিং নামন যুম মল্লুং অদু য়েংলম্মী। মল্লুংদ উরিব অদুন মরম ওইদুন মহাক মিরুপ অমদি মর হোনজ কাউখ্রে।

মহুংতুদ মুংডাইরব, ফজরব ফমুং অমদ চহি তরানিপাল্লোম শুরবী যুবতী অম উরে। অদুক ফজব মুপীদি মহাক অমুক্তসু উথিদ্রি। মহাক থমোয় ফন কনব নহা অম ওইত্রনসু লৈশাবী অদুগী মশক উবদ মাগী থমোইদ ফাওরিব ঈথিন অদু থিংব ঙমথিদরে। যুবতী অদো শোয়দনমক রাজ-কন্যা অম ওইরমগনি, নত্রবদি ইচম চম্বী মুপী অমন মাগী থমোয়দু শুমহৎপ ঙম্লোই।

সন্ন্যাসী অদুবু উবদ লৈশাবী অদু লিন চংলকপগুম ফমুংদগী ফল চোংথোক্লুন হন্দোক্লমই।

সন্ন্যাসী অদুন হায়রকই: "মুংশিরবী ইবেম্মা! নহাক্কী প্রেমন ঙাওত্রন ঐহাক থম্বাই থাগদোরে হায়বসি নহাক উদ্রবরা? নহাকপু থমোই পাঞ্জবরা? পঙগমুনে, ঐহাক্ক নহাকপু পৃথিবী অসিদ থাইদগী হেন্না শক্তি লৈবী মুপী অম ওইহনগদবনি। চঙশিল্লকউনে।"

যুবতী: তোনথাব জীব! লমহুইগী মতোঙুম নহাক্ক ঐবু হুত্রন পুরকপদ নত্তন ঐবু চীংমুং অমদ অমুক লোত্তুন থমলি। উপাই লৈত্রবী মুপীমচা অমদ চৎলিব নহাক্কী লমচৎ অদুগী নহাকপু ইকাইদ্রা? মহাকসে নহাক্ক শেৎলিব গেরবাগী থিজোল অদুগী চোপনিঙাই ওইরব মীশকনি।

সন্ন্যাসী: ঐন হায়জব অসি নহাক্ক তাবিদ্রে। য়েংউ, নহাক ঐগী ইথুৎ চল্লবনি; ঐন নহাকপু ঐগী আশা থুংহন্নব তোগনি। চীকথাব উমং অসিদ ঐবু থিংঙমগদব কনা লৈরি? ভাব তাউ।

যুবতী: "অপঙব! নহাক্কী থমকাদ চৎকদোবোই থনব শারি! নহাক্কী অপাম্ব থুংহনবগী মহুত্ত ঐহাক থবায় থাদোক্কদোরিবনি!"

মতাং অসিদ সন্ন্যাসী অদুন চেনফম লৈত্রব কাচিন অমদ মহাকপু তানশিল্লে অমমুং থুৎ থাগদবগী থোরাং তোরে।

তাঙ্গা অসি কীর্ত্তিশীলাগী তাঙ্গা য়েংগদব মতমনি। মহাক্ত থ্নমক চোংশিনথিদ্রুন সন্ন্যাসী অদুগী মমাঙদ লেপ্লুরে। সন্ন্যাসী অদুন যুবতী অদুবু মশা পায়নবব হোংনবদুগী মিকুপ অমগী মমাঙদ থাদোক্লম্লব যাদুগী চৈ অদু অহানবমক্তদ কীর্ত্তিশীলান তাপ পায়দ্রুন সন্ন্যাসী অদুগী মায়-মাঙদ হাইরে। সন্ন্যাসী অদু জ্ঞান মাঙহুন তুরে।

মমায় ওনশিল্লক্ন মাগী থমোই হুথিব যুবতী অদুগ মায়োক্লন কীর্ত্তিশীলা লেপ্লে। মহাক্ত য়েংলকপদ যুবতী অদু ঈকাইন মমায় লৈদ লুকখি।

# ১১। অহানব রাজ্যংগী পাউখুম

ইথা খাজদনা ফজরবা যুবতী অমগা মহাক্কদা ভায়বসিদা কীর্তিশীলানা। যুবতী অমদা করি হায়না রাহৌগদগে হায়বা ভাব তাথিদ্রে। মহাক্কী চময়বা অত নমংলগা মহাক্ক হংলকই: "ইবেম্ম, নহাকপু কনানো? কমদৌনা মফম অসিদা লৈরক্লিবনো?"

যুবতী অদুনা খুমকই: "ইবুংঙো মহাশয়, ঐহাক কাঞ্চনপুরগী রাজকন্যা কাঞ্চনা হায়বীনি। ঐহাক লাইবক থীরবীনি, অঙাং ওইরিঙৈদা ঐবু পোকপা ইপাবুং মহারাজ নোংখ্রে। পাবুংনা সুমংপুত্র ওইনা মোক্লখা মচা অমুনা পাবুংগী খুত্তম ফংহৌরে। ইচিন ইপ্রাওম চাউ-মিম্মক্লবা, ভুমগী শাগোদা পোক্লবা মচাক্লা ঐহাকপু নুংহোংনিংলে। মাহোন্দগী লাম্থোক্লনবা অমসুং মিংচৎ পীবা খোক্তনবা ঐহাক সমদ্রাদা চোংথক্লরবনি। লাইবক থাগনা অমুখ্র শহল ওইরবা কারবার থোংনা হনুব-হনুবী অনিথকনা ঐবু ঈশিংদগী কনবিরক্লে।

"মখোয়গা লোয়ননা লাকপদা ঈশিং চাকুশিংনা ঐখোয়বু ফারে। ডাকুশিং অসিগা লোয়ননা অহুম লাকপদা নুংশিং অকনবা খেঙনত্তুনা ঐখোয়না তোংলিবা ফিজাং অত্ত কায়তুনা লুপখ্রে। উতুপ অমদা নপ্লত্তুনা ঐহাক তাউত্তুনা লেরিঙৈদা মুংডাইনবা কোয়খোক্লখা কৃষ্ণপুরগী যুবরাজনা ঐবু অমুক কনবিরে।

"ঐনা মখোয়গী হিদা মখোয়গা লাকমিম্মরবদা ঐগী ইরমগীদমক খংনরক্তুনা মখোয় মশেল অমগা অমগা হাংনরক্লে। মখোয়গী মরক্তগী অমত্তংদি হিংহৌই। ঐখোয় অনি অহুম লাকপদা অতোপ্প ঈশিং-ডাকু কাউবু অমমুক থেংনরে। ঐগী লৈখিত্রবা ইপা ইবুংঙোনা মখোয়দা

তৌবিরম্ব উপাইন মরম ওইরদন ডাকুশিং অমসুং ঐঙোন্দ তৌবিমল থঙব উৎলম্মী।

নোংমা ঐনা মখোয়গী লোৎফমদা পোথারিঙৈ অমসুং মখোয়না চথোকখিরুদৌদা সন্ন্যাসী অসিনা মাগী যাত্নগী চৈ অসিনা ঐবু জ্ঞান মাঙ-হল্লগ হুত্নন পুরক্লিবনি। মতম চান ইবুংঙোন তেংবাংবিব অসি নৎলমদ্রবদি ঐহাক করম থোক্লমগব থঙদে। ইবুংঙো মহাশয়, হৌজিক্কি ঐহাক্ক মহাশয়গী মরম থরদং থঙজব য়াগদ্রা?

কীর্ত্তিশীলান মাগী মরম পূম্নমক নীরে; অরোইবদ হায়রকই: "ঐহাক্ক নহাকপু খুদোংথীবদগী কনব ঙম্মরিব অসি ঈশ্বরন তম্বননি।"

কাঞ্চনা: যুবরাজ, ঐনা যুবরাজদ তোল্লিব লমন অসি ফোংদোক্লমব চপ-চাব য়াহৈ ঐগী লৈজদ্রে। ঐন তৌজগদব হায়ববু ঐগী থরাই-হকচাং পূম্নমক ইবুংঙোগী নখোঙ থম্বালদ কচ্চব অসি মঙাইরে।"

অসি হায়রত্নন মহাক্ক কীর্ত্তিশীলাগী মখোঙ শোক্তুন মরাইবক্ক থেংলে। কীর্ত্তিশীলান নোম্বত্নন মখুৎ পায়ত্নন চিংথৎলে। মহাক মুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদরে।

মচেক ময়াদ ফোংদোকপ নত্তুন মহাক্ক কাঞ্চনাবু মুংশিব অমসুং মপূং ফাব য়াহৈন ফোংদোকলম্মী অমসুং পাঙথোক্কে হায়ন য়াশকথুব মাগী থৌদাং অমসুং হেক পাঙথোকপগ মহাকপু লুহোংগনি হায়ন জবান তৌরমই। মথঙদ মহাক্ক জ্ঞান মাঙত্নন লৈরিব সন্ন্যাসী অমসুং যাত্নগী চৈত্নগী মতেঙন জ্ঞান তাহল্লে।

সন্ন্যাসী অত্নন হৌগৎলক্লবদ কীর্ত্তিশীলান মমাঙদ শাউন লেপ্তুন লৈরম্মী অমসুং রাজকুমারী কাঞ্চনান লাপ্তকন উপাল অমদ ডাত্নন লৈরম্মী। সন্ন্যাসী অসিন মাগী যাত্নগী চৈ অমসুং কোয়েং য়েংলকই; চৈ অমসুং উব

ফংদ্রে। মমৈদ চৈ অদু কীর্ত্তিশীলাগী মথুত্ত পায়ব উরে। পাণ্ডব, মরীন লৈতব, মীচোপ ওইব মীশিংদি খুদোং চারোইদব তাঞ্জাদ মমিৎ তুথব, নোল্লুকপ উৎপ, খুদোং চাগদব মতমদ শীংনরকপ মহৌশানি। সন্ন্যাসী অদুন কীর্ত্তিশীলাদ হায়জরকই: "মহাশয়, নহাক্তি লানগী মীনি, থাঙ শীজিন্নবদ হৈ-শিংলব মীওইনি; করিম্নু লৈত্রব যাদুগী চৈ অদু করিগী দরকার ওইবগে? মদু ঐঙোন্দ পীবিয়রক্লো!"

"মরীন চুমদ্রব, ইকায়ব থঙদ্রব! নহাক কনানো হায়বদু ঐঙোন্দ হায়মু। নহাক্ক নিংথৌমচাশিং অমম্ভুং নুবতী অসিবু করিগী মফম অসিদ পুরক্লিবনো? নহাক্ক ঐঙোন্দ অচুম্ব হায়দ্রবদি নহাক্কী ঈনা ঐগী থাঙশাং অসি পুমঙাঙ ভাঙন তৈরগদবনি!"

কীর্ত্তিশীলাগী মতৌ অহুদ হুংশা শীরদুন সন্ন্যাসী অদুন খুম্নকই: "ইবুংঙো মহাশয়, ঐহাক্কীদি ঐহাক্কী লমনি, ঐহাক্কী মীনি হায়ব লৈজ-দ্রবনি। ঐহাক্তি সংসার অসি কোয়চৎ চত্তুন লেঙ্গরবনি। মুপীমচা অসি ডাকু কাংবু অমন ফাদুন থম্লম্বনি। মহাকপু কন্নবব ঐনা মাবু পুরকপনি। মরক মরক্ক ঐহাক মাগী মশক অসিদ ঙাওরবমু ঐন হায়-জরিবসিনি, ঐহাক মঙোন্দ অমাঙব তৌত্রি। নিংথৌমচাশিং অসিন লম্বী লমাঙনবদগী মথোয় অশোমদ চঙলক্লবনি। মথোয়ন মুপী মচা অসিবু অমাঙব তৌবিগদ্র হায়দুন ঐহাক্ক মথোয়বু জ্ঞান তাহন্দন থম্লিবনি। ঐন মথোয়বু মাঙনব করিম্নু থন্দে। থৌজানবিদুন ঐঙোন্দ ঐগী যাদুগী চৈ অদু পীথোকপিরক্লো, ঐহাক মফম অসিদগী চৎচথগে!"

মহাক্কী তৌশিন্নব মওং অদুদ তুক্কচরদুন কীর্ত্তিশীলান শাওন হায়রকই: "নহাক্ক রাজকুমারশিং অসিবু মফমসিদ পুরক্লগ জ্ঞান মাঙহন্দুন থম্বদ নত্তন উপায় লৈত্রবী মুপীমচা অমদ তুক্কচরব লমচৎ চৎকদবগী হোৎনরম্নি।

নহাক হৌজিকমক হাংতোকপন মত্তিক চারবনি নত্রবদি নহাক মক্ষম অতৈদ অতোপ্পগী মাঙনব কয়া তৌরুরগনি !" কীর্ত্তিশীলান মাগী থাঙ অহু সন্ন্যাসী অহুগী মাইকৈদ হুই-স হাইরক্লে। নো থাংমুক থুন সন্ন্যাসী অদু লৈপাক্ত ওন্থরে অমসুং লোকনুংদ মাঙখ্রে। সন্ন্যাসী অদু মশক উথিদ্রবদ কীর্ত্তিশীলান মনাওশিং অদু যাদ্রগী চৈ অদুগী মতেঙন অমমম ওইন হৌগৎহল্লে। মথোয়ন মমিং পাঙথোকলকপদ মথোয়ন মাঙহনিঙলব মী অদু মকন মথোয়গী মমাঙদ লেপ্লুন লৈরম্বদুদ মথোয় ঙককখ্রে।

কীর্ত্তিশীলান হংবদ মথোয়ন মক্ষম অদুদ লৈরম্লিবদুদি শজি অমন পুশিল্লকপনি, শজি অম তাম্মরকপদগীনি হায়ন খুল্লমই। কীর্ত্তিশীলাদি মথোয়গী ফত্ত-খুজ্জিল অদু থঙদবনিন মথোয়গী অপঙব থৌওং অদুগী ৱারকপ ৱাঙাং থর ঙাংলে। মতুংদ মথোয় মথোয়গী শগোলদ তোংথং-হন্দুন মদিবাদনাপুরগী মাইকৈ পাংহল্লক্লে। কীর্ত্তিশীলা অমসুং কাঞ্চনা খ্বাইগী তুংদ লাকলমই।

লম্বী চৎন চৎন কীর্ত্তিশীলানা মহাক্কী মপোক্কী অকুপ্পা মরোল মহাকপু মথুরাসেননা রোকখিব, মতুংদা মদিবাদনাপুরগী সেনাপতি ওই-খিবগী মওং পূম্নমক ৱারী তৌরম্মী।

মথোয়ননা হুমিং তরানি মদিবাদনাপুর য়ৌনবা লাকপদা রাজকুমার ৯৯ অহুনা কীর্ত্তিশীলাবু মদিবাদনাপুর কোম্নুং য়ৌদ্রিঙৈদা লোইশিন্নবা পোথি অমা থম্মরে। পোথি অহুগী মতুং ইন্না মদিবাদনাপুর থুংগদবা নোংমগী মমাংদা মথোয়না য়াম্না চোকথরে হায়হুনা লৈবাক অহুগী সিমা-নাদা অহিং অমা পল্লমই। অহিং অমম্বদা মনাওশিং অহুনা মপুক্রিং চিংনজদ্রবা কীর্ত্তিশীলাবু কোয়শিল্লগা থাঙনা য়াল্লম্নগা শগোল তোংহুনা সহর য়ৌনবা চেন্নখ্রে।

শগোল ময়াম চৎখিবগী মখোলদুনা লাপ্তক্লা তুম্লিব কাঞ্চনা মিকপ থোক্লে। কোয়ন য়েংক্লকপদ শগোল ময়াম চৎখিবগী উফুল হৌরিবদু উরে। থুদক্তা মহাক্ন মনাওশিং অদু চিংনব পোক্লে; মহাক্ন কীর্তিশীলান তুম্নিবা মফম অদুদ চঙশিন্দুনা য়েংবদ কীর্তিশীলাদি জ্ঞান তাদনা ঈ ময়ক্ত ওন্দুনা লৈরমলে। কাঞ্চনানা কীর্তিশীলাগী লেকথরবা মশা অদু মতম্বাক্তা হাপ্লগা হিক হিক কপ্লে; মহাক্না লাইবক থীবনা মহাক্তা তিম্লরুবা মী ফাওবা দশা ফংলবোই থনখি। মহাক্তা ওয়ম্বা থোক্লবদি মখোয়বু তাম্লদুনা মখোয় পুম্নমক হাৎলমগদবনি। মহাক্তা রাজকুমারগী মশা অদু লৈপাক্তা থয়বা হোৎনবদা কীর্তিশীলাগী মথুদাংদা পিক্ন হুল্লবা মিহুল থেংনরুরে। মতম অদু ফাওবা শিদি শিগ্রিবমাল্লে থল্লদুনা মহাক নক্লবা থুলদা লায়েংনবা মাইবা অমা থীরুনবা চেনখে।

কাঞ্চনান চথোকখিদৈদ কীর্তিশীলা জ্ঞান তারক্লে। মাগী মশা অদু ঈ শিন্থরম্লি, লু-য়াং পুম্নমকসু চীক চীক লাউরে। কাঞ্চনাবু য়েংলক-পদা উদ্রবদা অমসুং মহাক্না ফিজম অদুদ মহাক মথাই য়াম্না হুংঙাইত্রে। কাঞ্চনাদি মীহাৎপশিং অদুনা পুথবোই থনখি; অসুম থল্লদুন হুপী ওইবগী ফজব শক্ন ওইহল্লিব মওংসিদ মহাক ঙকখি।

নোংঙাল্লকপদ হোগৎপ ঙমদন মহাক্ন রাখল তৌদুন লৈরিদৈদ শঙ্গোম য়োনব চৎপা থুঙ্গংগী থালাশিংনা মহাকপু উরে। মহাক্না অবস্থা অদু উবদা মখোয়ন মহাকপু শগোল মথক্তা তপ্না হাপকৎতুনা লায়েংনবা মখোয়গী মযুমদা পুখে।

তাল্লক অসিদা কাঞ্চনান মাইব অমা থেংনরদুনা হায়জরকই: "মহাশয়, ঐগী ইপুরোইবদু থাঙনা শোকপদগী শিগদোরে। অয়াপ্পদ নত্তে, অনকপনি, মহাকপু অমুক্ত কনবিয়ু, ঐহাক লেঙলসি। মহাশয়না

নহা ওইজরিবী ঐহাক্কী ইপুরোইবা অমুক পীগদৌরি হায়না থনবিয়ু।"

মহাক্কী য়াওাং অসিদ হুংশিব পোক্লহুন মাইব অহু মহাক্কী হিদাক থাউ পুরহুনা কাঞ্চনাগা লোয়ননা কীর্ত্তিশীলানা লৈহৌবা মফম অহু তাম্না লাক্লে। মখোয়না থুংলবা মতমদ কীর্ত্তিশীলাসু, মাগী শগোলসু লৈরমদ্রে। কাঞ্চনা থমোই শোকখে! মনাওশিংনা শিরমথিরোই হায়না চিংনরহুনা অমুক হল্লক্লগা কোঙ্গোলগুম্না পক্লনা লৈরিব থরাই অহু মুৎথৎনবা পুথ্র-মাল্লে থল্লহুনা কাঞ্চনান লৈপাক্ত ওন্দুনা হিক হিক কপলক্লে। মখোয়না হিংব-চঙবা অনিগী মরক্ত হাইহুনা লৈরিবা হকচাং অহু ফাওবা মুনবিখে।

মাইৎ অহুদি সংসারগী লম্বী নিংথিন থওলব শহল অমনি। মহাক্লা কাঞ্চনাবু কনানো, মহাক্লু অমসুং মহাক্কী মপুরোইবন করি লমদগী লাকপনো হায়বহু হংলে।

কাঞ্চনান মহাক্কী য়ারী অমসুং কীর্ত্তিশীলাগী য়ারী মপূং ফানা লীরে। মহাক্কী মরাইবকনা মহাকপু কনবিবা মী ফাওবা লাইবক থীবা অরাব নওলে হায়নসু হায়রে। কনাগীদমক অমসুং করিগীদমক মহাক্ল হিংনিঙাই লৈত্রবসিদদি মগাক আত্মাঘাট তৌনিংলে হায়বহুসু মাইবা অহুদা ফোংদোক্লে।

মাইব অহুনা মহাকপু তপথহল্লে অমসুং অহুক থুনা অহুগুম্বা থোঙথাং চথরোইদবনি হায়রে। মহাক্কী অবস্থা অহু অমুক চর্চ্চা তৌর-হুনা হায়রকই: অহুক থৌনা ফব লানগী মী অমনা তরাই তরাই শিরমগনি হায়ব থাজবা ঙমদে। মহাক্কী শগোল মফম অসিদ লৈতবনিনা ইবেম্ম নহাক লৈত্রিঙেদ মহাক য়েথাইবা ফংলোইদবা মফম অমদা চথোক্লনা হিদাক লাংথক তৌনবা হোৎনরম্বা য়াই। মহাক্কী অশেঙবা অমা থওদ্রিবা ফাওবদি নহাক ঐগী ইচাগুম লৈরো; ঐহাকসু নহাক্কী নপুরোইবা অহু থিননবা হোৎনগে।"

কাঞ্চনাবু মাইব অত্রন ময়ুমদ পুরক্লুন লৈহল্লে। মহাক্ল শাংলব চিঠি অম, কাঞ্চনান মঙোন্দ কীর্ত্তিশিলাগী মরমদ শীংথাব অত্রু য়াওন, ইত্তুন। মথুরাসেন নিংথৌদ থাখ্রে। চিঠিগী অরোইবদ করিগুম্ব হিংলম্লবদি মহাক্কী লৈকম থওদ্রি হায়নস্তু ইথ্রে।

চিঠি অত্রু ফংবদ নিংথৌ মথুরাসেন অমসুং মহাক্কা রাণীশিংন অঙাংন কপ্পগুম ও থোংন কপ্লরে। মথুরাসেনন মনাও ইবুংঙো উত্তমকেতুদ সত্যশীলাগী মরমদ অমসুং মঙোন্দ থোকখিব দশা অদুগী মরমদ ইদুনা চিঠি অম থাখ্রে।

মহারাজ মথুরাসেন উত্তমকেতু মহারাজগা রা ভাঙননব মদিবাদনাপুর যাত্রা তৌরক্লে। মহারাজন মহাক্কী রাণীশিং অমসুং সত্যশীলাগী মমাসিদুম্ব পুরক্লমই।

তোল্লক অসিদ কীর্ত্তিশীলা শিরম্লগনি হায়না থাজরদুনা মচা ইবুংঙো ৯৯ অদুনা মপা ইবুংঙোদ মখোয়না থেংনরকপ ফজ্রব সন্ন্যাসী অদুগী ফজ্র-খুজিলবু মতৌ করম্ল অরেখ তাইনথিব অমসুং মখোয়না শোয়দ-ডামদনা ময়ুমদ হল্লকপ ভমখিব হায়বত্র শেমজিন শান্তিন্দুনা হঙ্গংলরে।

মখোয়নু থিবা চংথিবা কীর্ত্তিশীলাবু পেংন্ত্রা হায়না মপাবুং নিংথৌনা হংবদদি মখোয়না থেংনরক্তে হায়না খুমই। মখোয় লাল্সরকপা য়েক্রবা পুম্বা লানথেংনদুনা রাজধানী চাকপা। ভম্নগনি অমসুং রাজদণ্ড কিজুনা চেনখ্রবা কীর্ত্তিশীলা লৈংবদ মপান্দুংন দুংঙাইতনিঙ্গাই লৈদে হায়নম্ব মখোয়না মপাদুংদা হঙ্গংখি।

মচাইবুংঙোশিংন থুংঙবা চয়োল 'অম-অনিগী মতুংদা মথুরাসেননা ইরকপ চিঠি— কীর্ত্তিশীলাগী মরম পুম্নমক য়াওরব', কীর্ত্তিশীলা কনানো, মহাক্ল মতৌ করম্না মহাক্কী মনাও ৯৯ বু কনবিখিবা অমসুং মখোয়না

কল্লকপদগী মাবু হাৎনবা লৌতুনখিবা মরোল শুগাইনা য়াওরবা চিঠি অদু উত্তমকেতু মহারাজনা ফংলে।

চিঠি অদু পাবা লোইরবদা উত্তমকেতু মহারাজ ৱাবগী ওমথৈ লৈথিদরে। মহাক্না তেংথারকই: "হে ইবুংঙো! নহাক্না করিগীদমক ঐগী ইকমদা ফন্নাইবা অমগী মচানি হায়রিবা? করিগীদমক ঐগী ইচানি হায়দ্রিবনোকো! নঙগুম্ববু সংসারসিদা লৈরিব্রা? নংগুম্ববু ঐন কদাইদ উব ফংথিগদগে!"

উত্তমকেতু মহারাজ ৱারম্বদগী মতিক চাদ্রব মচাশিং অদু তৌবিমল থগুদবগী—থোইদোক্লমু নমথাক তৌবগীদমক শাউরক্লে। মথোয়না সত্যশীলাবু হাৎলম্বদ নত্তুন মথোয়ন সন্ন্যাসী অদুবু ওম্মকপ অমসুং পুকচেল শেংবমু শারমই। মহারাজন মচাইবুংঙো ৯৯ অদু নমথাক তৌবগী অমসুং মথোয়গী গুরু ওইরিব ময়াম্বুং হাৎলম্বগীদমক প্রাণ-দণ্ড পীননব য়াথং পীখে।

মচাইবংঙোশিংগী দশা অদু তাবদ রানীশিং ফোংদোকপ ওমদব অৱাবদ তানখে।

তাঙ্গা অসিদ নিংথৌ মথুরাসেন রানীশিং অমসুং সত্যশীলাগী মমাসিগ লোয়নন উত্তমকেতুগী কোন্নুংদ থুংগরে। কাঞ্চনা অমসুং মাইব অদুবুসু কৌহল্লরে। কোন্নুং পুম্ব অৱাব শকফম উৎখে।

অনকপদা লৈবা মথা পোনবা নিংথৌশিংন থুদোংচাব অসি লৌরভুনা মদিবাদনাপুরগী রাজধানী কোয়শিনখে। মতম অসিদা নিংথৌ উত্তমকেতু সত্যশীলা লৈতবগী অৱাৎপা অদু কয়া ফাওখি। মমৈদা নিংথৌন মচা ইবুংঙো ৯৯ অদু থাদোক্নন লানফমদা থাখে; নিংথৌগী আশাদি মথোয় শিবগী শিব লানফমদা শিজক্কনসমু হায়বা আশানি।

সুমিৎ নিপান্নি চুপ্প পল্লেপফম খণ্ডদনা অকনবা লাম থোংনখি। মাপন্নি শুবা সুমিত্তা কীর্ত্তিশীলা মশা পূমক ফরদুনা য়েক্লবগী তুংলোমদগী লাঞ্জংলক্লে। য়াও শঙ্গু মরক্ত নোংশান হাইজিল্লকপগুম য়েক্লবা তকথাই-দুনা জয় তৌরে।

মহারাজ উত্তমকেতুবু খুরুম্নগা সনামাঙদা লেপ্লরবদা মহারাজনা মাবু চেৎনা কোল্লে অমসুং মশা পূম্বা কোইচুপ চুপ্লে। অহানবদা করিগীদমক মহাক্না মাগী অশেঙবা মশক তাক্তি্রবনো হংলবদা মহাক্না হঙ্গৎচৈ: "মহারাজনা ইমাসিগী মফমদ তৌবিখিব মওং অদুদা ননাই ঐহাকপু তরাম তরাম ওকপিরোইদ্রা হায়ন কিজবদগীনি।"

কীর্ত্তিশীলানা হায়জবদগী মহারাজনা মচা ইবুংঙোশিং অদু মরাল কোকপিরে।

কীর্ত্তিশীলা নত্রগ সত্যশীলাম কাঞ্চনাগ অমুক উন্নরে। মমাসিজসু উত্তমকেতু মহারাজগী রাণী অথোইবী ওইন মদিবাদনাপুরগী কোন্নুংদ লৈরে। রাজ পরিবার মমাংগৈদ শোয়নখিব পূন্নমক কাউথোক্লদুন মত্ত তিন্নন লৈমিন্নরে। যুবরাজ সত্যশীলান কাঞ্চনাবু লুহোংলে। যুবরাজ সত্যশীলা অদু হৌজিক ঐথোয়গী পাল্লিব নিংথৌ অসিনি।

অরোইবদ মালী অদুন হায়রকই: "নহাক হৌজিক ঐথোয়গী নিংথৌন সন্ন্যাসীশিংবু করিগী তুক্কচরিবনো হায়বদো খঙলরিগনি।"

মালী অসিন মাগী সুপীদ লীরল্লিব য়ারী অসি মপান্দগী তারল্লিব সুন্দরন মহাক্কী অহানব য়াহং অদুগী পাউখুম লৈরে হায়ন সুংঙাইবগী মথুম মরাং হৌখ্রে।

অমুক ওম্ন হৌগত্তুন মহাক্ল নিংথৌমচাগী ফিজোল শেৎচিল্লগ মদি-বাদনাপুরগী নিংথৌ সত্যশীলাগী সনামাঙদ থুংলরে। সত্যশীলান মহাকপু

তরাম তরাম ওকপিরে। নিংথৌন মহাক্কী চীং-লেম্ব শকফম অদু উবদ মহাক কনানো অমসুং করিগীদমক মহাক্ক উগ্গনিংলিবনো হংবিরকই।

সুন্দরন মাগী মরম পুম্নমক, চিন্তামণিগী অঙকপ সয়ম্বর অমসুং মহাক্ক মফম অদুদ করি থিব লাকপনো হায়বদো সত্যশীলা মহারাজদ হঙ্গংলে। মুশিংন লম তাকপিদুন মহাক্ক অহানব ব্রাহং অদুগী পাউথুম খিব মত্তৌ করম্ম মদিবাদনাপুর য়্যৌরকপ হায়বদসু হঙ্গংলে।

পীশুম শুক্র ব্রাথল তৌরগ নিংথৌ সত্যশীলান হংলকই: "মরুপ, ঐহাক্ক নহাক্কী নত্তেং ওইব ঙমব্রা হায়বদু য়েংননব অহানব ব্রাহং অদু ঐদোন্দ অমুক হাযুদন।"

সুন্দরন ব্রাহং অদু হায়রমই: "সন্ন্যাসী অমগ মরুপ শাশিন্নরগ সন্ন্যাসী অদুগী যাদুগী চৈ হুরানখিব, তুংদ অকাওব নিংথৌ অম ওইন পানখিব মহাক অদু কনানো? মহাক হিংলিব্রা? হৌজিক মহাক কদাইদ লৈ?"

ব্রাহং অসি তাবদ সত্যশীলা শাওনিংবী থেংথে। মংক্ক সুন্দরদ অসুম হংলকই: "অদুগুম্ব মরীন চুমদব সন্ন্যাসী অদু হিংলব্রা? ঐন মহাক্ক মরুপ শান্নরম্মিংবোরেসে? ঐহাক হিংলিব্রা হায়নসু মহাক্ক থঙনিংব শারি। ঐগী লৈফম থঙলগ ঐবু হাংলগ ঐগী রণী লোগে হায়বগীদমক মহাক্ক চিন্তামণিদ ব্রাহং অদু তম্বিরবানিনে। মহাক্কী মমি পৃথিবী অসিদ অমুক কুইথন তাহল্লরে ইদবনি; মহাক কদাইদ লৈবগে হায়বদু ঐত্তোন্দ তাকউ, ঐগী থাও অসি মা জীন লৈত্তেংগে!"

"মহারাজন ভাকপিগনি," সুন্দরন থুম্নকই। "চিন্তামণিগী অত্তোপ্প ব্রাহং অনিদুমসু ঐহাক থুমজখিব তারি। ঐহাক্ক মও হেক পাঙথোক-চবগ ননাই ঐহাক আদিত্যাপুরীদ হঙ্জগনি। মতুংদ ঐন মহারাজদ পাউ

থাজরক্কে। মতমদ,দ মহারাজগী ইচ্ছা থুংননব মহারাজন তৌবিগনি। মরক অসিদ মতৌ করম্ন সম্পাঞ্জিপুর য়োগদগে হায়বসিদ ননাই ঐবু তেংবাংবিয়ু, ননাই ঐদি মফম থণ্ডজদে।"

মহারাজ সত্যশীলান সুন্দরন হায়জব অদু থুদক্ত য়াবিরে। অকুপ্প মরোল পূম্নমক থণ্ডহল্লগ মঙ্গান্দ খোঙচৎ অদুগী মতিক চাব মী, শেল, চান-থক্কব পূম্নমক পীবিরে।

## ১২। বিন্ধ্যা, সেনাপতিগী মচানুপী

সত্যশীলান পীরকপ থুদোং চাবশিং অমসুং লমজিংবশিংগী মতেংন মুমিৎ তরেৎনি চীং, তুরেল, উমং কয়া লাল্লবদ সম্পাঙ্গিপুর য়োরক্লে। মহাক্ল সহর অদু হেক উরকপদ মাগী তুং-ইল্লকপশিং অতু থাগৎলে অমসুং মদিবাদনাপুরদ হনথিনব হায়রে।

মুনিন তাক্লকপ মতুং ইন্ন মহাক্ল সন্ন্যাসীগী ফিজোল শেৎচিল্লগ সম্পাঙ্গিপুর সহর চঙশিল্লক্লে। সহর অতু অৱাংব দলান কয়া, মক্ষম চান চান শেম্লব অচুম্ব লম্বী কয়া, তরু তরুব, হৈ-হৈগী ইংখোল (park) কয়ান হৈতেংই। সহরগী মনুং থংব শরুক অদুদি লানগী পলন কোয়শিল্লি। সুন্দর থোঙ অম থিরগ চঙগে তৌবদ থোঙঙাকপন মহাকপু থাম্লে অমসুং মাগী মায়থোঙদ মুন্ন য়েংলকই।

থোঙঙাকপন মখুৎ পায়রগ হায়রকই: "নহাক কনানো? করিগী সহর চংগদোরিবনো?"

সুন্দরন থুমই: "ঐদি চুম্নগী সাধু অমনি, পৃথিবী অসি কোয়ন চৎশিৱনি। মসি লাল্লবর হৈদোই?"

সন্ত্রি: "মদু চুম্বদি য়াই; অদুবু সন্ন্যাসীশিংদি সহর অসিদ লাক্লবদি মখোয়বু ফারগ বন্দি থমই হায়ব নহাক খঙদবর?"

সুন্দর: এঃ মদু ওইরে, ঐদি তাবদ ঙক্লে, মরমদি সন্ন্যাসীশিংদি পৃথিবী পুম্বদ ইকাই খুম্নরিবনি।"

সন্ত্রি: "মদু ওইব য়াই, ঐখোয়গী তোঙানব নিয়ম অমনি। অতৈ-মক নত্রবসু ঐখোয়গী মহারাণীগীদি তোঙাল্লবনি। লাকলো, নহাক

হৌজিক ফারবনি। নহাক্কী দোষ ঙাকথোক্লননব নহাক্ক দরবারদ পাউথুম পীৰ য়াগনি।"

সুন্দর: "নহাক্ক নথোয়গী চৎনবী নিয়ম চথবদ ঐহাক করিস্থু অয়েৎপ লৈতে। চান্দবিংন নথোয়গী মহারাণীন সন্ন্যাসীশিংবু সহর অসি চঙব থিংলিবসি করিগীনো?"

সন্ত্রি: নহাক্ক তানিংলবদি তাও, ঐাহক মতুগী বারী অদু লৗবিগে।"

সন্ত্রি অতুগী বারী অদুদি অসিনি চহি তরামঙাগী মমাঙদ নিংথৌ অম্বাকেতুন লৈবাক অসিদ পাল্লমই। মহাক ধর্ম্ম চেনব নিংথৌনি। মহাক্কী অম্বিকানিধি কৌব মচা ইদুংঙো অম লৈরমই। অম্বিকানিধি মশক অস্লক্কী মতিক কৈঞ মতুদি মহাকপু হেক উরুব নুপী অমত্তন মহাকপু অমুক্ক হন্ন য়েংদব ঙমখিদে।

নোংম নুমিদাংবাইরম অম অম্বিকানিধিন নিংথৌগী হৈকোল অচৌবদ হরা চারমই। তারমদাই নুমিংকী মঙান্ন হৈকোল অদু অমুক্ক ফজব হেনগংহল্লি, চাওক্রব উচেকশিংন হজিল্লক্তুন খোঙব অতনস্থু হৈকোল অদু মথাই পানব মালহল্লি। মতম অসিদ মকম অসিদ চহি তরাত্তরুক শুরবী যুবতী অমন অম্বিকানিধিগী মনাক্ত প্রেপ প্রেপ লাক্লগ মহাক্ক মায়োক্লন ইকাইথিব মওংদ লেপ্লরে। নুপীমচা অসি লৈবাক অতুগী সেনাপতিগী মচানুপী বিন্ধ্যা হায়বীতুনি। মগাক অম্বিকানিধিগ মহৈ তম্মিন্নরকপনি।

"বিন্ধ্যা নহাক্ক উন্নবসি কয়াদ নুংঙাইথ্রব!" মহাক লাকপ হেক উবগ যুবরাজন হায়রকই। মথা তারকই: "ঐথোয় উন্নদব ফন কুইরে। হৌজিক নহাক অসিদ করি তৌব লাক্লিব ঐঙোন্দ হায়যুদন।"

বিন্ধ্যা : এ, করিস্থ তৌনিঙাই নৈজে। অমুম মরুপ অরিব উজনিংঙুন লাকপনি।

অম্বিকা : মতুদি ঐবু চানবিবগী য়ানিদন। নহাক্কীদমক ঐন করিগুম্ব তৌনিঙাই নৈরবদি ঐবু থঙহল্লুদন।

বিন্ধ্যা : মুক্রিয়া,—থাগৎচরি। করিবু নৈগবনোদ! অতুদ······

অম্বিকা : হোইনে, হায়ুনে ; করিগী চিংনরিবনো?

বিন্ধ্যা : ঐন যুবরাজবু করিগুম্ব অম তৌবিহল্লিংলে অমসুং অতৈন মতু পামদ্রে হায়ন থল্লাস। অতুদি কমদোব, যুবরাজন মতু তৌবিখিগদ্র?

অম্বিকা : পঙগনুনে! ঐনা নহাক্কীদমক করিগুম্ব থর তৌবদ অতৈন করিগী থিংগদৌরিবনো? নহাক্ক পাম্লিবদো করিনো হায়রো।

বিন্ধ্যা : যুবরাজনা য়াদব কুম্মোইদবা মীনা থিংলবদি হায়জবনিমা ; পাৎং মহারাজ অমসুং ইমাসিজনা থিংলবদি?

অম্বিকা : ঐনা তৌবদা থিংবা তারবদি মথোয়দনি অতুবু ঐহাক্কা নহাক্কী অপাম্বা অতুদি তৌবা ঙমগনি।

বিন্ধ্যা : মতুব য়াশকপনি হায়না লৌজবা য়াব্রা?

অম্বিকা : হোয়নে, অঙাং মানগনু ; নহাক্কা পাম্লিবা অমসুং য়াম্না চিংনরিবা অতু হায়রো। নহাক ইচম চম্বীমু নত্তে, সেনাপতিগী মচানুপীনি।

বিন্ধ্যা : যুবরাজ, ঐহাক্কা হৌজিক যুবরাজদা হঙৎনিংলিবদি অসিনি! ঐনা যুবরাজবু নুংশিজৈ অমসুং ঐবু নুহোংবিবা পামজৈ!

অম্বিকা : এ!

বিন্ধ্যা : ঐগুম্বী অরাম্বী অমা নুহোংবদি যুবরাজ অমগীদি মম্বেং তাবনি। মহারাজ অমসুং মহারাণীনা য়াবিরক্লোই হায়না নুংশা থীরা

পোকই ; অদুগা যুবরাজস্থ অত্তোম্মা রাজকন্যা অম লুহোংলবনিদো। যুব-রাজনা রাশকপিবে তাকপিবদুদা ঐনা ইচঙ খোনা হায়জবনি। যুবরাজনা তাকপিথিবা অবান অদুদি অমুক হজিনবিরগোই হায়বা থওজে। হৌজিক ঐবু লৌশিনবিবা পামজরে।

যুবরাজ অম্বিকা করি তৌগদগে হায়বা ভাব তাখিদরে ; বিন্ধ্যানা অদুম হায়পকনি হায়বসি মহাক সুকখন খম্লামদবনি। মখোয় বিন্ধ্যালযদা চায়বা মরূপ ওইরকই। যুবরাজনা বিন্ধ্যা মশক ফজে, লৌশিং লৈ, মশা শিংই হায়ব থওই। অদুবু মহাকনা মতম অমদা মহাক মাগী বমণী ওইরকপ যাই হায়বদুদি সুকখন খম্লামদে, মবম্দি মহাক নিংথৌ শাগৈদা পোকপা মুপীমচা অমা নত্তে।

মহাক্না হৌদোবক্লিবা অদুগী মওংদা যুবরাজ অম্বিকানা ইহান হানবা ওইনা মিৎযেং অমনা যেংবা হৌথি। বিন্ধ্যা মখোং কাবকপগী শমযোবী মতাংনি ; ফজরবা হৈকোল অদুগী মনুংশিদা তারবদাই নুমিৎকী ঙাড়্নবা নুমিৎকী মশেক্লা যৈবদা খোইনা হেন্না ফজনা উরবা বিন্ধ্যাগী শকফমদা পুক্লিং চবোইদবা কনা লৈরমগনি, সংসার থাদোক্লবা মুনি-ঋষি ফাওবা মাগী শকফম অদুদা তাওদবা ওম্মোই। মিকুপ অমদি যুবরাজ অহল লমল্লা করি হায়গদগে তায়বদু কাউথোবগে, মহাক বিন্ধ্যাগী মথুজেং পাইনা লৈলম্লে। উনা ফকংবা মরক্তা মী শাকপগী মখোল তারবতদা অম্বিকাগী মাগী মথুং থাদোক্লখি : অদুম্ব থোকঅরবা থোকচবসন্তু মহাকপু লুহোংলগনি হায়না অবান শীরবা মতংদনি।

মতুংদা অম্বিকানা বিন্ধ্যা উরবা থুদিংগী মাগী মুংশিবা, অপাম্বা তাংচ হেনগৎশিবমক। পুন্সিগী খোঙচত্তা বিন্ধ্যাগুমী অমা লোয়নবী ওই-রূদি মাগী মবাইবক ফবনি হায়না থনগৎলকে।

অদুনু মহাক্না লুহোংনবগীদমক্তি করিমতা তৌদ্রি। মতমগীসু মরম লৈ; মহাক মপাবুং মহারাজনা য়াবিগনি হায়বসি মপুক্কিংদা থাজরমদে।

অসুম্না নুমিৎ কুননি হোৎখ্রবা তুংদা বিদ্যাদগী চিঠি অমা অখিকানা ফংলে। অতৈ পুম্নমক্কী মরক্ত অসিগী মরোল অমা য়াওরি মতুদি যুব-রাজনা পিখিবা জবান অদুদা লেপ্তুনা লৈরিব্রা লৈবিরবদি মহাক্না মহাকপু নুমিৎ হুমনিগী মনুংদা লুহোংবিগদবনি হায়বসিনি।

মসিদা যুবরাজ অম্বিকা করি তৌসিগে ভাব তাখিদ্রে। মমৈদা মমাসিদা হঙ্গৎলগা মমাসিগী মতেং নিগে হায়না থল্লে।

যুবরাজনা মমাসিদা হঙ্গৎলুবদদি মমাসিনা থাক চানদবদগী য়ানিংদবা উৎলে। মমাসিনা তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কী রাজকন্যা কয়ামরুমগী মমিং পীদুনা মহাকপু অপাম্বা থল্লু তাকপিরে। মমাসিনা মপা ইবুংঙো য়ারক্লোইদগী রাম্ব হায়রে। তাঞ্জা অসিদা মপা ইবুংঙো মহারাজ লেঙ-শিল্লক্তুনা ঙাঙনরিবা রাম্ব তাখে।

অম্বাকেতু মহারাজ মচাগী রাখল অদুদা য়াম্না বাহোরে। যুবরাজনা হঙ্গৎলকই: "পাবুং, মহাক ঐগা ইহৈ তম্মিন্নরকপনি, য়াম্না হৈ-শিংবী অমনি।"

"শোদ্রবা রানি!" নিংথৌনা লাউরকই। "মহাকপু যুবরাজ অমনা লৈবা হোনবা জ্ঞান অদু লৈত্রমাল্লে।"

"অদুদা পাবুং, ঐহাক্তি মাবু নুমিৎ হুমনিগী মনুংদা লুহোংগে হায়না জবান তৌথোকখরে!"

"অপঙবা, বুদু! নুপীদা তৌখিবা জবানবু চপ চানা লোই হায়রা? মতুঙন্থদি নমাদা হংউ।"

পাবুং, ঐদি চানবনি। পাবুংগী য়াথং লৌশিন্দব অসি ঐগী ইরালদি ওইরে। অদুদা অবান শৌথোকলুরবনিনা পাবুংগী নচা ওইরিবা ঐহাকপু নমথাক তৌব স্নুবিধাবাদ হায়হনজনিংদে।"

"ঐ মদু থগুদে! নহাক মহাকপু লুহোংলবদি নগুক্কু কেল্লে থগুউ। নগুন তৌনিংবা অমা তৌথবস্নু ঐনা হায়বিনা অসি নিঙ্গাংউ।' অস্নুম হায়না থাকপিরম্মগা মহারাজ শাউনা লেঙথোকখে। মহারাণী মচাগী অপগুবা অদুগীদমক নুংঙাইতৌবিদ্রে।

অম্বিকা মমাংলিগী মনাওগী ফাগৎলা চংশিনগা সেনাপতিগী য়ুমদা চংখ্রে। নৈনবিবা হিবম অদু শন্দোক্না তম্লগা মহাক্না সেনাপতিদা মথোয় মথৈদা পিকনা সেনাপতিগী য়ুমদা লহোংখোক্লবা হায়রে। সেনাপতি নিংথৌনা রারৌগনি হায়দুনা অহানবদাদি য়াংলবা থেংনদ্রক্লমই, অদুবু য়ুবরাজনা রারৌথিদ্রা হায়দনা য়াবে।

বরগী কাগুবু হাংলবদি নিপা মমুমচামগী মা থগুহন্দনা লুক্তে খোংথোকখে। লুহোংবগী অহিংদা অম্বিকানা বিন্ধ্যাদ হায়বম্মা: "চান্নবা, ঐগী শক্তি ঙাক্লেদনা। হয়েং নোঙাল্লগদি রারৌবব পাং মখাগাঙ্গী মফমদা হৃশা অসি হর ও হরাও লাংহোকপ তারে।"

নিঙ্গান মিত্রা-নাক্তা শৌদুনা হংলকই "য়ুবরাজ কবিনো ভাকাপ-রিবদুবো?"

"নিংগোল শাগৈদ পোক্কুবা স্নুপীমচা অমা মচা ইন্দ্রুপান নিংথৌগী য়াথং থোংকইদদুনা লুহোংলবদি নুংশিরবা মাগী মতক বক্লনি হায়না ভাকপিখি।

"এ! মদুদি কবিস্নু ফত্তব য়াথং নত্তেন য়ুবরাজ! মহারাজগী মনাং-মাওদ লেঙ্ঙক্তদন অসিদা অদুম লৈথোক্লবদি কমদৌবা?"

"নিংথৌগী পাম্বোমদি তিংথোক্লকপদ মতম অসি য়েৌরক্লনি হায়ব নহাক ভাব তাদব্রা ?"

"নিংথৌগী নত্রগ কনাগুম্ব অচম্বগী পাম্বোম অমতন য়ুবরাজগী কা অসি য়েৌরকপ য়ারোই হায়ব ঐন ঐগী থাগুশাং অসিগী মতেংন উৎচ-নিঙই।"

ঙাইহাক অমুমন থম্মরবা তুংদ নৌন লুহোংলব মথোয় অনি অমন অমগী মথাদ লুম্ন কোয়ন্তুন লৈনথে।

বিন্ধ্যানা অম্বুক ঙম্ন হোৎলকপদদি মাগী নাকন্দ লৈরিব ফমুংগী শক্ক অত্র হাংলম্লে। অম্বিকা চৎথে।



## ১৩। অম্বিকা বনবাসদা

মশানা মরাল য়াজত্রুনা দাণ্ডি ফংজগে চোংথোরকপা অসি মী থরদনি : যুবরাজ অম্বিকাসু মথোয়গী মরক্তু অমনি। মহাক্না তৌবগে নিঙ্ঙন তৌরুরবা থবক অদুগী দণ্ডি নাম্থোক্না চেনগে হোৎনখদনা নিপানি মহাক।

মরম অসিনা লৃতোংবা মতুংগী অমুক অঙুন্নদা লৃহোংবা বরগী ফিজেৎ অদুমক শেত্তুনা মহাক কোন্নুংদা হল্লক্লে। মমা-পুবু খিরগ মমাগী চরণ শোক্না থুক্লু। মহারাণী নিংথৌগী মওং শেংনা থঙবীনি। মহারাজ অম্ব্রীকেতুদি মাগী য়াথং ইন্দবসি ইয়া য়াদবনি। অদুনা মহারাণীনা মচা ইবুংঙোগী মথ্বাতগীদমক নুংশা থীবা পোক্লে। মচাবু মঙক্কু কোল্লগ তেংথারকই : "হে ইবুংঙো! নহাকপু ঐন পোকচরিব অসি নপা ইবুংঙোনা হাংনবগীদমক ওইরবরা? ঐহাক হৌজিক করি তৌবা তারিবা?

অম্বিকা : ইমা করিগী নিঙবা কায়বিবগে? ঐগী লাইবক্তা তম্মন্বা অদু অদুম থোকখিবা হায়বনি ; মীওইবা পূন্নমকসে নেংম নল্লগ নোংমদি শিথিগদব ঙাকনি ; থেঙথববুদি ঙনথংপনা হেল্লা করে!

মহারাণী : পঙগনু ইবুংঙো! অশিববু কাইহৌবা কনা য়াওবগে? ঐ য়া হায়গে ; রাজধানী অসিদগী নহাক চেনখো, নশক উহন্দনা মতম থর নৈরু। নপাবুং মহারাজ নোংমদি শাউবা হল্লাবরক্তুনা নহাকপু ঙাকপিরকপা য়াই। চেনখো ইবুংঙো!

যুবরাজ হল্লকপগী পাউ তারদুনা মহারাজ কনানসু উকৌদনা মথোয়ন য়ারী শানরিউডেদা মন্ত্রীনা থৌগল ইল্লদুনা লেংশীল্লক্লে। মচা

ইবুংঙোনা য়াথং ইন্দবস্রদা শাউথিবনা মহারাজ অনিঙ্বা রুদ্রগুমখে। মচা ইবুংঙোগী কোকলেন অদুনা লৈপাক্ত ওনবা ঊনিঙ্ঙলদুনা সনা থুত্তা শঙোক্লবা থাঙ পায়থুনা মচাগী মক্তক হাইনবব তৈয়ারীদা চঙশিল্লক্লে।

খোংগল ইল্লক্লিবা মন্ত্রীনা মহারাজগী হাইগৎলক্লিবা পাম্বোম থুনা কাহৌরে হঙৎলকই : "ইনিংথৌনা ঙাকপিগনি, মহারাজ করিগী অসুম্না রাৱৌবিবগে ?"

"কবিগী ঐবু থাম্লিবনো ? ঐগী য়াথং ইন্দবা মীদি, অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু ঐনা ঙাকপিব ঙমদবনি ! ঐনা মুপী মচা অদুবু লুহোংগনু হাথবনি। ঐগী ইরাবু মহাক্ত অরেম্ব ওইহনবা ! মহাক মচগী ফল ফংগদবনি" নিংথৌনা শাউনা হায়রকই।

মন্ত্রী : "মহারাজ, মহারাজগী পুক্লিঙদা ফাওরিবা অদু ননাই ঐসু ভাব তাজে। ননাই ঐনা হঙৎচব মিকুপ অমত্তদি তাবিখো। অশাওবনা কবিগুম্ব সমস্যা অমত্তা চুম্না ফল তাহনবা ঙমদে। মহারাজন যুবরাজনু হৌজিক হাংপিরবদি মহারাজগী তুংদা কনানা মহারাজগী সিংহাসন ফাম্বহৌন লৈবাক ঙাকপিগনি ! নচা ইবুংঙো লৈত্রবদ মহারাজগী শাগে মুৎলগদবনি। যুবরাজবুদি লাল্লে, অদুবু মসি থরাই মাঙবা য়াব মরাল ওইরিব্রা ?"

"করে ; ঐথোয় চিরম অত্ত কোন্ন থন্নরসি।" অসুম্ন তাকপিরম্লগা মহারাজ থাঙথুমদা থাংগৎলিন্দুনা কা অদুদগী লেঙথোকখে।

যুবরাজদ ওনশিল্লগা মন্ত্রীন হায়রকই : "যুবরাজ, নিংথৌগী য়াথং ইন্দবগী যুবরাজ বিদ্রোহী ওইরেদো। মদুগী দণ্ডদি থরায় মাঙবনি হায়বা থঙবিরিনি। ইবুংঙো, কমদৌনা নপাবুং মহারাজগী য়াথংবু হিঙ্গোকল্লিরগনে ? যুবরাজগী পরিবারগী মরুপসু ওইরবা, অহল ওইরবা ঐনা হঙৎচরিবসি অমুক্তা তাবিয়ু। যুবরাজনা হৌজিকমক রাজধানী অসি থাদোকপিরো।

ইবেম্ম অনিমক পুবিথ্রগ মতম থরদং লোত্তুন লৈবিরু। ননাই ঐহাকপুদদি ইবুংঙোগী লৈকম থঙহনবিরকউ, ননাই ঐহাক মরক অদুদা নপা ইবুংঙো নেমথনবা অমসুং মচা ইবুংঙোনা হল্লকপ য়াননবা শীজ্ঞগে! ইবুংঙো, নমাসিগী য়েংহনা ঐনা হঙ্গৎচরিবসে অমুক তৌবিয়ু!"

মহারাণীনসু মতুমক তৌরো হায়না তাকপিরবদ অম্বিকা য়ারে; মমাসিবু খুরুম্নগা মহাক্কী রমণী অহল অদু পুতুনা সেনাপতিগী শঙ্গাই-রোমদা থোঙ শাল্লক্লে।

তালক অদুদা বিন্ধ্যানা অম্বিকা কোনুংদা হনখে, হায়ব থঙলক্লতুনা মিপাইবা পোকখে। অম্বিকা যুবরাজ মহারাজনা হাংলম্নগনি হায়না থল্লে। মরম অনো সতিত্ব ঙাক্লব মপা ইবুংঙো সেনাপতিদা মৈগী কুণ্ড অম শেম্বিনবা হায়জরে। যুবরাজগী মরা তাদ্রিব ফাওব নভ্রগ মহাক শিখে, হায়বা অশেঙবা থঙদ্রিবা ফাওবদি ঙাইগদবনি হায়ন সেনাপতিন হায়-রমই; অদুবু বিন্ধ্যানা য়াথিদরে।

বিন্ধ্যানা মৈনুংদ চঙনব অহানবা খোঙথাং হেক পাংোক্লবপদ অম্বিকা থুংঙরে। বিন্ধ্যানা তৌগদৌরিবা অদু উরদুনা চেনশিন্নক্লগ বিন্ধ্যাগী মশা ফারদুনা অম্বিকানা হায়রকই: "অপঙবী! করিগী অসুম তৌগে তৌরম্লিবনো? শিরম্লবদি কমদৌনি? ঐন থজিজ্ঞং পঙ্গরম্নবদি কমদৌরমগদবা!" পিনা জীরা চেল্লবা মিৎ অনি অদু রুমালনা নপখোকলে।

থুকগৎপ নেমথরক্লবদ অম্বিকানা হায়রকই: "বিন্ধ্যা! ঐখোয়গী মন্ত্রী অমসুং ইমাসিনা ঐবু রাজধানী থাদোক্তুনা মতম থরা চৎথোক-উনবা তাকপিরে। ঐহাক ঐগী ভার্য্যা অহল বিজয়াবু পুরি; মহাকসু চৎকে হায়রবদি ঐখোয়গ লোয়নন চৎখিব য়ারে।"

বিন্ধ্যা: ইবুংঙো! মতবু ঐঙোন্দা অমুক হংবিক্ম থোকপ্রা? ঐহাক্কা ইবুংঙোদগী করম্না থাইদোক্তুনা লৈহোগনি? ইবুংঙো অমসুং ইচেমসিনা

বনবাস চৎপসিদা ঐহাক্ত লক্ষ্মণ ওইজগনি। ঐহাকসু পুসিয়ু।"

যুবরাজনা মহাকপু কোল্লে। সেনাপতিন খৌরাং তৌবিরবা দোলাই অমদ মখোয় অচুম বনবাসগীদমক খোঙ শান্দোরক্লে। মখোয় অচুম নাকন নাকন ফম্বসিদা করম্বনা বাৎনা ফজবগে হায়ব অরাইব নত্তে। সহর অদু ভুংওইনংহৌরগ মখোয় বন অমগী মস্থংদা চৎলক্লে। মুংথিল মুংথিলদা মখোয় চংলগা অভিং ওইরক্লবদা মফম চাবা য়েংত্নুনা পল্লী।

নোংমা মুমিদাংরাই অম অম্বিকানা শক্তি অমা উরমই। মুমিৎসু তাদ্রি; অম্বিকানা শক্তি অদু ফানিংলে। অম্বিকা দোলাইদগী কুমথরে; মহাক্কী রমণী অনি অদু দোলাই পুবশিংদা শিন্নবম্লগ লীরুং-ক্তেন পায়দুনা শক্তি অদু তান্নরক্লে।

শক্তি অদুনা চোংল চোংলদুনা, মখক মরক্ত হন্না হন্না য়েংলদুনা মাবু তাল্লক্লিবা যুবরাজবু কল্লাংনবা মওংদা চেল্লমই। মমাঙডেদা শ্রীরামচন্দ্রদ তৌবগুম শক্তি অদুনা অম্বিকাবু লাপ্প পুথোরক্লে। মুমিৎ তাথদুনা যুবরাজ কল্লাংনরে। চিমম্বনা লৈরিংঙেদা লমচক্কী শান থোংবগী মখোলন অমুক জ্ঞান অনগিদে। মহাক্কী শবস্থাদদি লায়থোক্লদুনা দোলাই পুবশিংগা মহাক্কী নহা ওইরিবী রমণীশিং অদগী সাংতক্লবা পোক্লক্লে। বন মনুংদা অসুম কোয়চৎ চৎলকপদা মহাক্ত মহাক্কী কাঙবু লৈহৌবা মফম অদদি উচিক নাচিক্না হৌরক্লে। অদুবু অম্বাবদি, মফম অদুদা মাগী কাঙবু অদু লৈরমদে!

মরৈবাক্কগী অরাবা চাদনা থোবক্লবা অসিদা বন মনুংসিদ অমুক হেল্লা বাবা মতাং অমা নঙলবসিদা মমিত্তগী পি জর জর শিন্থবক্লে। অমুক আশা য়াউদন হিংলুগদবগী শরুক আত্মাঘাট তৌবসিরা হায়বা ফাও খল্লুরে।

মহাক পুক্নিং ক্ষানবা হোৎনরে। মতুংদদি মহাক্ন খাম্বাঘাট তৌগে থল্লুবা অপঙবা রাখল অতুদা নোক্নিংবতুম পোক্লক্লে। মহাক্কী রমণী অনিনা মাঙোন্দগী কায়নখিবা অদু মথোয়গী লাইবক ফরবনি হায়না খল্লে। দোলাই পুবশিংন তেংবাঙদুনা মথোয় পুন্নমক সম্পাঞ্জিপুররোমদ হল্লমদুনা মহাকপু ঙাইদুনা লৈরম্বা য়াই, নত্রগা মথোয় অতোপ্পা লৈবাক অমা য়ৌথিদুনা মহাক্কী মন্না-মপাউ তাবা ঙাইদুনা লৈরম্বা য়াই। অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ মহাকপু কোয়তান তান্নরিবা তমাখিবা লাইবক অদু মথোয়গী শরুক থুংলরোই। অসিগুম্বা অবস্থা অাসদ মহাক্ন মঙোন্দ থোক্নব পুন্নমক মায়োক য়াদুনা লৈরগ অফব মতম লাকপ ঙাইদুন লৈরগে খল্লে।

অসুম খল্লতুনা, মহাক্ন চিঠি অমা ইরগা চাউরবা উজাও অমগী উশাদা অচৎ অওক্না হেক উগদবা মঙদা থেৎলম্লে। চিঠি অদুগী ভাবার্থাদ— মহাক্কী স্থপী অনিমক মাঙখুবদ মহাক সন্ন্যাসী অমগুম্না কোয়চৎ চৎ-খুগনি অমসুং মতুংদা থুনা মথোয়গা থেংননবা হোৎনগনি হায়বসিনি।

কোক্তগী পোংলুম থাখুগা য়াইশংবা পোকপগুম য়ুবরাজ অম্বিকা য়াইচিনবা হস্থরতুনা অয়ুক ওমা মকম অতু থাদোকলমতুনা মাগী পূক্নীংনা চিংবা মায়কৈদা চৎখে।

# ১৪। যাদুগী শাড়ী থিবদা

অসুম থোকউ হায়বত্রনা যুবরাজ অম্বিকা শক্তি তান্নরকপদা মম-থোকখিত্রনা কধী লম্মাওনখ্রে। মঙাক্না মহাক্কী রমণী অনি অমম্তুং দোলাই থনম্বা মক্ষম অত্র অমুক য়োরক্লে হায়না থল্লুবত্রুদি পাঙ্গেশেংবদি মহাক অত্তোপ্প মক্ষম অমদা লাক্লবনি। পাকথ্রবা লমজাও ওইরবা বন অত্রুদদি অমগা অমগা মান্নবা মকননি মশীং থঙদনা লৈরিবনি। লাইবক্ক তম্বু ওইরবস্তু, মতা থোকউবরু ওইরবস্তু মহাক্কি য়ারেপ অমগা লোয়ননা চংখ্রে।

নাকল অমরোমদা মহাক্কী রমণীশিংগনা অহিং মিৎশেং থাঙ-ত্রুনা পূক্নিং শাংতক্লনা দোলাই মনুংদা যুবরাজ অম্বিকা হল্লকপা য়েংত্রুনা লৈরি, দোলাই পুবশিং অমুনা অহিং চুপ্প সন্ত্রী তৌত্রুনা লৈরি। মখোয়গী মনুংদোলা হল্লক্কবদা, হল্লকখিগদ্রা হায়ত্রুনা আশা অমুক তৌ, হল্লক্লমোইদ্রা হায়না অমুক নীংবা কায়ত্রুনা নুংশা থীবা পোকই; ঈশ্বরদা প্রার্থনা অমুক তৌই, অমুক কপই

নোং ঙাল্লক্লব ফাংবা যুবরাজ হল্লকপগী থুদম অমতা ফংদ্রে। মতমসিদা বিজয়া পূক্নিংগা য়া ফোঙদারক্লে। মঙাক্না তেংথাদ্রুনা হায়রকই: "মহাক্কী দশা পুবা নুংগোংব অসি হোৎনমদ্রবাদ ইপুরোইবগা ঐহাক্না শেংনবগী অরাবা অসি ফংলমলোইদবনি।"

বিন্ধ্যাদি বিজয়াগী ইপত্ত পঙজবা মওং অত্রদা শাওবদি লাইরত্রুনা মাগীদমক য়া বিবা পোক্লে। থোনা ফবী নুপীনিনা বিন্ধ্যানা মোমোন তৌরগা বিজয়াদা হায়রকই: "ইচেমসি! ঐহাকপু হায়বিনিংবা মওংদা হায়বিয়ু, ঐহাক য়ারোইজরোই। মসিমদি ঐ হায়গে: ইপুরোইব অত্র কদোইঙেদস্তু থুদোং থাবা তারম্মোই। মহাক্কি য়োংকা থুপ্পা ওইত্রুনা লৈরবনি। লাইবক থীবা কয়া নওত্রুনস্তু মহাকপু অরাবা তাহনবা ঙম্মোইদবনি।

কৈনা শিল্লিবা কাওবা কনাবুম্ মাগী মশাদা নালহন্দে হায়বা তাবিল্লনে? কস্তুরী পুবা শক্তিশিংনা শিল্লিবা কাওবা কস্তুরী অম্ভ থাদোক্কে। মখোয়গী মপুরোইববু ঈশ্বরনি লৌরবা পতিব্রতা ওইরবী মুপীশিং অদুনা থুদোং থীরবা মতমদা কদৌঙদম্ম নিঙবা কায়বা তৌদে। মখোয়না মপুরোইববু থাজব অদুমক্তুন চীং কাওব ফুকপা ঙমগদবনি। ইচেমসিন ঐহোক্ক ইতেং থরদং পীবিরবদি ঐখোয়গী ইপুরোইবা অসি থিবদা মহাক্ত বন অসিদ লৈরবম্ভ নত্রগ পৃথিবীগী করিগুম্ব মফম অমদ লৈরবম্ভ-ঐহাক্ত মাগী খোঙ্গুল লীব শোয়দন ঙমগনি।"

বিজয়া : ঐহাক লাংতক্কবনা হেনমনথিত্তনা ঋাঙা অমা শোয়থমাল্লে। তেঙবাঙবগী ঋাদি করি তৌসি হায়বগে তৌরসি, ঐখোয়গী ইপুরোইবদু থুনা ফংনবা তৌরসি।

বিন্ধ্যা : ঐগী পোথিদি অসিনি : ঐন ঐখোয়গী ইপুরোইবগী থাঙ. চুঙ্গোয় অতৈ থুৎমু খুৎলাইগা লোয়নন৷ ফিজোল অসি শেৎচিনবা তারে হায়বদি ঐহাক যুবরাজ শাবা তারে, ইচেমসিনা ঐগী মুপী শাবিবা তারে। ঐগী ইতুংদমক ইনবিরকউ, করিগুম্বদদ ঐহাক কনানো হায়বদু কনাদস্থ হায়দোকপিরোইদবনি। থবক মহয় য়ানবদি শোয়দ্রবা পোৎনি। করি হায়বগে ?

বিজয়না য়ারবদা বিন্ধ্যানা অম্বিকাগী ফিজোল পূয়মক শেৎচিল্লে; য়েংবদা মহাক অম্বিকা মাল্লে। অহিং ভুমলক্তবদগী তুমথরবপদা ডায়রিব দোলাই লেঙশিং হৌদোক্লগা মখোল ওন্থোক্লদুনা বিন্ধ্যানা লাউরকই : "অপঙবশা! নখোয়না সত্রী তৌরমলিবা অসিদি অসিরা? ডাকুশিংনা অহিংদা ঐগী ঙরাংদা লুহোংলক্লিবী বিন্ধ্যা হায়বী মুপীদো পুখ্রেদো! কদাইদা থিরনি? করম মাবু ফংনবা হোৎনগনি? ঐখোয়না

হংবা, খিবা য়াবা নকুবা খুঙ্গং অমদা নৎত্রেগা সহুর অমদা ঐখোয়বু থুনা পুরো !"

য়াকম অসি ভাবদা অমসুং শাশিন্নবা যুবরাজ অম্বিকাগী মতৌ উবদা কিরবুনা মখোয়না লৈবাক অম ভাগ্র দোলাই অতু পুকুন লাক্লে।

লম্বীদ অম্বিকা যুবরাজনা থেৎলমলিব চিঠি অতু দোলাই-লেঙ অমনা উবে। বিন্ধ্যানা চিঠি অতু লৌথহল্লুরে; চিঠি অতু পারগ মরোল অতুদ কুংভাইরদুনা চেৎন হেপশিনখ্রে ; খোঙচৎ অদু অরুক লৌথনব য়াথং পীরে।

কাংবু অতু চাওথৎপ মতৌ মাঙ্গদ সহুর অমদ থুংলরে। মকম অতুগী মী থুংকম শঙ অম খিরগ বিন্ধ্যানা মহাক সম্পাজ্ঞিপুরগী যুবরাজ অম্বিকানি হায়ন খঙহল্লে। মখোয় লম কোয়ব লাকপনি, মাগী কাংবুগী লৈফম, চাকম খিবি ; মতুগী মমঙ মতিক চানা পীগনি হায়ব খঙহল্লে। মখোয়বু লৈফম অমসুং চানব পীরে।

অহ নংদি বিজয়া পোথি অতুদ খরাং য়াঙরমলবসু পোথাংম খঙদব পোক্লে ; সহুর অতুদ মখোয়গী মপুরোইব য়ংগনি হায়ন করম্ন অাশা তৌরিবনো হায়ব মহাক বিন্ধ্যাদ হংলক্লে। খাঙদুন লৈননব হায়রগ শাশিন্নব যুবরাজ অম্বিকা অহিং অতু মফমদুদ লেপ্লে।

লৈবাক মচা অতু গুণপতি কৌবা নিংথৌ অমনা পাল্লমই। মহক্কী মন্ত্রী অতু মতম থরগী মমাঙদ লৈখিদ্রে ; মরম অদুনা মতা চাবা হৈ-শিংব থবক চুমগদব নহা ওইরিব মী অমতং মাগী মন্ত্রী ওইবিনব থেংলম্মী।

মতু তারবদ বিন্ধ্যানা গুণপতিদ মহাক সম্পাজ্ঞিপুরগী যুবরাজ অম্বিকানি হায়ব খঙহল্লগ মহারাজগী থমোই চাউব অমসুং লৌশিং শিংব গুণ অতু তমজনিংবদগী মহাক মহারাজগীদ লৈতুন মহারাজগী মখাদ থবক তৌজনিংই হায়ন হঙ্গৎলে।

শাশিল্লব যুবরাজ অদুগী মতৌ অদুদ পেল্লদুন গুণপতি নিংথৌন মঙোন্দ মরাগী ফম পীরে; মহাক্না লৈনব শঙ্গায় অচৌব অম পীরে। মফমদুদ লিঙ্কানা বিজয়া অমস্থুং মাগী কাণ্ডু পুশিন্দুনা লৈখ্রে।

থা অহুম চুপ্প শাশিল্লব যুবরাজ অম্বিকান থবক তৌরক্লে। অনৌব মন্ত্রী অসিগা থবক ভম্বা মতম অদুদ রাজা গুণপতি পেনখ্রে। বিজয়াদি মতম পুম্ব ঙাইরমদব পোকখ্রে।

নোংম অহিং অমা মাচক মরি ওখোল তাথিব্রব অথেম্বদ মীওইবগী নত্রব খোল্লাউ অমা তাখি। খোঞ্জেল অদুদ সহর পুম্ব থক থক নাক্রবোই নিঙনখি। খোঞ্জেল অদুগী মরম খঙ্ঙনব নিংথৌন কৌহল্লরবদা শাশিল্লব যুবরাজ অম্বিকান থাগ্র শত্তোক্লগা খোঞ্জেল অদু লাকপ মায়কৈদ চেনখ্রে। মখোল অদু অমুক হল্ল তারে। মখোল অদু মী অশিব সংস্কার তোফমদগী ওইরম্লে। থোনা ফনা মফম অদুদ চণ্ডশিবদাদ মী শাংলব শগাই অমদ অশিব হকচাং অম য়াওনা লৈব অমস্থুং মদুগী মথাদ হনুবী অম ফম্ব মরাক্ল উরে। শাশিল্লব যুবরাজ অম্বিকান থাগ্র মতোল অদু হনুবী অদোমদ খিল্লগা হায়রকই; "নংাক কনানো? অশিব হকচাং অসিন কনাগীনো? কারগীদমক অনিগুম্ব মতম অনিদ মফম অসিদ ফমলিবনো?"

হনুবী: মহাশয়, নিংথৌন ঐগী ইচানিপাসিদু হাৎলনব য়াথং পীখ্রে। অশিবা হকচাং অসি ঐগী ইচাগিনি। ইপুংঙো নহাক্না মসি লোথবিদুনা ঐঙোন্দ পীবিরবদি ঐহাক্ন নিয়ম চুম্ন ইচাগী হকচাং অসি পোংলোইজবা ঙমগনি।

শাশিল্লবা যুবরাজ অসিন অশিব হকচাং অদু লৌগনব চণ্ডশিবমক্তদ হনুবী অদু অকিবগী মশক ওইনব ময়া থিন্দোক্লবা, খুঞ্জিল অকোনব পাল্লব হিংচাবী অম ওল্লক্লে। অদুগ শাংলিদ চেল্লিব ঈনা ঈচেন লেপ-কদবা মওংদ, সংসার পুম্নমক কিবন থক থক নৌক্লগদব মওংদ অমুক

ঙংলক্লে। মিকুপ অমতংদি শাশিন্নব যুবরাজ কিবনা নাকলমই, অদুবু খুদক্ত তপথজ্রনা মখোল হৌন হিংচাবী অদুদা লাউরককই : "নডবু কনানো ? হেল্লোইরা নত্রগা হিংচাবীরা ? নহাক চুম্ম থুমদ্রবদি থাঙ অসিনা মতুপ অনি থোক্না কক্লগদবনি।"

হিংচাবী অদুন নোকঅদন ঙংলম্মী ; অদুগা হায়রকই : "ঐহাক্তি রাক্ষসী অমনি, ইমিংন অশু-ভেরশু কৌই, মতৌ অনম্ম মাশিংদু হথুং চন্নবা তৌব অসি ঐগী হৈনবীনি, পৃথিবীগী কল্প-কল্পবশিং অদু অমুন্ন ঐনা চানে।ক্লিখ্রান ! অদুগা নহাকনুক থোনা কব অসিদি ঐদ থেনা ক্লু ; ঐগী ইখোল ভাবদা, ঐগী ইশক উবদা পৃথিবী পুম্নমক নিংরিবনি। ঐগী নিয়ম ওইন ঐহাক মুপীদি চাদে ; মরমদি ঐম্ম মুপানিদো। নহাক মুপী মনম নম্মী, অদুনানি নহাক্না হৌজিক ফাওব হিংদুনা লৈরিবসে। ঐগী ইরুদ থরমু খডনিংলিব্রা ? ঐগী ইচানিপা মডা লৈ। ইচন হনব অদুনা পুরেপুদি লৈ। মহাক্লী মচানুপা অনি লৈ-মখোয়নিমক মশিংউবনি। ঐগী অতোপ্প ইচাশিং অদুন মনামেরদা লৈ। মখোয় মশিং লৈরব রাক্ষস ভাওনি ! ঐহাক্তনি কোইচং চংলিব অমম্লং মশিং চাডরব মীগী মীশা চারিবসে। হা-হা-হা !"

বিদ্যা : হিংচাবী ! অসুম তৌদনা নহাক্ত মী কয়া হাৎনদা ? ঐগী থাঙ অাস উদ্রা ? যাদুগী থাঙনি। কনানম্ভ মসিগী মমাঙদ থাডব ঙম্মোইদবনি। নহাক অমুক শাংখনা সংসার অসিদ লোগদব লৈত্রে ; ঐনা নহাকপু হৌজিক যমালয়দ থারগদবনি।

অসি হায়রগা মহাক্ত হিংচাবী অদুগী মায়কৈদ থাঙ অদু ফর্সি হাইরক্লে।

"অমুক্ত ভাইখো ইচুংডো। ঐহাক্ত নংগী মাঙনবা করিমত্তমু তৌদন নহাক্ত ঐবু করিগী হাৎকদোরিবনো ?" হিংচাবী অদুন যেংলকই।

"ফজনলিংবু মাঙ্গহনবা হায়বসি ঐখোয় নিংথৌমচাশিংগী (অকল-অপোশিংগী)। ভোগদব ইথৌ অমনি। নহাক লুংশিবিবা য়াবা জীব নত্তে।" শাশিন্নব-যুবরাজন হায়রকই।

ইবুংঙো ঐন হায়ব তাও! ঐন নঙোন্দ ঐগী যাড়গী খুদোপ অসি পীরবনি। নহাক্ত খুদোপ অসি শিন্নিব মথৈ রাক্ষস অমতন নহাকপু মাঙহনবা তৌরোইদবনি। শাড়ী অসিমসু নঙোন্দ পীরবনি। শাড়ী অসে ফজনা লাংখদ মপা লৈতবনি; পৃথিবী অসিদ নহাক্ত অসিগুম্ব অম ফংলরোইদবনি। পোৎশিং অসিগী মরুৎ ওইনা নহাক্ত ঐবু ন্নশিবিয়ু, ঐবু কনবিয়ু। ঐহাক অমুক দন্ন নহাক লৈব মফমদ লাক্লরোই!"

পাউগুম অনুক ঙাইব ভোমন হিংচাবী অমন পোৎশিং অদু শাশিন্নব যুবরাজ অড়গী মখুত্ত হাপলে; খুদক্ত মহাক, মীহাৎ-শগাই অমসুং অশিব হকচাং অদু লৈখিদ্রে।

মখমদা হল্লক্লগা বিক্যানা হিংচাবী অহুগা থেংনবকপগী বারী অদু বিজয়াদ তম্লে, অদুগ শাড়ী অদু পীরে।

নোং ঙাল্লগ অযুক্ত মতাক্ত হিংচাবীগ থেংনবকপগী বারী অমসুং মহাক্ত গুণপতি মহারাজগী লৈবাক্ত অমুক হল্লক্লরোইদোবগী বা অদু নিংথৌদ হঙ্গৎলে।

নিংথৌন শাশিন্নব-যুবরাজবু মহাক্ত ভৌকরিব অদুগী য়াম্ন থাগৎপিরে।

লাইবক ফরবনি, তান চারবনি হায়ন ঐখোয়ন থন্নরবা পোৎ অদুন মতম থজিক্তগী মনুংদ খুদোং থীনিঙাই ওইরকপ অসি ঐখোয়ন তোয়ন তোয়ন উবা ফংই; মদুগী ওন্ন-তৈনবসু তোয়ন উই। হিংচাবী অদুন পীরম্বা মমল নাইদ্রব শাড়ী অদু লাইবক ফবদগী নত্রগ তান চারুবদগী ফংবনি হায়ন বিন্ধ্যান খল্লম্মই; অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈনবা ওইরক্লে।

বিজয়ানা শাড়ী অত্র শেৎপ নোংমদি নিংথৌগী মচাইবেম্মশিংন উক্লরে। মত্রগী অরংব ফজব অত্রুদ কল্লকপ, মিহৌব পোক্কুন মথোয়সু অত্রুগুম্ব অমমম শেংনিংলত্রুন মথোয়গী অপাম্ব অত্র মথোয়গীদমক লাওবিনব মমাদ হায়রকই। রাণীন অমক নিংথৌদ হঙ্গংলে। নিংথৌন শাশিন্নব যুবরাজদ হাবরকই; "অদিকা! নহাক্কী ভার্যানা (বিজয়ানা) শেলিব ফজব শাড়ী অত্র কদাইদগা কংলুবগে? ঐগী ইচাশিংন অত্রুগুম্ব থর পাম্মে। নহাক্ক থরদং ফংহনবিব ঙমগত্রা?"

"ও, অরংব শাড়ী অত্রনিকো তাকপিরিবসে? মদু রাক্ষস অমন ননাই ঐহাক্কী ইকুবু পোকপ অহল অত্রদ পীবিরম্বনি। মতুংদ ননাই ঐগী ভার্য্যাদ পীবিরকপনি। হৌজিক রাক্ষস অত্র মহামেরুদ লৈ হায়ন তাজৈ। মহাক্ক পাউ ফাওনবদ থা থরদি চঙগনি।" শাশিন্নব যুবরাজ অচন খুল্লাই।

নিংথৌ অত্রুসু অত্রুগুম্ব শাড়ী অত্র মচাশিংগী থর ফংনিংবদগী শাশিন্নব যুবরাজ অম্বিকাবু শাড়ী পিবা চংখিনব য়াথং পীরে।

বিদ্যানা বিজয়াবু পুরিং ওপথন লৈরম্নব পাউমেল্লে; মহাক্ক শাড়ী খিবা চংগাসিদ মপুরোইব থিবগী কান্নরব থোঙচং অম ওইবসু য়ারি হায়রে।

# ১৫। রত্নাবলী

লোগদব থৌওং খঙব অমত্তুং থাদ্রেব কনব, চাইব কনবগী উরোকশিংদ প্রমান তৌনৈ। মথোয়না ঈশাং মপান্দ ভুমিগী কেওদন লৈ, ঈমাইদ চাখৎলকপ অহানবব ডা মচা অমা লাকই। শাশিগী য়ুবরাজ অম্বিকা অসিগী অহুগুম মাওইনি। মহাক্ক মাগী শগোল তোংলদুনা পুষ্করপুরী য়োনব শাড়ৌ থিবা হুমিং করানি চুপা থোরকপসিদ মাগী পুক্নিং রাখল, মিং অসি থাঙ্গশেংব য়ুবরাজ অম্বিকা উরবাদ, মাগী পাও খজিত্তুং ফংলবদি ভায়দুনা নিং-না শিংদুনা লৈখুবনি। পুষ্করপুরী য়োরবদ মহাক্ক ব্রাহ্মণ অমগাদ খুংকম ওইরে।

নৈবাক অদু, স্বর্গেশ কৌবা নিংথৌ অমনা পাক্রমই; মহাক্কী মচা হুবেম শৃঙ্গর বেণী কৌবী অমা লৈরমই। নিংথৌ অদুনা লোইনা মচা হুবেম শৃঙ্গর বেণী কৌবী অমা লৈরমই। নিংথৌ অদুনা লোইম মচা অমা মঙ্গলম্মী। মঙ অদুদ মহাক্ক মলংলা মনা পাম্লব মাগ মুক্তানা মতম য়াম্লব লুপাগী উপাল অমদ ফমদুনা বীণা থাবা এক্ত্তাঙুম কচরবী য়ুবতী অম উরম্মী। নিংথৌ অদুনা অঙ্গুম লাউথোকচে—নঃকী মঙদ উথিব অদু অশেঙব ওইনা পুথোকপা নিপা অদুদ মাগী মচানুপী পীগনি হায়না।

শাজিন্নব য়ুবরাজ মদু ওবদ তুংডাইব পোক্লম।

অহুং অমা অম্বিকা শাজিন্নবব বিদ্যা ঙাংচাবা অগুগ্নতুনা লাউখিব থোক্তেল অহুগুম অকিব থোক্লাউ অমা ঙারম্মী। মহাক্ক মহু মহাক্কী মচানিপা ওইরমগনি হায়না খল্লমই। মহাক্ক হংবদ ব্রাহ্মণ অদুনা হায়রকই—"মহু সহর চিদাইদ পাং অমদ লৈবা রাক্ষস অদুনা লাউব

ওইরিগনি ; হিংচাব অদু লিন অচৌব অমগী মশক লৌতুন লৈ ; মহাক্কী লৈফমদগী থোরক্লগ মপূক লামলবদি অকিবগী মশক ওইরব থোঙ্খাং অদুদ হেক লাউই ; মহাক্ক ফংব জীব অদু য়োংলগ মাগী লৈফমদ অমুক চঙথি। মাগী থোঙ্লাউ অদু তাবদ সহর অসিদ লৈব মী পূম্নমক মাগী মাগী ময়ুমদ চঙতুন থোঙ লোন্দুনা লৈই।”

শাজিন্নব যুবরাজ অসিন রাক্ষস অদু অণ্ড-ভেরণ্ড হিংচাবীগী মচা শোয়দন ওইরমগনি হায়না খল্লে। মরম অসিন মহাক্ক অহিং নোং-য়াইদ সাতুগী থাঙ অদু পায়রগ অমস্তুং হিংচাবীন পীরম্ব যাত্নুগী খুদোপ অদ, শিজিল্লগ পুন য়াংনা পাং অদ, য়োনব চংখ্রে। মহাক্কী লম্বী অতুম্ব কিনিজোকইন থল্লব লম্বানি ; মহোশানা মথাই পান্দ্রব পোং কাওব রাক্ষস অদগী কিবদগী তুমিন-তুমিন লৈরবোই থাদি।

পাং অদু য়োনদ 'বন্ধ্যানা হিংচাব অদু কাইথোরনব ইশিংদ লৈতুম অম চঙ্গবে। হিংচাব অদু মাগী লৈফমদগী চাউরবা লিন অমগী মওংদ ঙব হোন্দোকপদ মে থিংঙক কামথোক্লতুন থোরক্লে। লিন অসিন মনাক য়োরক্লিব কাওবদি শাজিন্নব যুবরাজ অসিন করিস্তু থোশাদব শারদুনা লেপ্লমই ; মনাক য়োরকপদ মাগী থাঙদোন অতুম্বা অদুনা থিনগ-দবগুম লিন অদুদা থাঙদোন অদু ওনাশিল্লমই।

থদক্ক লিন অদু অকিবগী মশক ওইরব রাক্ষস অম ওন্থোরক্লে অমসুং থাঙদোন অদু করিস্তু থোশাদব উত্তুন মথোল হোৌনা নোক্লম্মী।

শাজিন্নব যুবরাজ : ননানো নহাক ? করিগী নোক্লিবনো ?

রাক্ষস : পৃথিবীগী মী পুম্নমকন কিনরব ঐঙোন্দ নহাককুম্বী মুপী মচা অমন থাঙদোনগকা মমায় লৈশিংকপ অদুদাদি য়াম্ন নোক্লিংউরে। নহাক্কী থোনা অদুবুদি থাগংনঙাইহান ; হৌজিক ঐঙোন্দা নহাক্কী মরম থরা হায়য়ুদনা ?

য়াই ; অত্তবু কনানস্থ মাবু উনবা ফংলোই ; মরমদি ঐখোয় লৈফম অতুদ চঙব ঙম্বদি ইতোমক্তনি।

শাশিম্নবা যুবরাজ : এঃ মতুদি করিগীনো ? কনাগুম্ব নঙোন্দগী হেম্ন মতিক লৈব অমন নহাকপু হাংথ্রবদি কমদোবা ? মতমতুদদ নহাক্ক মহাকপু থিংবা ঙমথিগদ্রা ?

রাক্ষস : সংসার অসিদা ঐবু হাঙ্গপ ঙম্ব কনাস্থ লৈতে। লৈ হায়ন থম্নরবা ফাওবদা মহাক্ক ঐগী লৈফমদ চঙব ঙম্নোই।

শাজিন্নবা যুবরাজ : "মতুগী অর্থদি ?"

রাক্ষস : হা-হা-হা ! অতু ফাওবদ ঐগী লৈফম য়োনব শোজৈদি ঐঙোন্দ লৈরে ! ভাব তাব্রবরা ? ঐবু হাংলবা তুংদা— হাংপ ঙমজখে হায়না থম্লবদ— মহাক্ক ঐগী লিনগী য়াশিং অসি শক্তোক্কদবনি ; য়া অমা ঈশিংদ লংথবদ ঐগী লৈফম অতু য়োব ফাওবগী লম্বী কাংকনি মতু নত্রিব মখৈ চঙনিঙাই উপাই লৈরোই। মহাক্ক ঐঙোন্দ করিস্থ তৌবা ঙমদ্রিৱৈদ ঐহাক্ক মাবু হেক্ক য়োংলগদবনি। নহাক ইমাগী মরুপ ওইরম্বতুনা ঐন নঙোন্দ তাকথোকপনি। হৌজিক নঙন চংকদব লম্বীদ চভ্রনা নরাইবক য়েংজরুরো !

অসি হায়রম্লগ রাক্ষস অতু লিন ওন্দুনা হনথিগদবগী মমায় লৈখে।

নোংথাংমুক থুনা শাশিম্নব যুবরাজ অম্বিকান মাগী যাতুগী থাজ অতুনা হনখ্রিব লিন অতুগী মকোক্ক অস্থক্কী মতিক কম্না হাইখি মতুদি লিন অতু মশাগ মকোক্ক তোঙান তোঙান থাখে। হিংচাব অতু শিরে।

অমুক পন্থব তৌদন শাজিন্নব যুবরাজ অসিন লিন অতুগী মথয়াঙগী ময়া পুন্নমক শক্তোক্কে। ময়াশিং অদু হু পঙনব ঈশিংদ চামথোক্লগ অমতং থাকহৌরগ পুন্নমক ঙুরিংথাউদ হাপচিনখে। থাকহৌরিব ময়া অমদো ঈশিংদ লংথরে।

মমাঙৈঙদ বাসুদেবনা পোকপর ঙাইরিব শ্রীকৃষ্ণ যমুনা লাম পুরকপদ ওইখিব মতৌ অদুগুম পাংকী ঈশিং অদুদ লম্বী অম ফংলে। লম্বী অদুগী মতুং ইন্না চৎখিবদ ফজরব সংসার অম লৈরম্লে। লম অদুগী ময়োন্দ সনান মনা ওইনা পায়রব, মণি-মুক্তান মহৈ ওইন য়াল্লব লুপাগী উপাল অম লৈরমলে; উপাল অদুগী মথক্ত থোইদোক হেন্দোক্ল ফজরবী যুবতী অম বীণা থোংদুন লৈরম্মী।

লাংতবকন তম্লিব মওং অসিদ ঙকথদুন শাজিন্নব অম্বিকান 'রত্নাবলী' হায়রন কৌরকখি।

অতোপ্পা মী অময়া মাগী মমিং পন্দুন কৌবকপসিদ রত্নাবলী থংপ্রেক থংই; মগাক্ল শাজিন্নব যুবরাজবু লমঙ্গ কমদ উবদ অকিব পোকখি; মরমদি মপাবু হাংলম্লগ কনাগুম্ব অমত্তন অদুম্ন চংলক্নি হায়বসে মহাক্ল থনব ঙমদে।

মাগী লাংতক্লব অদু কোংদোক্লব পোক্লেন্ন শাজিন্নব যুবরাজদ হংলকই; "নহাক কনানো? কমদোন মফম অসি পোক্লকপগে?"

শাজিন্নব যুবরাজ; ঐহাক সম্পা-পুংগী যুবরাজ অম্বিকানি। নপা ইবুংঙোগ ঐগ পাংপান্দ উটৈ, ঐগী ইশক অসিদ পেনবিরদুন ঐবু নহাক্কী মতিক চাবা ববনি হায়ন থনবিদুন মফম অসিদ থারক্লিবনি।

রত্না: নহাক্কী বা অদু বাহৈ অম ফাওব থাজব ঙমদে—ঐগী ইপাদি মীন মায়থিব পীব ঙমব নত্তে। নহাক্ক অসুম্ন য়ানব তাই—নহাক্ল ঐগীসিদ করম চংলকপ হায়বত্ত্ব শেংন হায়ব তাই; নত্রবদি ঐগী লৈজব শক্তি পুথোক্তুন মফম অসি মৈ পূমথা থাব তাই, মদুদ নহাকসু চাকথিগদবনি।

শাজিন্নব যুবরাজ: অচুম্ব হায়দোকপদ ঐঙোন্দ করিসু থোইদোক্তে; অদুদ নহাক্ল নপা ইবুংঙোবু কনানসু মায়থীব পীব ঙম্মরোইদবনি হায়ন

থাজরিব অদুনি ঐনা ভাব তান্দ্রিবদি। নহাকপু রাবণ, শুরপদ্ম, মধুকৈতভা, হিরণ্যাক্ষনচিংবগী রারী তান্দ্রিবরা? নহাক্কী নপা ইবুংঙোন মথোয়দুদগী হেন্ন শক্তি লৈ, মপাঙ্গল কল্লি হায়না থাজবুনে? অদুবু মথোয়দো কমদৌথিবগে? ঐহাক হায়রগে তাদো। কিষ্কিন্ধ্যাগী রাক্ষস অদুবু মতৌ করম্ন হাংলদ্ব অমন্নুং মকম অদুদ মতৌ করম্ন চঙলকথিব হায়বদু তশেং তশেং তম্লে।

মিকুপ অমতংদি রত্নাবলী মপা হুংশিবদগী কপলম্মী। মশাবু থেমজঙ্গরগ রত্নাবলীন হায়রকই; যুবরাজ! ঐহাক, ইপাগী লাম্বা ওইব, ইপাবু মায়থীব পীব ঙম্ব কনাগুম্ব অমদ লুহোংগে নিঙদুনা লৈরম্লিবনি। অদুম্ব মীশক অদু যুবরাজন ওইবিরে। হৌজিক ঐন হায়জগদব হায়ববু ঐহাকপু যুবরাজগী রমণী ওইনা লৌশিনবিরো!

শাক্তিন্নব যুবরাজ: নহাক্ক নিঙবমক তৌগনি।

রত্নাবলী: রা অমতংগ ... ... ... ...।

শাক্তিন্নব যুবরাজ: করিনো, হায়ম্ম।

রত্নাবলী: ঐগী ইনাও হুপী মানিক্যবলাগ ঐগ বর অমতদ লুহোংমিন্নসি হায়না রাশক্রথুবনি। অদুন মহাকপুন্ন যুববাজগী ভার্য্যা ওইনা লৌশিনবিয়ু। মহাক্কি ঐগী ইতোনশিংগ মহামেরুদ লৈ। যুবরাজন লেংবিরগ মহাকপু মকম অসিদ পুরক্লবদি ঐথোয় অনিমক যুবরাজদ লুহোংব ঙম্নগনি। ঐগী ইতোনশিং অদুদি যাম্ন শাথিব ঙাক্তনি। মথোয়গী ময়াম্ব, ঐগী ইপা অদু যুবরাজগী খুত্তাশিরে হেক থঙবগ মথোয়ন যুবরাজবু মচেৎ-মচেৎ শেৎতৎখিগদবনি। অদুন ঐহাক্না মথোয়গী ময়াম্বন ইবা শারদুনা চিঠি অমা ইনা পীজগে; অদুম তৌরবদি পুম্নমক লায়না থোক্লগনি।

শাক্তিন্নব যুবরাজ: করিসু হুংশা থিরুনু! ঐহাক চিঠি পুখিগে? অদুগ নহাক্কী নবেনবোকনা পীব খুদোপ অসিসু য়াওরিদনা! মতম থরগী বিদায়।

শাজিল্লবা যুবরাজ অসিন মাগী থুংফম, ব্রাহ্মণ অদুগীদ হল্লক্তুনা থুংগুরব ফাওবদ নোং ঙাম্রি। নোং ঙাম্লবদ মহাক ঈরুজথোক্লে, চাগদবা থর চারগ রাজবেশ শেৎচিল্লগ স্বর্গেশ নিংথৌগী দরবারদা চৎথে।

নিংথৌগী নাক য়োব ঙমজরবদ মহাক্ন নিংথৌদ হঙ্গৎলম্মী— মহাক সম্পাঙ্গিপুর যুবরাজ অম্বিকানিখিনি, মহাক্ন নিংথৌগী মচা ইবেম্ম লুহোংবা য়াব সর্ত্ত অদু পাঙথোক্নে।

স্বর্গেশ নিংথৌ থাদি থাজফাত্তনা শাজিল্লবা যুবরাজ অসিন নিংথৌগী মঙবু তশেংব ওইন উংকনি হায়বা মফম অদু য়ৌনব তুংইন্দুনা লেঙ-লক্লে। লাক্লিবা মফম অদু লিন-রাক্ষস অদুগী লৈকমনি থঙলক্লবদা নিংথৌ হর্ষিংবা পোক্লে।

শাজিল্লবা যুবরাজ অসিন হৌথিবা অহিংদ মহাক্ন মতুপ অনি থোক্ন ককথংলখা লিন অদু নিংথৌবু মিৎয়েং তাহক্লে। মতুংদা মহাক্ন শত্তোক-হৌব লিন ময়া অম ঈশিংদ লংথরগ মহাক্ন নিংথৌবু রত্নাবলীনা লৈরিব সুরুং অদু তান্না লমজিংলক্লে।

ফজরব লৈবাক, লুপাগী উপাল, সনাগী উনা, মণি-মুক্তাগী মহয় অমসুং উপালদুগী মথক্ত তুল্লিবা রত্নাবলীবু উবদ নিংথৌ জ্ঞান মাঙদুনা তুথে। শাজিল্লবা যুবরাজনা নিন্দি নিন্দন নিংথৌবু জ্ঞান তাহল্লগা কোন্নুং তান্না লমজিংদুনা হল্লক্লে।

কোন্নুং হেক য়ৌরকপদ নিংথৌ স্বর্গেশনা শাজিল্লবা যুবরাজ অদুগী মতিক-মগুণ কয়া থাগৎলে। মহাক্ন মচা ইবেম্ম অমসুং মাগী লৈবাক্কী শরুক থর শাজিল্লব যুবরাজগী মখুত্ত লাম্ভোক্লে।

শাজিল্লব যুবরাজন নিংথৌন পীখিরিবা অদু হরাও হরাও লৌরে। তৌবদদি মহাক অথুবা থবক অমগীদমক মহামেক য়োজরুখিগে, নিংথৌগী নাক্ত অমুক হজরক্কে হায়বগী য়াথং নিজরম্মী।

---

# ১৬। অম্বিকা থেঙনব

নিংথৌ অমদি ফম্নাইবশিংদগী থুদোলপোৎ কয়াগ লোয়নননা শাজিন্নব যুবরাজ অম্বিকা মহামেক চৎননবগীদমক পুষ্করপুরী থাদোক্লম্মে। মুখিং ভরানি চুপ্প, অহিং অহিংতমক পোত্থারগা, শগোলদু তোংদুনা চৈং-তম কয়া কান্দুনা চৎলক্লে। তরামাথোইনি শুব মুমিত্ত মহামেক চৌংজাওনা মথোঙদ লৈব অশুকপ বন অদু য়োরে। অকোয়ব অদু ফনা লাপ্প-ফাও মী তাবগী খুদম অমত্ত উব ফংদে। মফম অদু চাউরব উজাও হৌব চৌংদুম চাংডম্ম মরী-মরী শম্নখি।

অমত্ত ঙাইব লম্বী অমগী তুংইন্ন মতম থর চৎলগ মহাক্ক চাউরব ফজরব কোন্নুং অম অরাংব চাংদুম অমগী মথোঙদা উরে। মহাক্ক তাখিব-থঙখিবদগী লাকশিনব ঙমলে মদুদি মফম অদু মাণিক্যবলী অমসুং মাগী মতোনশিংনা লৈব মফমনি।

রাক্ষসশিংগী মুংশি-হৈতব মওং অদু পূক্লিংদা নিঙশিঙলদুনা, মফমদুদা মথোয় লৈরম্ব থোক্লবদি হায়দুন মহাক তুং-মাঙ য়েঙদুনা য়াম্ন চেকশিন্না চৎলম্মী। থর চৎলব মতুংদ মহাক্ক উরে মদুদি উধক্ক কারগ উশাদ মথং-মথং চৎখিব নক্সগা মোংশোং মরক্ত লিংশিন্দুনা চৎখিব নক্সবদি য়ুম অদু য়ৌনব লম্বী অতৈ লৈতে।

মহাক্ক মাগী শগোল অদু পুনশিল্লগা মোংশোং মরক্ত ফাওদোক্তুনা চৎননব হোৎনরক্লে। থর চঙশিল্লগা মশম উহিমচু মাল্লব, মমিৎ তোঙনা লাওরব, হুইয়া অনি অনি শাংনা থিন্দোক্লব রাক্ষস মনিথক উরে। হিংচাবশিং অদু মথুৎকী থুজিন কাপ-কাপমুক শাংই, মঙক্ত মচু-মচুগী

মণি পরেং পরেং শিরি, মনাদ সনা মপাক মপাক য়াম্বদুনা লৈতেংই। মথোয় শানৈ-মুনৈদুনা লৈব মতৌ মাল্লি।

মথোয়গী মতৌদু উবদ শাজিন্নব যুবরাজ অম্বিকা পুক্লিংদা অকিব পোকই, মতু থ্যাও চুংই, মকোক্কী মশম চপ য়ুংখংলি। মকোক্কী শম নাম্বগ মহাক্কী শকখঙ চিঠি অমসুং যাদুগী থুদোপ অদুগী বাথলদ পুক্লিং থর তপথরে। থুনমক মথোয়গী মমাওদা চঙদুনা লেপ্পুবা ঙম্নবগী থৌনা অদু থোমজিঞ্জরে।

মীশাগী মনম ফংলদুনা হিংচাব মরি অদু ফুক ফুক হৌগৎনরক্লে। চঙশিন্নক্লিব শাজিন্নব যুবরাজগী মুত্তি অদু পুক্লিঙ চঙনা য়েংনরক্লে। মথোয়গী মতৌ অদু উবদা শাজিন্নব যুবরাজ অসিনা লাপজিদ্রবদগী যাদুগী থুদোপ অদু মথোয়দ উৎলে। মদু উবদা হিংচাবশিং অদু [illegible]ঙানব মপুং অমদ লাক্লিবা মী অদুদা অমুক্তা হেন্ন পুক্লিঙ চঙকক্লে।

মথোয়ন পুম্ন থোঞ্জেল অমতদ হায়রকই: "নিপামচা, নহাকপু কনানো? থুদোপপুনা কদাইদগী কমদৌনা ফংঙুরিবনো?"

শাজিন্নব যুবরাজসিন শম্পু মহাক কুনানো অমসুং মথোয়গী মমাদগী থুদোপ কমদৌনা ফংলকপগে হায়বদু লৌরে। মপান্না ইবা শারজুনা রত্নাবলীনা পিরক্লিবা চিঠি অদু মহাক্ক মথোয়দ পীরে।

পুন্নমক অসিন শাজিন্নব যুবরাজ অসিদ রাইচিনব য়াওদন কোন্ন পোকহল্লে। মথোয়ন মহাকপু মরুপকুম থল্লে। মহাকপু দলান অতদ পুশিনগ মাণিক্যবলীদ অতুম্ন হায়রকই। "ইবেম্ম নপা ইবুংঙোন নহাক্কী লুহোংবব বর ওইন থল্লব নহা অমা অসিদ লৈরে!"

মহাকপু মাণিক্যবলীগী মনাক্ত থনম্নগ মথোয় মথোয়গী চাব-থকপ, অদু লোইশিন্নব হনখে।

মাণিক্যবলীনা চিঠি অদু পারে অমসুং পাউ অদুদ হয়াওবন লোইরে। চিঠিগী মরোলদ চিঠি পুরিব নিপা অদু রত্নাবলী অমসুং মাণিক্যবলী অনিমক্কী মপুরোইব ওইগদবনি হায়বসিমু য়াওরিবনি। লুহোংলগনি হায়ব পাউ তাবদ কল্পা ওইবাশিংগী তুজং ব পোকপসিমু মচৌশানি। মথু নেমথরব তুংদ মাণিক্যবলীনা মতুংদ মাগী মপুরোইব ওইগদৌরিব নহা অদুবু উইহেংঙোমনচিংব লানশিন্দুনা লেবা তৌরে; মরমদি মহাক অমসুং মহাক্কী মচেদি মীওইবনি, রাক্ষস নত্তে।

শান্তিপুরগী যুবরাজ অনিদি মতম পুম্নমক্ক যাদুগী শাড়ীশিং অদু কদাইদ থম্লিবগে হায়গনা কোয়েং য়েংলি।

মাণিক্যবলীনা নহা অদুগী মরমদ থঙনিংলিব পুম্নমক অদু হংবগাব মতাং অম লাক্রদুনা অসুম্ন হায়বকই: "ইবুংঙো! ঐহাক অমসুং ঐগী ইচেম অদুগদি য়েংবদ নিঙ্খজরব, থোনা ফরব ইবুংঙোগুম্ব অমা ইপুরোইব ওইনা ফংজবসি লাইবক ফরবনি। হৌজিক ঐন ইবুংঙোগী মরম (পরিচয়) কয়াম থঙনিঙ্ঙমগনগে হায়বদু ইবুংঙোন থঙবিরিনি।"

শান্তিপুরগী যুবরাজনা খুম্নখই: "চানবী! থারোমদা লাপ্ন লৈথুব সম্পাক্লিপুর লৈবাক্কী যুবরাজনি ঐহাক। ঐগী মিংন অম্বিকানিধি কৌই; ঐহাক্ক পৃথিবী অসি কোয়রকপদ নহাক্কী নবেম্বোক অদু থঙনৈ। মহাক্কী মপান্ন নপা ইবুংঙোগ পুম্নমপুরদ থেংনদুনা শকথঙনরে। অমুক মাগী মপান্দগী নচেম ইবেম্মগ উনব ফংজরে। নচেমগী মপান্দগী হৌজিক নহাক্ক উনরিব অসিনি। ঐহাক ঐগী মতম অদু চয়োল অমগী মতুংদ য়োগদবনি। নহাক্ক ঐগী ইতুং ইল্লকে হায়রবদি ঐনা নহাকপু নচেগী মনাক তান্না পুরগদবনি।"

"এ, ইবুংঙোগী তুং শোয়দন ইঞ্জগদবনি!" মাণিক্যবলীনা হায়রকই।

"ঐন হায়গদব অমনা ঐহাক হৌজিক রুদ্র-ব্রত কৎলি। মতু লোই-দ্রিব ফাওব মুপী অমত্ত ইনাক্ত চঙলোইদবনি। ঐন মতু চপ-চানা ঙাক্তবদি ঐহাক মতম পুম্নমক্ত অরাব নাংতুনা লৈরগদবনি। অতুনা নহাক্না চপ্চোল অমতংদি ইনাক্ত চৎলক্তুন ইতেং পাংবিগনি। তাব তারিব্রা ?" অসুমনা মহাক্না মাণিক্যবলীদগী লাপথোক্ল লৈব ঙম্লমই।

মতুংগী তুমিত্ত মথোয় অনি কোম্মং অতুগী ফজবহু য়েংনব কোয়ন চৎলকপদ কা থরদি য়াম্ন চেকশিন্ন শো লোনশিন্দুন থম্ব শাজিন্নব অম্বিকান উয়ে। থঙনিংবদগী মহাক্ল মাণিক্যবলীদ কাশিং অতু করি থম্লিবগে হংলম্মী।

মাণিক্যবলী: ইস, ইবুংঙো! কাশিং অসে মমল য়ামলব রত্নমক্তন থম্ন লৈরিবনি। দেবেন্দ্রমক্তীমু অসুক য়াম্ন লৈরমশোই। কা থুদিংমক তোঙান তোঙানব রত্ন— হীরা, মণি, মুক্তা, পদ্মরাগ, নীলকান্তনচিংব লৈম্লিবনি, অমুক্ত মিৎয়েং তাবিয়ু!

মাণীক্যবলীনা কাশিং অতু হাংদোক্লুন উৎলম্মী।

শাজিন্নব যুবরাজনা মথল মাপনগী রত্নশিং অতু উবদ মথোয়গী অরাংব মশেক্ল মমিং অতু পাঙব ঙমখিদে।

অতোপ্প শরুক অমদ মাণিক্যবলীন থৈদোক্লুন চৎনিংব শো লোনব কা অমগ লৈরম্মী। যুবরাজনা কাতুদ করি থমজিবগে হংলম্মী।

মাণিক্যবলীনা থুমলম্মী: ইবুংঙো! মতু হংবিরক্তদ্রা হায়বগী নুংশা থিতুন লৈজরমলবনি। মতু হংবিরমু, মরমদি ঐহাক মসি হাংদোক্লনা মনুংদ লৈরিব অসি ইবুংঙোদ উৎপ ঙমজরোইদোবি। ঐবু ঙাকপিয়ু!

শাজিন্নব যুবরাজ: নহাকসে কয়াদ পঙথবনো? করিগী কিরিবনো? কা অসিবু লাই-ফত্তব লৈব্রনে? ঐবু কিহনগনু। নহাক্কী নপুরোইবদ থোনা থরদি লৈরি হায়বদি থঙউদা!

মাণিক্যবলী : ঐহাক মতু চিংনজদে ; ঐন ইবুংঙোদ উৎপ ঙমজদবতনি !

শাজিম্নবা যুবরাজ : ফরে অতুদি ; মপুরোইব খঙহল্লিংদনা করিগুম্ব খর লোত্তুনা থমলিব অতুগুম্ব নুপী অম লুহোংবগী ৱাফম অসি অমুক হন্ন মুন্ন খনখিব তারি !

মাণিক্যবলী : এ, ইবুংঙো ! ইবুংঙোন ঐবু অম্মম্ন ইথোকপিবগী ৱাখল অতুদি করম্ন খাঙজব ঙম্মগদগে ? ঐনা কিজরিবসিদি ইবুংঙোগী ফননবগী-দমগুনি। ঐনা হায়ঙরগা ভাব তাবিগনি। কা অসি অরংবা শাড়ীনা পিক-খল্লি। শাড়ীশিং অতু ইবেম্বোক্তীনি। থোঙ অসি হেক হাংদোকপগ মসিগী মঙালন পৃথিবী শীনখিগদবনি ; মতমতুদা ইবেম্বোক্তা মফম অসি য়োন পাইরক্কনি ; ঐখোয় অনিবু যমালয়দা থাখিগদবনি !

শাজিম্নবা যুবরাজ অসিনা নোক্লগুন হায়রকই : "চাম্নবী, ঐহাকসে নংবেম্বেক্তী মরুপনি হায়ব খঙদ্রবরা ? মহাক লাক্লবদি ঐগা থেংনগে কিরুম্ন। অতবু ঐহাক্তি শাড়ীশিং অতু য়াম্ন য়েংনিংলে ; থোঙ হাংদোক্লো য়েংলসি !"

খাঙবা য়াদ্রগুনা মাণিক্যবলীনা থোঙ অতু হাংদোক্লুনা শাড়ীশিং অও য়েংহল্লে। কা অতুদা অরংব শাড়ীশিং অতু মপুন মপুন লৈরি। মাণিক্যবলীনা থোঙ অতু থিংজিনগে তোরবদ শাজিম্নরিব অম্বিকানা থাম্ম-গুনা হায়রকই : "চাম্নবী ! নচেমগা নহাক্ক হয়েং ঐগ লুহোংব মতমদা নখোয় অনিমক শাড়ীশিং অসি শেৎকদবনি হায়ব ভাব অম লাক্লে। অঙইবমক নহাক্ত নখোয়ন শেৎচনব শাড়ীশিং অসি খর পুদ্রবদি ঐনা নহাকপু নচেবেম্মগী মনাক্তা পুরোইদোরি !"

মাণিক্যবলী পুক্লিঙদ নুংশা পীনা পোক্লগুনা হায়রকই : "ইবুংঙো ! ঐগী ইবেম্বোক্তা ইতোনশিং অসে শাড়ীশিং অমসুং রত্নশিং অসি শঙননব অসিদা থমলিবনি। অতুন পোৎশিং অসি পুরগ কোম্মুং অসিদগী নাম্বোকখিব

ওইখোকুবনি। ঐগী ইত্তোনশিং অসিন ঐখোয়বু শোয়দনমক হাংখিগদবনি।"

শাজিন্নব যুবরাজ: অদু ওইরবসু লম্বী অমদি শোয়দন লৈফম থোকই। মদুদা তারক্লবদি নহাক্না নত্তোনশিং অসিনা লুম্বা, ঐন লম্বা হায়বদু থনব তারে!

মাণিক্যবলী: ঐগী ইত্তোনশিং অসিদি শক্তি লৈব ঙাক্কনি। মখোয় মরিস্থ ঙরি। মখোয়বু লান্থোক্লুনা চৎকে হায়রবদি মখোয়বু হাংলম্ব নত্তুনা অতৈ লম্বী লৈত্রবনি।

শাজিন্নব যুবরাজ: মহুনা ফরেনে; অদুদি মখোয়গী মপাঙ্গল অমসুং শক্তিগী অপ্পপ্প অদু হায়রোদনা!

মাণিক্যবলী: মখোয়না ভূম্মিইঙদা নত্রবদি মখোয়বু হাংপা ঙম্বগী ময়া লৈতে। নুমিৎ য়ুংব মতমদা মখোয়না ভূম্মিইঙদ মখোয়বু হাংপ ঙম্ব য়াই। মদুসু হাংলিবা মী অদু য়াম্মা থুব তাই— মখোয় মরিমক পুম্না মিকুপ অমগুম হাংপা তাবনি; নত্রবদি মখোয়গী মরক্তগী অম হেক হৌগৎলক-পদা (মিকপ থোকলপদা) মখোয়দগী নাগোকুবগী উপাই লৈরোইদোরি।

শাজিন্নব যুবরাজ: মদু ঐগী শরুক ওইরগে। হয়েংদি নহাক ঐহাক্না শাড়ীশিং অশি পুহুনা চংখিব তারে।

নুমিৎ য়ুংবা মতমদা শাজিন্নব যুবরাজ অসিনা নুংজাউ অমগী মরুমদা লোত্তুনা লৈরে। মনাক্ত হৌরিবা উপাল অচৌব অদুগী মরুমদ রাক্ষস মরি অদু নিত্তিগী ওইন ভূমলি। মখোয়ন চাং-নাইনা নাথোকখিবা হেক তাবদ মহাক্ন থাঙ শল্লোক্লুনা মখোয়গী মনাক তান্ন ভূমিনন চঙখগ মথং মথং তি চাংশিং অদুগী মঙক ককথৎলে। মকোকশিং অদুন লোকথাদ ওন্থখিব মতমসিদ শাজিন্নব যুবরাজসিনা কোম্সুংলোমদ চঙখিদুন মহাক্ত পাঙথোকইবা থবক অদু মাণিক্যবলীদ তমলুরে।

মহাক্না নুংশিজরব মহাক অতুন পাঙথোক্লিব থবক অতুগী থরম্নু হরাও, শিথুব মতোনশিং অতুগী থরম্নু মথ্রাই নুংঙাইত মাণিক্যবলী অরেম্ন খঙননব মতোনশিংগী হকচাং তারিব মফম অতুদ থোরক্লমই। মথোয়না শিথিব অসিগী মরমদি মহাক্লিকো হায়না থল্লুবদ মহাক্লো থমোই শোকখিরমই।

মমৈথংদ মথোয় অনিনা অরঙব শাড়ী অমম্নুং রত্নশিং অতু অঙম্বমথৈ পুরক্লগ শগোলদ হাপলে; মথোয়ম্নু শগোল তোংলুনা পুষ্করপুরী য়োনব লাক্লে। নুমিৎ তরানিগী মতুংদ পুষ্করপুরী য়োরগ রত্নাবলীদুম্ন পুথিলুনা শাজিন্নব যুবরাজসিনা মচিন-মনাও অনিন্নুবু মাগী লৈফমদ পুশিন্দুনা থম্লে।

শাজিন্নব যুবরাজনা নিংথৌ স্বর্গেশগী মফমদ চৎথে অমম্নুং মচা ইবেম্মতু সম্পাঙ্গিপুরদ লুহোংলুনা পৌবিনব হঙ্গংলুরে।

লুহোংব অসিগী লময়ানব শাক ওইনা মহাক্না রাজা স্বর্গেশদ পুষ্করপুরগী কোন্নুংদ নুমিৎ তরানিদং সদাবর্ত্ত থাঙবিনব হঙ্গংলম্মী। সদাবর্ত্ত অসিদা লাইরব ইনাকখুনব দেশবাসী পুম্নমক অমম্নুং তাইনব লৈবাক্লগী লাকপ পুম্নমক পীজগদবনি।

শাজিন্নব যুবরাজ অসিনা মহাক্লো মাঙথুব মপুরোইব অদুগী পাউ থর তাব ফংগদ্রা হায়লুনা থুডোল অসি তৌখিবনি। অশেঙব অম্বিকা যুবরাজনা উথংদ থেংলম্ব চিঠি অতুদ মহাক্লি সন্ন্যাস ওইরগদবনি হায়রম্লনি। শাজিন্নব যুবরাজ অসিনা অশেঙব যুবরাজ অতু সদাবর্ত্ত অসিদ শরুক য়ারব য়াই হায়না থাজব পোকখি।

শাজিন্নব যুবরাজ মশামক্না পীজ-পীথক তৌরিব অতু য়েংশিনখি। অতিথিশিংগী পরেং পরেং অতু চেঙলুনা য়েংখি, মক্ন ওইনা গেরুয়া ফিজোল শেৎলিব সন্ন্যাসী অমম্নুং লাইরবশিং অদু য়েংশিনখি।

নুমিৎ মাপন্নি হৌজিন্নব ফাওব মহাক্না মপুরোইব অম্বিকাবু উব ফংখিদ্রে। মহাক্লো আশা কায়রে, থোইনতুম নুংশা থীব পোক্লক্লে।

অহিংদ্রমা নোংয়াই ফাওব কপ্পুন লেপ্লে। নোং ঙাল্লমদাইদ ঙাইহাক তুম্লগ ত্তরানি শুকপ্পী অয়ুক্ত ঙন্ন হোগত্তুন মশা শেংদোকলগ মান লাৎচরিব ঈশ্বর অদু থমোই শোক্ক পূজা কচ্চরে, মমিত্তগী শিম্বব পিতনা ঈশ্বর অদুগী চরণ শেংদোকখি।

মঙোশাঙুম মহাক্ক্রুমং অদুস্থ লাইরবশিং, সন্ন্যাসীশিংবু পীজ-পীথক তৌরিব অদু য়েংশিল্লম্মী মরিশুব পরেংদ মহাক্ক থিরক্লিব মী অদু উথি। অশেংব যুবরাজ অম্বিকা শেগাইরব কিজোল শেত্তুন, হুমিং কয়ানিমরুম ঈক্কজব্রব, ফান্দোক্লুব (কোহ্ই) মঙংদ মরি শুব পরেংদ চাবা য়াওরমলি!

ফম্লাইব অম কৌরগ শাজিন্নব যুবরাজন নিপা অত্নুদ খুদোম্বীন পিল্লগ অসুম্ন য়াথং পীরকই: "নিপা অসি চাবা হেক লোইবগ মহাকপু ফাজিন্দুনা বন্দিশংদ থম্মু; ঐখী দরবারদ মহাক্ক তৌরম্ব মরাল অত্নগীদমক ঐহাক্ক মাবু ঐগ লোয়নন সম্প্লাঞ্জিপুর তান্না পুথিবা তারি।"

## ১৭। অনিশুব ৱাহংগী পাউখুম

শাজিন্নব যুবরাজ অম্বিকা থাঙ্গৈশেংবা থবক্তী মী হায়বত্তনি; মহাক্ত অশেঙব যুবরাজ অম্বিকাবু শিক্তবিব মওং অসিদি ওইথোক্তবরু ওইথোক-হল্লবা মওংনি। হৌজিক মাগী থবক অসি হাথ্-হাথ্ হেক পায়থৎলুবদ মহাক্ত নোমজরকপ পৃথ্ব অরেম্ব তাগদোরিবনি।

মথংদা মহাক্ত লৌথৎলক্তিবদি— নিংথৌ স্বর্গেশগী মফমদ চত্তুনা মহাক মরৈবাক্তা হক্তথুগে হায়ন হক্তৎলে। নিংথৌন মতিক চাব মনা-মথুম অউনপোৎকা লোয়নন পীরক্তনা মহাক্তী রাজধানীদা লুহোংলুনব মচাইবেম্ম অমস্তুং মহাকপু বিদায় পীবিরে।

রত্নাবলী-মাণিকাবলী মটীন-মনাও, স্বর্গেশ নিংথৌগী মচা ইবেম্ম, বন্দি ওইনা থমলিবা অশেঙবা অম্বিকা যুবরাজগ লোয়ননা যাত্তগী শাড়ী ময়াম, রত্ন ময়াম, স্বর্গেশ মহারাজনা পীরকপা মনা মথুম অউনপোৎ পূব্রমক অক্ত পুবক্তনা কাঙব অক্ত মুমিৎ মাপননি চূপ্পা চাং, উমং কয়া লান্ন থোরকতুনা গুণপতি মহারাজগী রাজ্য য়োরক্লে। মাগা লাকমিন্নবা পূব্রমক অক্ত মাগী লৈফমদ থনমলগ শাজিননব যুবরাজ অসিনা যাত্তগী শাড়ীশিং অক্ত পুবক্তনা গুণপতি মহারাজগী মফমদ চৎথে। মচাইবেম্মশিংদা পীথিনব মহাক্ত শাড়ীশিং অক্ত নিংথৌদ কৎশিল্লে অমস্তুং মহাক্ত পাঙথোরকপা থোদোকশিং অক্তস্ত নিংথৌদ হক্তৎলে। নিংথৌন মহাক্তী মন্ত্রীগী থবক অক্তদা য়াম্ন পেনবিরমই।

মচাইবেম্ম অহল ভারতী কৌহল্লুরগা নিংথৌন শাড়ী অম মহাক্তী শেৎননবা পীরে। মক্ত ফংবদা মুংঙাইবগী মহক্তা ভারতী মাইথোঙ মকশিনখি। নিংথৌনা হংবিরকই : "ইবেম্মা! নহাক্তীদমক্তনিনে ঐথোয়গী মন্ত্রীনা

অসুক য়ানা খুদোংথীবা মায়োক্লক্লরিবসে, নহাক্না পাম্বত্নু ফংলবনিনা নহাক হৌজিক্কি মুংঙাইরগদবনি !”

ভারতী : পাবুং ! ওইথোক্কব থবক অসিবু পাঙথোরক্লিব মহাক অতুগীদমক ঐহাক্কী থমোইদা চৈথেং ফংজে। লুহোংডুন মহাক অতুগী মথুং শোক্তিৎখৈদা ঐনা শাড়ী অসি শেৎলবদি ঐহাক চুমদ্রে হায়না খঙ্গনি।

মচাইবেম্ম য়াইম বিবেকাবতীসু মতুং ইন্না অসুম্না হঙ্গংলকই : “পাবুং, ঐহাক্কি ইচেমগী অরা মুংঙাইদ শরুক য়াজগে। হিরম খুদিংমক্ত ইচেমগী তুং ইনহৌদ্রবদি ঐহাক ইথৌ শোয়রবী অম ওইরগদবনি।”

মহারণীনা অসুম্ন হঙ্গৎলকই : “ইনুংডো, অসুক পৌনা ফশুব, অসুক ফজথুব নিপা অসিনা ঐথোয়গী ইচাশিংবু শুঙ্গৎপদি শুমৎফম থোকই ; অতুদা মহাক্কি হান্নরা ময়ুম পাম্লবনিনা মথোপকু লুহোংডুনা তৌ হায়রবদা শ্বারক্কত্রা হায়বত্নুদি চিংনিঙাইনি।”

নিংথৌ গুণপতিনা মচাইবেম্মশিংবু লুহোংডুনা পীরগ মহাক্কী রাজ্য অতু শিন্ননিংবগী ভাব ফোংদোকপা য়াইহ থর শাজিম্ব যুবরাজদ হায়-হল্লুরে। ডাকপিরক্লিবা য়াওং অডগী পাউথম থুন হঙ্গৎলগনি হায়না দূত অতুদ হায়থুগ মহাক্কি বিজয়াগী মনাক্তা লাকে। কোম্নুংদা থোক-থিবশিং অতু বিজয়াদ তমলে। মথোরগী মপুরোইবন পাম্নগদবা মুপী মঙা হান্নরা শুরে হায়ডুনা মথোয় অনি থরাই তানা নোকথি।

পুহরপুরীদগী বন্দি ওইন পুরক্কুনা থমথুবা অশেঙবা যুবরাজ অম্বিকাদি লাইবক্কা লাইরেম্বীনা শীল্লিবা মাগী রমণীশিংদগী কায়নহল্লক্লিব মওং অমসুং পুম্নিগী ঈথক-ঈরৈদা উতুপকুম মহাকপু তাউহন্দুনা পুরক্লিব মওং অসিদা ঙক্কুনা লৈরি।

শাজিন্নবা যুবরাজ অম্বিকানা বন্দিশঙদা চংখিদুনা অশেঙবা যুবরাজ অম্বিকাগ বারী শানখি। অশেঙবা অম্বিকানা শাজিন্নবা অম্বিকাবু (মহাক্কী রমণী বিন্ধ্যাবু) ঙমখৈ নৈতন থাগংখি। শাজিননবা যুবরাজনা হংখি: "যুবরাজ ইবুংঙো, ননাই ঐহাক্কু হৌজিক ইবুংঙোগী রমণী য়াইমবী বিন্ধ্যাদু ইবুংঙোগী নাপ্তা পুরকপ থেংনবাদ ইবুংঙোন মহাকপু মহৌশাগুম নুংশি-বিখিগদ্রা নত্রগা শ্রীরামচন্দ্রগুম মহাকপু বন্দ থাদোকপিখিগদ্রা মরমদি কনাগুম্বনা মাগী মবমদা অমোংপা হায়নরকপা য়াহৈদো?"

অশেঙব যুবরাজ: ঐগী থিঙ্গত্তুনা নৈরুরব নুংশি ঈচেল অসি পল নমথাইরগ্নুনা মাবু ঈরাকনহনগনি। ঈশ্বর ফাওবন হন্দকমক্তি মহাকপু ঐঙোন্দগা থাইদোকপ ঙম্মরোইদবনি।

মতু তাবদ শাজিন্নব যুবরাজ অসিন কোয়েৎ লোথোক্লুনা মোমোন নোক্লুনা মহাকপু অশেঙব যুবরাজদ মশক থঙহল্লে। অশেঙব যুবরাজ অম্বিকা মাগী কুশিঙরবী বিন্ধ্যাবু উবদ বা ঙাঙদ থোকখিদরে। মথংগী মিকুপ্তুদি মখোয় অনি কোন্নখিত্তুন অমগী মরেংজুমদ অমগী পি (নুংঙাই-বদগী) তানখি।

মতুংদ শাজিন্নব যুবরাজন অশেঙব যুবরাজ অতু বন্দিদগী পুথোরক্লুনা মাগী নৈক্ষমদ বিজয়াগী মনাক তান্ন পুখি। মখোয় অহুম পূল্লবদ কনান কয়াম হবাও-নুংঙাইখিব কনান শাংথারুনি? বিন্ধ্যানা শম্নপ্ন মহাক্কু মবুংঙোবু খোঙ্গুল লীরুবগী থোচেং অমসুং মাগী হোৎনজমল মহয় য়াল্লকপ অতু পাউদম্লে।

অতোপ্প নুপী অহুম অতুন মখোয়গী মপুরোইব অতু নুপীনি হায়ব খঙলকপ মতমতুদ মখোয় খোয়রাঙ খোয়শাওব পোকখে। মহাক্ক তৌরম্বীব তাং অতুগী মখোয়ন মাবু হঙ্গোইব ফোংদোক্লুনা তেংথানব তৌররে।

বিন্ধ্যানা মখোয়বু থেমজিদুন হায়রকই : "ইনাওশা ! কপকন্নু, দ্রৌপতিদস্নু মপুরোইব মঙাগী সেবা তৌথি ; ঐখোয় হৌজিক লোম্নবি ভার্য্যা ওইন লৈমিন্নরগদবনি। অদুবু মতম থরদঃদদি ঐখোয়গী তুংগী নুংঙাই য়াইফনবনি খন্দুনা তুমিন্না য়া ঙাংথোওনা লৈথিব তাই।

মপুরোইবগী য়াথং লোয়গ বিন্ধ্যানা মন্ত্রীগী ফিজেৎ শেৎচিনদুন গুণপতি মহারাজগী দরবারদ বিদায় লৌননব চৎখে। গুণপতি মহারাজন মচা ইবেম্ম ভারতী অমসুং বিবেকাবতিসু সম্পাঙ্কিপুরগী কোন্নুংদ থাবিরক্লবদি শাঞ্জিন্নব যুবরাজ অসিন লুহোংজগনি হায়ন মহারাজদ হঙ্গৎলে।

তৌইগুম্বসুং রাজকন্যাশিং অদুনদি অম্বিকাগ ( শাঞ্জিন্নব ) লোয়নন চৎথিব পাম্বদগী নিংথৌন মচা ইবেম্মশিং অদু অম্বিকাগ লোয়নন চৎথিবগী য়াক্ষম অদু য়াবিরে। নিংথৌন মহাক্কী মন্ত্রী ওইবম্ব অম্বিকা অমসুং মচা ইবেম্মশিংবু বিদায় পীবিরে।

হৌজিক শাঞ্জিন্নব যুবরাজ অসিগী লীলা শরক লোইরক্লদুনা অশেঙব যুবরাজ অম্বিকান, কাঙবু অসিগী লৃচিংব ওইরে। নুপী তরেৎ মাগী খোঙলোয়ন তুংইল্লদুনা খুদোলপোৎ কয়াগ লোয়নন কাঙবু অদু সম্পাঙ্কিপুর য়োনব খোং-শাল্লক্লে। নুমিৎ কুন্থানি চুপ্প মখোযন প্রকৃতিগী ফজব য়েং-য়েংদুন লম য়াল্লক্লি। কুন্থামাথোইনি শব নুমিত্ত মখোয় নিঙথিরব কুঞ্জবন অমদ অতিং যাইরেক্লম্মী য়োগদবস্নু লাপলক্ত্রবনি। বিন্ধ্যা অমসুং অম্বিকা যুবরাজ নত্তুনা অতৈ পুন্নমক্তি তুম্নখে।

বিন্ধ্যানা হায়রকই : "ইবুংঙো, ঐখোয় হৌজিক সম্পাঙ্কিপুরগী কোন্নুং য়োগদবস্নু লাপলক্লে। ঐখোয়ন কোন্নুং চংদ্রিঙৈগী মমাঙদ পাবুং মহারাজগী করম্ব ইচ্ছা লৈব্রিবগে হায়বদু খঙদোকপন চুম্মোইদ্রা ?"

অম্বিকা : চান্নবী ! নহাক্ক পাবুং মহারাজগী মঙৎ খঙদ্রবননি।

পাবুংদি মহাক্কী অশাওব অদু নহাম্ম কাউরম্লগনি অমসুং ঐবু উনিঙবন লোইরম্লগনি !

বিন্ধ্যা : ঐগীদি কমদোবা ? মহারাজন ইবুংঙোবু ঐগী ইপুরোইব ওইন লৌশিনবিরমগদ্রা ?

অম্বিকা : ঐন খনবদি পাবুংদি ককপ য়াদ্রব অবস্থা অসিদ থাইশিল্লবগী মওংদ লৈরম্লগনি।

বিন্ধ্যা : ঐহাক্তি মদু শোয়দ্রবনি হায়বন লৌব ৎমজদে। অরেপ্প অমখঙনব ঐহাক চৎচরুগে হায়ববু করি হায়বগে ?

অম্বিকা : এ, কদাইদগীনো ? ঐহাক্তি নহাকপু খানিংদ্রে।

বিন্ধ্যা : ইবুংঙো, ঐন ওইরিব মওং অসিদ চৎচরুগদব নত্তে। ঐহাক্ত শাজিল্লব যুবরাজ অম্বিকা ওইন চৎচগদবনি।

যুবরাজ অম্বিকানা বিন্ধ্যাবু কোন্দুন চুপ্পে অমসুং চৎনুনবগী য়াথং পীরে।

শাজিল্লব যুবরাজ অসিবু কোল্লভদ তরাম ওরাম ওক্লমই ; নিংথৌ অম্বুা-কেতুনা মচাবু ওরাম তরাম ওক্লে অমসুং খুংডাইন য়ারী শানরে। শাজিল্লব মচাইবুংঙো অসিন মহাক্ত পাওখোল্লুব খৌদোক পুম্নমক মহারাজদ হঙ্গংলে। মহারাজন খুংডাইব ফোঙদোক্লুন হায়রকই : ঐহাক্তি ইবুংঙো নহাকনে অদুক য়াম্ন নতীক লৈব মীনি হায়ব খঙ্গমদেদনা।

শাজিল্লব যুবরাজ : পাবুং ননাক্ট ঐহাক হৌজিক যবতী তরেৎ লোয়নরজক্লি। মথোয়গী মঙা অমদি হৌজিক লুহোংখিব তাদি।

অম্বুাকেতু : নহাক্ত হাল্লন লুহোংলব মথোয় অনিক্তমদি কনা কনানো ?

শাজিল্লব যুবরাজ : বিজয়া, ঐহাক্কী ভার্য্যা অহনবী অমসুং···

অম্বুাকেতু : অতোপ্প লাইবক ফবা যুবতী অমতুনা কনানিনা ?

শাজিল্লবা যুবরাজ : বিন্ধ্যা, সেনাপতিগী মমোমলোয়।

অম্বাকেতুঃ ঐগী ইমাঙমক্তা নহাক্ক কয়া ইচঙ থৌন মাগী মমিং পল্লিবনো ? মক্ষম অসিদগী চৎথো, চৎলু। নিংথৌনা থাঙ শত্রুন হায়রকই।

মমাঙৈদ তৌবগুম মরীনা নিংথৌগী মপাম্বোম ফাহুনা থাম্লমই। তাল্লক অসিদা শাজিন্নবা যুবরাজ থোরকুনা শগোলদা চোংথৎখে। মহাক্কা শগোল মমায় লৈরকপদা মমা ইবেম্মা মহারাণীনা চেষ্টোরকুনা মচাবু কৌরকই; তৌইগুম্বনুং মপাবুং মহারাজনা মহাকপু হল্লকহন্নিঙদ্রে হায়ন থুম্নলগা শগোল তোংশত্তুনা শিবির তান্না কন্না থৌরক্লে।

বিন্ধ্যানা শিবিরদা থুংলবা মতমদদি ওন্তোকপা থৌদোক অমা থোক্লমলে। তোপ্পা শেমলবা মক্ষম অমদা তোঙান্না তুমহৌব লুহোংদ্রিব কন্যা মঙা লৈরম্মদ্রে! মিকুপ থরদং তুমথরুবা অম্বিকানিধি করিনুংগী তুমজরুরবনো হায়না তকশি শোল্লক্লে।

বিন্ধ্যাঃ ইবুংঙো! কনা অমতন নুপী মঙাবু অথুম্ম হুগ্গ লাপ্প চৎলমগনি হায়বসে থাজব ঙমদে। অতৈবু ঙাকশিনব মক্ষম অসিদ লৈবিরম্লো, ঐহাক্ক কোয়ন অমুকুং চৎলুরগ হুরানব অহু ফাহুন পুজরক্কে।

অথুম্ম হায়রহুনা শাজিন্নব যুবরাজ অসি শগোল তোংথৎলে অমথুং অতৈ শগোল তোংব তরুক্কা লোয়নরহুনা অকোয়বদ লৈরিব অহু কোয়থি থিরক্লে। মথোয়ন অনকপদ চীংমাই অমদ থিরকপ মতমদ চীংগী নাকল অমদ নুপীশিংন নাহেব মথোল তারে। মথোয় পুন্নমক য়াম্ন চেকশিন্ন থিরে, অদুবু মক্ষমহু য়োনব অহোব লম্বী অমতা ফংদ্রে। চীংগী অকোয়ব অহু মথং মথং থীন্দুনা য়েংলকপদ শাজিন্নব যুবরাজ অসিন ময়ামগ মথোল মাম্নদব নুংজাও অহু লোথোক্লুব মতমদদি চীংনুংদ হুৎপ লম্বী অম ফংলে।

চীংনুংহুৎ অহু ইমম মমলম্মী।

মহাক্ন অমুম চঙশিনখিবগ লোয়নন নাহেব মখোল অদু মমেক শেংন তারক্লে অমসুং মখোল অদু মহাক্ন লোয়নরকপ কন্যাশিং অদুগী খোঞ্জেল্নি হায়ব তশেংন খঙলে।

মী লাকপগী মখোল তাবদ মখোয়বু ফারকপ নিপা অদুনি হায়ন কিরদুনা মুপীশিং অদু চীংনুংক্তুং অদুদ চপ-চপ লেপথংনরকই; তোইগুম্বসুং মখোয়গী মনাক্ত থাল্লিব থাউমৈ মচা অদুগী মঙান্দগী মখোয়ন শাজিন্নব মুবরাজ অদুগী মকা লামব মায়থোঙ অদু উব ফংলে।

"ইচেমসি !" মখোয় পূম্নমক্ন কাউরকই; "ঐখোয়বু কনবিরকখিনি হায়ব আশা অমত্ত উরুপ্রবনি। মহা ডাকু ওইরব সন্ন্যাসী অমনা ঐখোয়বু ফুননিংডেদ পঙহল্লে, অদুগ ঐখোয়বু ফত্তব ভাব অমগ লোয়নন মফম অসিদ পুরক্লে। ইচেমসি, মহাক্ন উরবদি ইচেমসিবুসু শোয়দন পঙথহল্লগনি। করিগী অসিদ লাকপিবিবনো? হে ঈশ্বর! মহাক্ন ঐখোয়গী ইপুরোইবদুদ কল্লি তৌবন্নবগে হায়ব ঐখোয় খঙদ্রে!"

বিদ্ধ্যানা মখোয়বু থেমজিল্লকই: "ইনাওশা! পুক্নিঙ তপথো। মহাক হৌজিক মফম অসিদ লাক্লবদি ঐহাক্ন মতুং ফাওব কাউররোইদব পাবা অম তম্বিরগদবনি। ঐহাক মদু ভমগনি। ঐখোয়গী ইপুরোইবদু নখোয় মাঙখিবগী পূক্নিঙ লাংতক্লব নত্তনা করিসু থোইদোকপা থোক-হৌদে। ঐহাক মহাক্কী মনাক্তগী চুমদ্রিং লাক্লিবনি।"

তাঞ্জা অসিদা শাজিন্নব মুবরাজ মী লাকপগী খোঙথাঙ মখোল অম তাবদগী ফজ চোংথোক্লুনা নুং অমগী মরুমদা লোত্তুনা লৈরে।

লাক্লিবদু সন্ন্যাসী অদুনি।

মহাক মনদা নুংঙাইদনা হৈশে ভংলদুনা লাক্লমই। মহাক্না মুবতাশিং অদুবু থাজ মানবী, মনম নুংশিবী, কায়াৎ নিংথিবী অমিনচিংব য়াইহে কয়ামরুমন শীংথারম্মী।

পাউখুম পীবিয়গনি।

শাজিল্লব যুবরাজন মরুমদা ফল চোংথোরক্লুনা সন্ন্যাসী অদুগী জটা অদু মথুং গ্রইনা তাপ পায়রগ মথুৎ য়েত্তা শত্তোক্লবা থাঙ পায়দুনা হায়রকই : "মহা-ডাকু ! ঐহাকন হৌজিক নহাকপু অপাম-লুংশিগী সংসার অসিদগী যমালয়দ য়ৌনা থারগদবনি। ঐহাকনা মথোয়বু ফংননবা পৃথিবী অসি কোয়না চংলুবগী অরাবা অদু নঙলুরগা নহাক্ন লমহুইগুম্ম মথোয়বু হুখিবা ! নহাক অসি গেরুবা শেংনরবা সমাজগী চোপ্পনিংঙাইহনি। ঙসিদি থোক্লুরনা হায়বদুনি নহাক্কী নথ্লাই অসি লৌদন থাদোক্লরোইদবনি।"

বিন্ধ্যানা মহাক্লা পাঙথোকলুরিবা পূম্নমক অদু লৌরুনা সন্ন্যাসী অদুবু তাহল্লে। মদু তাবদা সন্ন্যাসী অদু বা ঙাঙবা থোকখিদ্রে।

সন্ন্যাসী অদনা বিন্ধ্যাগী মথোঙ পায়রদুনা মহাক্কী লৈঙাং শঙবা ফিজেৎ অদু য়েংবিদুনা মথ্লাইদদি কনবিয়ু হায়জরম্মী; বিন্ধ্যানা লৈব লৈবাঙগী মাইল চামফাঙবা মহাক থোঙ্গুল তারোই হায়নম্মু ৱাশকলম্মী। বিন্ধ্যানা মতিল শিংলদুনা সন্ন্যাসী অদু অনাবা হুই অমগুম চংহনখ্রে। সন্ন্যাসী অদু অমুক ফাওব হন্না য়েংলমদনা চৎখ্রে।

বিন্ধ্যা ব্রত মঙা অতগা লোয়নন শিবিরদ হল্লক্লে। মহাক্ন অম্বিকাদ মথোং [illegible]কপা লৈশাবীশিং অদুবু মতৌ করম্না কল্লকপগে হায়বদু পাউদম্লে।

নোং ঙাল্লগা বিন্ধ্যানা অম্বিকা যুবরাজদ কোন্নুংদ থোকখিব পূম্নমক অদু তম্লে। যুবরাজ মথ্লাই নুংঙাইত্রে। অদুবু ৱাখল লৈবী বিন্ধ্যানা ঠগ অমা চলাইরক্লে। রাক্ষস কাঙবু অমনা যুবরাজ অম্বিকানিধিগী শিবিরদা লান্দারক্লুনা যুবরাজ অমম্নুং মাগী থোঙলোয় পূম্নমক হাৎননব পুখ্রে হায়বা পাউ থাগিদুনা নিংথৌগী সনা-নাকোং য়োহনখ্রে।

পাউ অসি তাবদা নিংথৌ, মহারাণী, সেনাপতি, পূম্নমকনা যুবরাজগী শিবির শারিব কুঞ্জবন অদু তাম্না চেল্লক্লে। যুবরাজবু অমুক হন্ন

উররোইদবা মওং য়োরকপ অসিদ নিংথৌ মশাবু নিন্দা তৌরে।

মথোয়ন কুঞ্জবন অতুগী ময়াই য়োরক্লবদ য়ুবরাজন মুপী তরেং অদুগ লোয়নরতনা নিংথৌগী চরণ থুকম্লে। মতম অসিদ নিংথৌ অম্বা-কেতু অরাবা কোকশিত্তনা মুংডাইবগী পি শিন্থখি!

হৌজিক্তি অম্বাকেতু মহারাজ মচা ইবুংঙোগ তাইশিন্নরে অমসুং মমৌ ইবেম্মা বিন্ধ্যা, সেনাপতিগী মচানুপীবুসু লোথংপিরে।

মুংডাইববা তাগা অসিদ য়ুবরাজন মপাবুং মহারাজদ বিন্ধ্যানা পাঙথোকলুব থোদোকশিং অদু লীরে; মহাক (বিন্ধ্যা) নংলমদ্রবদি মহাকপু অমুক হন্না হিংনা উরমলোইদবনি হায়নসু হঙ্গংলে।

কাঙবু অদু কোন্নংদ হল্লক্লে। য়ুবরাজ অম্বিকানা মথোং কারকপী য়ুবতী মঙা অদু লুহোংলে।

অম্বাকেতু মহারাজনা মহাক্কী সিংহাসন অদু মচা ইবুংঙো অম্বিকানিদিদ শিন্নববদা য়ুবরাজন লৌথিদ্রে; মহাক্না বিন্ধ্যাদ শীন্নবিনব হঙ্গংলে অমসুং মহাক মশামক্ত বিন্ধ্যাগী মথাদ মন্ত্রী ওইনা থবক পুজগে হঙ্গংলে।

মতংগী মতুং ইন্না অম্বাকেতু মহারাজ রাজ্য থাদোকলদুনা বনদা লাইনিংবা লেঙখে।

সন্ন্যাসীগী ফিজেৎ শেংলব সুন্দরবদ সন্ত্রী অসিনা ৱারী অসি লীব লোইরবদা হায়রকই: "হৌজিক্তি নহাক ঐথোয়গী মহারাণীনা সন্ন্যাসীশিংবু করিগী তাথিরিবনো হায়বদু খঙলবগনি!"

মতুং মমিংকী অয়ুক্ত সুন্দরবু মহারাজগী সনা মাঙদ পুশিল্লক্লে। মহারাণীন মাগী মমায় অদু য়ুগ য়েংলব তুংদ হংলকই: "নহাকপু সন্ন্যাসী ডাকু অমরনে?"

তারি। ঐন পাউখুম পুন্নমক্তা লোয়নন আদিত্যপুর্ হেক য়োবগ মহারাণীগী মফমদ চিঠি অম থাজরক্কনি, ; মতমতুদ মহারাণীন আদিত্যপুর য়োনব লেঙবিরকপন ফরগনি। হৌজিক ঐহাক নদীশীলাপুর য়োজরুখিগে। নদীশীলাপুর য়োনবা চৎপদ ঐঙোন্দা ইবেম্মন তেংবাংবিয়ু।"

মহারাণী বিন্ধ্যাগী মঙ্গল আশীর্ব্বাদ লৌরদুন সুন্দর নদীশীলাপুর য়োনব যাত্রা তৌখে।



## ১৮। অরোইব থোদোক

য়াহং অমত্তংদগী পাউথুমদ ঙাঁয়রবসিদ মত্থিরুনব বিন্ধ্যা মহারাণীন তাক্লকপা মায়কৈ অদোমদা সুন্দর শগোল তোংহনা চংলক্লে।

নদীশীলাপুর তাবা লক্ষ্মী অংদি খুদোং থীবন থল্লব লক্ষ্মীনি। লক্ষ্মীদ মাগী মশক উবদা রাজকন্যা অহুমনা মহাক্কী অহুমশুব য়াহং অহু তাবদা শাওহনা মাবু কাওথোরকপমক হায়ব য়ানা থীনা তোরকখি। মথোয়গী গুরু ওইরুরব নদীশালাগী নিংথৌরেলগী মিংচত্ত তৈথ্‌বা কালী অহু অমুক পাকথোকহন্নবা থুজিন্নি হায়না মথোয়না থল্লখ্যি। মথোয়গী অমনা মহাকপু বন্দি থম্লমই, মহুদগী মহাক নাখোকপা তারম্মী। অতোপ্পা অমনা মহাকপু অডাওবা শেম্লমই; অদুগী অহুমশুবা অহুনা মহাকপু অকনবা ঈশিং ঈচেন্না ঈন্থরমই!

পূম্নমক অসি মহাক্কীদমক শীল্লবা খুজিল ওইরবগুম তৌখ্রে; মরমদি মহাক্ক অকনবা ঈশিং ঈরৈ ঈচেন্দ অসুম তাউদরকপদ নদীশীলা-পুরদ চথোক-চংশিন তৌবা জাহাজশিংগী থাওকমদা লৈরিবা চাঁইংহুম মচা অমদ কাথংলুরে। মফমহুদা উইহ রাহৈং চাহনা হুমিং থর পন্দুনা লৈরব তুংদ নোংমদি জাহাজ অমা থুংলরে। জাহাজ অহুগী লুচিংবা অহুনা মাবু হুংশিবিরহুনা মহাকপু জাহাজদ তোংখংহল্লে। জাহাজ অহু ধর্ম্মপুরীদ অমুক থাঙখ্রে। মফমহুদগী সুন্দর নদীশীলাপুর য়ৌন চংলক্লে।

নদীশীলাপুর য়োরবদ মহাক্ক সহরগী মতাইদ লৈব মীথুংফমশঙ অমদ পন্দুনা লৈরে। চাবা থকপা কোইরবদা মীথুংখ-মশঙ পাম্নরিব নিপা অহুগ সুন্দরগ য়ারা অসুম শানবদগী সুন্দরনা থঙলে মংদি নদী-শীলাপুরগী নিংথৌরেল মদিবাদনা মহৈ য়াম্না হৈবা পণ্ডিত ওইরবস্থ,

নিংথৌমচা কয়া, যুবরাজ কয়া নিংথৌমচানুপী রাজকন্যা কয়ানা মাগী মফমদ মহৈ তমনব পুল্লরবসু মহাক মপুক্কিংদা শান্তি ইফং ফংদে; মরমদি মহাক্কী ইমুং মনুংগী জীবন অদু অরাবগী মওং অমা ওইরে। মহাক্কী মহারাণী অদুনা মাগী ইজ্জত্তা কালী থৈহল্লে।

সুন্দর পুক্কিঙ চঙুন হংলকই: "মহু করম তৌবদগী থোকখিবু হায়বদু অমুক্ত লৌবিন্দুদনা!

মীথুংফম শঙ পান্নব অদুনা লীরকই: মহারাণী অদুদি হায়নিঙাই লৈতনা ফজবা জাৎনি। নোংম মহাক্ক কোন্নুংগী লৈকোন্দ ফমজুন লৈরমই। মতম অদু ঙমিৎ তাগদোরক্লে; লৈকোনগী হৈনম লৈনম মুংশিব অমসুং হুমিদাংবাইগী লিরি হুপ মুংশিনম মহারাণীবু স্বাগত তৌরি।

মতম অসিদ নহা ওইরিবা সন্ন্যাসী অমা লৈকোল অদুদ চঙলক্লে; নহা ওইরিবী মহারাণী অদুবু মমিৎ কুপ্পুনা য়েংদুনা লেপ্লুনা লৈরম্মী। মহাক মহারাণীগী ফজবনিং অদু কুপ্ন য়েংদুনা মুংঙাইরম্মী। সন্ন্যাসী অদু রাং-চাউই, মরেং ফল্লি, মখাং চেংশিল্লি, মশা মরৈ মরৈ ভাশিল্লি, মমিৎ লাউরপ তৌই, চিরাই কারপ তৌই; নহা ওইবীশিংনা মিহৌনিঙাই শাওংনি। মহাকপু উবদা মহারাণী অদু মহাকপু পাম্মুবনরা সন্ন্যাসী অদুনা মমিৎ কুপ্পুন য়েংদুনা লৈব অদু অয়েৎপ লৈতন তুমিন লৈখি।

মতৌ অদুদ সন্ন্যাসী অদু ইচঙ থোরদুনা মহারাণীগী মনাক্ত চঙশিল্লক্লে অমসুং মাগী থমোইদা ফাওরিবা অপাম-মুংশিগী রাথল অদু রাইহেনা ফোংদোক্লরে, রাণীবু কংবতনা মাগী পুন্সিগী পন্থুংফমনি হায়ন হায়রে।

মহারাণীনা মহু পানবা লিনবু পায়দুনা শাম্নবগী খুদোং থীব অদু সন্ন্যাসী অদুদা নিঙশিঙহন্নব হোৎনরম্মী; তৌইগুমসুং সন্ন্যাসী অদুনা মহাক্কীদমক (রাণীগীদমক) শিবা তারবসু হরাউনা শিজখিগনি হায়রম্মী। সন্ন্যাসী অদুবু মতুং হুমিৎকী হুমিদাংবাইদা মফম অদুদ লাক্কবা হায়রম্লগা

পাউখুম পীবিরম্নি।

রাণী কোন্নুং মনুংদা লেঙশিনখে। মতুংগী মুমিত্ত মতম চান সন্ন্যাসী কোন্নুংগী লৈকোন্দ চঙখে। মহারাণীসু নিঙথিজন ফিজেৎ লৈতেংলদুনা সন্ন্যাসী অদুবু ঙাইব মতৌ তৌরি। থিন্দোরক্লিবা মখুৎ অদু চুম্লগ রাণীগীদমক্তা ফমথরে। খুৎ নামনা রাণীগী খাংদ কোম্লব তৌব তাঙ্গাদুমক্তদ খোঞ্জেল অম তাদুনা থঙপ্রেক থঙলম্মী: "লৌনম চাউবী! নহাক অমসুং নহাক্কী মরুপ্পা ঙসিদি ঐগী থাঙগী ময়াদ চৎপ তারেদো!"

মখোয় অনি খোঙদগী তোন ফাওবা থক কথ নিক্লদুনা লেপখৎলকপদ মখোয়গী তুংদ থাঙ পায়দুনা লেপ্লম্লবা নিংথৌরেলবু উথি। মখোয় মকম মরাং থঙদনা কোয়চেন চেন্নথি।

মহারাজন রাণীবু ফানবা তাম্লরিঙৈদ সন্ন্যাসী অদু উরক মোংশোং মরক্ত লৈশিনখিদুনা নাম্বোক্তুনা চেনখে। মহারাজন মহাকপু ঙাম্লবদা ক্ষাব ঙমখিদ্রে; তুই থাদোকপদসু তুই অদুনা মহারাজগী তেংবাংখিদ্রে।

মীপুংফমশঙ পাম্লরিব অদুন মথা তাথরকই: "অদুগী মতুংদা মহারাণী কমদোথ বনো খঙদ্রে, ঐখোয়ন মতুংদ উব ফংখিদ্রে। মহারাজ, পুম্নমক্ক ইকাই-খুম্নব পণ্ডিত অম ওইরবসু পুক্নিং লৈতাদনা লৈরি।"

"ৱারী অসিদি য়াম্ন নুংঙাইরিব মওংনিনা" সুন্দরনা থল্লকই; মতুংগী অয়ুক্তদি সুন্দর নিংথৌরেল মদিবাদনাগী দরবার স্নোখে। নিংথৌরেলন মহাকপু নিংথৌমচা অমদ তৌব হৌনব ইকাই-খুম্নবগ লোয়নন তরাম ওরাম ওকখি।

ৱারী অসুম শানবদগী থঙনরক্লে মতদি মহারাজ মদিবাদনাগ সুন্দরগী মপা ইবুংঙো নিংথৌ যোগীরাজগ অঙাং ওইরিঙৈদ মহৈ তম্মিন্নরকপ মরূপ ওইরমলে; অতুবু ময়ুম পাম্নরবা মতুংদদি জী-পাউ ফাওনখিদ্রে।

মহারাজন সুন্দরবু য়াম্ন নুংশিবা, পাম্ব পোক্লমই। অসুম্ন য়াথং তাকপিরকই: "যুবরাজ! নথোয় নচিন ননাও তরেৎ শুই হায়বসি ঐঙাক্ত মেমরূপ-মপাংশিংদগী তাব ফংই। ঐদি ইচা লৈজদে, নপা ইনংঙোন য়ারবদি ঐগী সাম্রাজ্য অসি শিম্নরম্নস ইনুংঙো নহাক ঐগী ইচা ওইনা লৈরসি!"

সুন্দর তুমিম্ন লৈরমই।

নিংথৌবেলন মহাকপু লুক-হাকম কাদা পুশিনখে। মী অহুমগী চানব থোৌনাং তৌহনা লৈরমই। মহারাজগ সুন্দরগ চাব লোইরে। মতুংদ মহারাজ অতোপ্প কা অমদ লেঙশিনখে। কা অদুদ মাংই চল্লবা মুপী অম হিপ্পুনা লৈরমই। মহারাজন মহাকপু থোঙন কাওহনা হৌগৎহল্লে। মহাকপু পীজরব তুংদ মহারাজন মুপী অদু জ্ঞান মদন মথৈ ফংবে। অদুদগী অমুক অতোপ্প কা অমদ অমুক লেঙশিন-হনা তুমহনলৈরম্ব তুই অম অমুক কাওহন হৌগৎহল্লে; মহুবুসু পিজরগ কাওদন তুমিম্নব ফাওব চানুকন কল্লে।

নিংথৌরেল মদিবাদন যাম্ন শাইনব নিংথৌনি হাববসে সুন্দরনা থ; মরম অদুন মহাক্ত মহারাজগী অঙাওবা থোৌওং অদুগী মরম অমত্তা চন্দ্র।

মতুংগী তুমিংতসু লুক হাব লোইবগা মুপী অদুগ তুই অদুগদা মমাঙগী মতু তৌথিবগুম ত্রৌবে। মতৌ অদু তুমিং খুদিংগী তৌব মওং মাল্লে।

সুন্দর থোৌনা লাক্লহনা অসুম্ন মহারাজদ হঙ্গৎলম্মী: "মহারাজ ঙো, ঙরাংসু, ঙসিসু মহারাজন মুপী অসিগ তুই অসিগদ তৌবি-রিগন মওং অম তৌবিবা উৈজ, ননাই ঐঙোন্দা ঙকলপ থোকচে। গী মরম ননাই ঐঙোন্দা অমুক্তং তাকপিব য়াগদ্রা?"

ঐগী মরূপ রাজা মন শীলা আসদ লৈরে। 'রাজাগুম' পাইথুম্ন পীবিরগনি।

ুবগী চোকথর অত্ত ফরব তুংদ মহাক্ক মপাবুং ইবুংঙো
থী সত্যশীলা, অম্বিকানিধি, রাণী বিন্ধ্যা অমসুং মহারাজ
মথায় পূন্নমক নিপাননি গুবা কুমিংতা উম্নবা ফংনবা অদিত্য-
ভবিক্কব চিঠি অমমম থাখিরমই।

ংদ মহাক্ক নিংথৌ নীতিকেতুগী দরবারদা চংখ্রে অমসুং মচা
াহংশিং অডুগী পাউথুম পীজরগে হায়ন হঙ্গংলুরে।

নবা মকপাকী মচা অনোম্বনি, জান তানবা ওইন কোয়ন
না চন্দ্রনা মঙ্গল ওইরগনি হায়না নীতিকেতুনা আশা তৌরমই।
না মচা ইমেম্বগা ঊরব কুমিং অসিদা, মহাক্ক থুংলগনি হায়না
বীরবাক্কী মীওই থম্না মাওহম্বব মহাক্ক হঙ্গংচবদগী নিংথৌ
।

কৌথবা মীওইশিং অত্থুংলরে; মহাক্ক মণিবানগী সঙ্গাইদ
পুন্নমক লৈহৌ।

পুংকমদা সুন্দর যুবরাজগী কিজোল শেৎচন্দুনা মাগী কাঙবুনা
বিরদা থোরক্লে। নিংথৌ নীতিকেতুনা মথোয়বু ওকলমই।
খিডলে অমসুং শিবিরগী থোঙ হাংদোরক্লে।
না শিবির মনুং চংলকপগুদা চিন্তামণিগী লোয়নবী কমলা
কেৎ তৌরমই।

মীওইশিং অত্থুনা মাগী মাগী ফমফমদা লৈঙশিনখ্রবদা
আসনদা ফাথংখ্রে অমসুং পূক্রিংদা চিংনবগা লোয়নন।
মাহং খুমগনি হায়না ইচউ থৌন চংলকইবা মীশক

হাক্কি হায়বা তাক্লনব হোৌগংলকই।

কালুরাম্না ভাবনা শাবা মতৈশিংদু নিংফা পুরদুনা লৈরি পুং-ক্লা য়েংলদুনা খোঙশানখ্রে। য়োবগা মহাক্কা হন্না চংশিন্দুনা লৈবোক্কী খোঙ পায়দুনা হংজরম্মী— ইকুবোক হকচাংবু করিমতা খাংহৈবান্ত্রা মরম তৌবিরিবগে? মদু তাবদা মকুবোক্কু য়াম্না ঙুং-ঙলা খুম্মকই— ইবুঙো ইকুদি হন্দক্কি ঙিংগদবা মান্দ্রে। হকচাংসি নাংম নোংমগী মাবস্থু হেক্কে অদুগা পোংথাকনা ই থং থংদ্রেনে কালু-দি মানা হান্না থনবদু খুন্থোই নিংই।

কালুরাম্না য়াম্না লেম্না খুম্মকই— য়াম্না ঙুংঙাইরে ইকুবোক শিশরনা চানবিদুনা অদুম্না ওইবা ওইসদ্র। মহাক্না অমুক হংলকই-ইকুবোক করি হিদাক শিজিন্নবিরিবগে? মকুবোক্কু অহানবগী পাউপুমদু তাবদা য়াম্না শাওরবনি অদুবু মথা চিক্কুনা তুমিন্না লৈ-রম্মী। অমুক হন্না হংলকপদুদা য়াম্না শাওনা খুম্মকই— করিবু তৌরগবনো হিদাক তৌরক্কুনা তু চবনা লেংদুম "করনি হায়দনা লৈরবনি। কালুরাম্না থাজে মকুবোক্না য়াম্না কবা হিদাক অমগী মনিং হায়রিবনি হায়ন।

কালুরাম্না হায়রকই— ইকুবোক মঙুদি থাঙ্গৈশেংনা শিদ-হিদাক্কি। মকুবোক্তু শাওনিংবনা তৌগংদুনা ফুরসিরা থনখ্রে। অদুবু তুমিন্না থাংথি। কালুরাম্নদি মহাক্কী ভাব অদুগুম্না অদুম লৈরিনি থাম্মি॥ অদুনা মানা অমুক্কা হংলকই— ইকুবোক মাইবা শিনাবু য়েংহনবিরিবনো? হান্ননা মৈ হৌনা শাওরবা মকুবোক্কু "ঙৈবগী মনিং হায়বগী মহুক্তা মাইবা কাম্বগী য়েঙ্গুরনি হৌজিকপু" "জোম নিংদোবু পুম্না য়েংহল্লগা লোইরেদনা" হায়রকই। কালুরাম

থাজৈ মতুমদি মকুবোক্তা অফবা মাইবা অমগী মমিং হায়রিবনি। মানা হায়রকই - ইকুবোক মাদি খ্বাইদগী হেন্না মমিং চংলে বনি। মতোন্দা শিংথোক্লবদি অহাবা পুম্নমক থুনা কোকনি

মকুবোক্ত প্রান থাগদৌরে। শাঙমনগ্রদুনা মথং চৌগংলগা কালুরামগী মঙকশং পায়দুনা কন্না ইহুগা কালুরাম ইবায়মনগ্রদুনা কুইনা লৈবা য়াঙ্ক মতাক্তা "ঐ খনবা থোঙনদি ওইরম্বা অম, অদতুদ নাতে শাজিমবহু য়াদি হায়রদুনা চংখ্রে॥ অদুনা বাদশাহ নাপংবা হায়রসিনা য়াম খুদোংথিনিঙাই ওই।

বীরবলগী ৱাৱীদু তাবদা মীয়াম পুম্নমক কন্না লোকথি [illegible]নগ্রদুনা পুকনি তিংখ্রে।

---




## বীরবল য়ামনা শাথিনা !

[illegible]মা অকবর বাদশাহগা বীরবলগা ৱারী শানরম্মী। মতমদু [illegible] হকথী থল্লম্মী। হন্না হন্না থল্লম্মী। বীরবলনা [illegible] ফনা হোংদৈ অদুবু থাম্বা য়াদে। [illegible] খল্লি— মদু উব বাদশাহনা হায়রকই— "বীরবল, নঙদি য়াম্না শাথিনা ?

বীরবলনা মমায় মমিং তৈথোক তৈথোকনা— "নঙ্গে, হুজুর, ঐনা বাদশাহদগী হেন্না শা···শা···থিবা ইতিক ওই··· হ···হকথি॥ অকবরদু মথা তাখিদ্রে।

—: লোইরবা :—